# জ্ঞানগী লক্ষ্মী



[illegible]: শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রনন্দ গিরি

# জ্যোতিষী লক্ষ্মী



স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি
শাস্ত্রী, বেদান্ত আচার্য, সিদ্ধান্ত জ্যোতিষাচার্য
সন্ন্যাস আশ্রম, হরিদ্বার

অকোঙবা :

এন, যদু সিংহ

শীংজমৈ, থোঙাম লৈকাই, ইম্ফাল।

১৯৭৮ ইং

কোপী মশিং—১০০০

মমল :— লু: ৬.০০




নম্থম :— মণিপুর গীতা প্রেস, শীংজমৈ বাজার, ইম্ফাল



শ্রীমৎ পরমহংস
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি



মণিপুরীয় জন-সাধারণগীদমক খূদোল তম্বিরক্লিবা স্বামীজী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী অমরামৃত "জ্ঞানগী লম্বী" অসি মজাতিদা লান্থোকপীরকপসিদা নোংহোনরকপা পূক্লিংগী ঈথিলদগী মাতুলজী এলাংবম ৺তোম্পোক সিংহ সভাপতি, সর্ব্বোদয় মণ্ডলগী স্মৃতিদা অমদি স্বামীজীগী মঙ্গলগীদমক খরদং তেংবাংজবসি করাওনা লৌবিয়ূ।

হৈ হৌ' হে স্বামি' হে মাতুল'

শ্রীলাইশ্রম ইবেচা সিংহ

# হীরম লামায়

# অহোঙবগী বারোল

'জ্ঞানগী লম্বী' পূজ্য শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা মৈতৈলোন্দা ইবিরকপা লাইরিক্কী অনিশুবা খুদোলনি। অহানবদা 'ভক্তিগী লম্বী' পীনবিখ্রে। থোইদোক্না কান্নরবা অমদি মমল য়াম্লবা লাইরিকশিং জ্ঞান মন্দিরনা মথং মথং পুথোকচবা ঙম্বা অসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা পোকচৈ। মণিপুরদা ধর্ম্মগী ওইবা সাহিত্যদা নহালমখৈ রাক্তুনা লৈরম্লবা মচাক অমা 'জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক অসিনা মেনশিনবা ঙম্লগনি হায়না তশেংনা থাজবৈ। স্বামীজীনা ঐখোয় মণিপুরী সমাজবু নুংশিবিবদগী জ্ঞানগী মৈরি চুখৎপিরকপনি হায়না লৌজৈ।

ঐখোয়গী লাইবক ফবা অমনা স্বামীজীনা মথং মথং কর্ম্মগী লম্বী, গীতাগী ব্যাখ্যান্ অসিনচিংবা লাইরিক কয়া ইবিরকখিগনি তাকপীরকপা অসিনি। য়াম্না মমল য়াম্লবা অমদি চিল্লবা মতম কাইথোকপিরগা মণিপুর সমাজগী য়াইফনবগী রাখলদা স্বামীজীনা হিমালয়দগী শেংলবা অমৃতগী মশক ওইরবা জ্ঞানশিং লাইরিক ওইনা ইথোকপিরগা য়েন্থোকপিরকপা অসিনা ঐখোয়দা অনৌবা আশা পোকহল্লি অমদি পুন্সিগী মঙাল অমা উহল্লি। ঐখোয়বু মতম কুইনা লমজিংবিদুনা লৈবিননবা ঐখোয়না ঈশ্বরদা হন্না হন্না স্বামীজীবু পুন্সি শাংহনবিনবা প্রার্থনা তৌজরি।

পুকচেল চাউরবা শ্রীলাইশ্রম ইবেচা সিংহনা মাগী মামা এলাংবম ৺তোম্পোক সিংহগী স্মৃতিদা কচ্চবা ওইনা লাইরিক

অসি ফোঙননবগী শেল-থুম্নচিংবা পুথোকপিবগীদমক্তা জ্ঞান মন্দিরগী তরফতগী ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি। অসিদা নত্তনা জ্ঞান মন্দিরগী মরুওইবা কমিটিগী থবক পুবা মেম্বরশিংনা অচৌবা সহযোগ পীবিখি। শ্রীঅরিবম শিবদত্ত শর্ম্মনা ফমুংদা কন্না য়াতাদুনা লৈনা লৈনা ঐখোয়না হায়জবদগী লাইব্রিক অসিগী ব্রাহৌদোক ইবিরকই। সর্ব্বশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, সেক্রেটরী, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অমসুং প্রোঃ এ, মিনকেতন সিংহনসু চিল্লবা মতম কাইথোকপিরগা স্বামিজী অমদি লাইব্রিক অসিগী মরমদা ব্রাহৈ খরদং ইবিরকই। ঐনা পুম্নমকপু জ্ঞান মন্দিরগী তরফতগী হন্না হন্না থাগৎচরি অমসুং শিংঙমদবা লম্মন তোল্লবনি।

ডাঃ কে, বিনোদকুমার সিংহ
সেক্রেটরী।

জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল।
তাং ১।১০।৭৮ ইং



# "শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি"

স্বামীজী মহারাজ অসি ঐখোয়গী ইরৈবাক, ইজাতি মচানি। ইফালদা, কৈশাম্পাৎ লাইশে'ম লৈরক্তা পোকপনি। খৃষ্টাব্দ ১৯৭০ দা মণিপুর ইনষ্টিট্যুসন্দা তম্লমই। মহাক্কী খ্বাইদগী তোপ-তোপ্লবা শকফম্না ঐগী পূক্নীং চিংখি। মশা পায়, মরেখ্না ঙম্লপ তৌই; মচু পালই, মতু লংই, মশম তেল্লপ ককই, লুমাং লুত্তুং মান্নরপ থমই; শিখা চাউরপ শাংলপ খাকই, ফজনা পুলই; মমায় শাংলপ তৌই, চিরাই ফজনা তাই; খুৎনা চন্দন পাক্লপ-পারপ থিলই, মশানা ফজনা তাবা মায়থোং অমুক লেম্না কাজৈ-ফজৈজ; ফিজমদা ঈশিং মনমদি নীংথিনা নম্না শেংকল্লি; খুরুম তোংগল্লি – ব্রহ্মচারীমক ওইনা উই; শক্তম্না তরু তমেং তনৌ মল্লিকা মতমগুম নীংথিজৈ — য়েংবদা নুংশিবা পোকই, নুংশি; খন্দবা ঙমখিদে থম্মোইনা "মাসিবু কনাগুম্না যোগভ্রষ্টরা!"

খৃষ্টাব্দ ১৯৭৬ না হৌরকপা মতাং অদুরাইদনি, ঐ বৃন্দাবন চৎলি, বরানসী চঙ্গি— পুরীমঠদা মতম খরা পলই। পল্লিঙৈ মনুংসিদা অমুক থেংনৈ। মহাক মশাদি লক্ষ্মীকুণ্ডদা, গিরিমঠদা লৈবনি, ঐ লাকই তাদুনা উন্নবা লাকপনি। ব্রহ্মচর্য্যদীক্ষামক্তি লৌরমদ্রি, য়াহিপ-চাকচাদি শেম্লে হায়বা মহাক্কী ফিজেৎ-চাকচা মচু শাম্না মায়থোঙনা অদুম মতাকই। নোংঙাল্লমদাই অমম-অঙাল শিন্নবা মতমগী জগৎনা ঙাম্থোক্লগে মতা, খংমম ঙহাক

মমশিনবগুম মহাব্রত অমগী তপস্যাগী য়াওল মতাংদা তাবনা— মচু মমেন লোইনা শিধৈ, শি-শাথিনা কোলহাউনৈ। উবদা থম্মোইদা চৈনা অমা ফাওখিবগুম তৌখি, করিগীনো খঙদে, অমম্বগীরা অঙানবগীরা নক্রে অমম-অঙাল অনীনা তূনা য়েবা চৈনারা হায়বা ঙমদে। চৈনা খাঙনা-খাঙনা মদোম তুমিন শোনবগুম তৌখি থম্মোইনা "হে যোগিন্, চৎলু চথৌ নংনা চৎলকপা যোগগী পন্থা, তাল্লু তান্থৌ নংনা তাল্লকপা পন্থুং!"

পৃথিবীগী অনীশুবা লালগী মতাংদনি, ঐ বৃন্দাবন্দা লৈ। থবক্কী তাঞ্জা অমদগী বারানসী চৎলি। জগৎগঞ্জগী দয়ানন্দ আশ্রমদা ঐগী ছাত্র অমগীদা অহিং অমা পলই। স্বামীজী মহারাজ অসি "স্বামী ওইরে, হৌজিক সিদা লৈ" তাবদগী উনীং-ঢুনা নোংঙানবগা কৃত্য পূর্ণমক পরপ-পরপ লোইশিল্লগা লক্ষ্মীকুণ্ড চৎলি। লক্ষ্মীকুণ্ডগী লালমঠগী মথক্কী কোঠরী অমদা থেংনৈ, আন্তরিক প্রেমগা লোয়ননা ওকখি ঐবু তরাম, থাখি মখুৎমক্তা ফিদা, পিথকখি পোৎলম শুনা শেমদুনা ঠগুাই। পূণ্যগী খূৎনা শেম্বা ঠগুাইদুদা ফাওখি মহাউ অমা— অমৃতগী ওইবা তাই। নীংশিংলি মহাউদু ঙসিফাও, কাউনি নীংদে কদৌমুং।

স্বামীজী মহারাজনা হিমালয় অঞ্চলগী, মপুং ওইনা খোরা-সান গিরিবত্ম'গী নীংথিজবা দৃশ্য কয়াগী ৱারী লী। চুম্বা লীবা নত্তে, খূৎনে-শানে মুংশিবা মীনোক্কে কোম্বনা লীরিবনি, অদুবু মহারাজগী নীংথিজবা ম্রেংবদা ঐনা নাপ্প-শেন্দানৈ। চাউদম-শাংদম, রূপ গুণ অনীগী পূর্ণবিকাশনা সত্ত্বগুণগী মঙান্দা

নীংক্লিক-লাউ, মশা পুময়োম লৈশাৎ তম্বা বসন্তগী কদম্ব মত ম নীংথিজখি—পূক্লীং লোইনা হুখি, লোইনা অদুম হেক্ক হুখিবনি। বিশ্বকবিনা লৈগী লৈকাদা সর্ব্বাঙ্গসুন্দর ওইবা ভগবানগী মপাড় তাবগুম ময়েক্তা, লৈ মশাগী নীংথিজবদা ভগবানগী নীংথিজবা মনীংথিগী মশেক-মঙাল খিত্তং উবগুম, স্বামীজিগী মায়থোংদা শান্তিগী মঙাল, শক্তমদা আনন্দগী মশক ওইবা ভগবানগী মশেক-মঙাল অমা উবগুম তৌখি। পূণ্যগী মুহূর্ত্ত অদো কাউবা লৈতে, কাউবা ঙমদে ঙসিফাও।

উদবা, ঙসিদি, চহী নীফু হায়রকদোরে। অদুবু স্বামীজী মহারাজগী শক্তম অহুম অসিদি থম্মোইগী আলবুমদা অদুম মরৈরে। মরক-মরক্তা অদুম ময়েংই—পোত্থানৈ।

ঙসিদি স্বামীজী মহারাজ অসি জীবনমুক্তনি—পরমহংসনি। মহান আত্মা অসিবু মণিপুর মাতানা পোকচরুবা মশাগী মহা পূণ্যনি। ঐনা মুংশিজরুবনা ভগবৎকৃপানি, ভগবানগী শান্তিজল মরীকমত্তং ফংজবনি।

মখোয় মহান্-আত্মাশিং অসিগীদি জগৎকল্যানগী লম্বী য়েংবনা মথৌনি, পুনশিগী ব্রতনি। মখোয়গী থৌজান্তনা জগৎনা হিংজবনি। কল্যানব্রতগী পালন্দা স্বামীজী মহারাজনা ঐখোয় মণিপুরদা থৌজালগী মিংয়েং অমত্তং পীনরিবসি ঐখোয়গী য়াইফজো হায়বা মতাং অমা লাক্লবনি। হাকুম "ভক্তিগী লম্বী" পীনরে, কুমসিনা "জ্ঞানগী লম্বী" ফংজগদোরে। "কর্ম্মগী লম্বী" অমসু থুনমক পীনরগনি হায়না আশা তৌজে। সাধনচিংবা কয়াগী লম্বীশিংসু মথং-মথং পীনবিবা খোরাংনা ঙাইজে, ঙাইজরি।

পীনরিবা "জ্ঞানগী লম্বী" অসি আর্য্য ঋষিশিংনা পীনরম্বা "তত্বজ্ঞান" না বিষয়বস্তু ওইবা লাইরিক্নি। স্বামীজী মহারাজগী জ্ঞানগী মশক ওইরবা খোর্জেইনা খণ্ডবদা রাববা অথূপ্পা তত্ত্ব অসিবু খণ্ডবদা লায়না থোক্নবা মওংদা তাকপি। অপাবশিংদা, মীখল-মীওং খূদিংদা লৌশিঞ্জবা কোম্না থোক্কদরা নীংঙৈ। খোর্জেইগী উদ্দেশ্যদি "আত্ম-তত্ত্ব" তাকপনি। "আত্মতত্ত্ব" হায়বসি "ঐ কনানো, ঐ করিনো" হায়বা তাকপনি। "ঐ" হায়বসিদা অরুবা অমা লৈ। হ্বায়না "ঐ" হায়রগা "দেহ" হকচাংবু মপূং ওইনা খঙলৈ। "দেহী" দেহদদি হকচাংদদি লৈবা দেহদগীদি হকচাংদগীদি তোঙানবা "আত্মা" ঈশ্বরগী ভাবতি তৌনদে—খক তৌদে। অসিদগীনি রামকৃষ্ণ পরমহংসদেবনা "অচৌবা ঐ"—"অপীকপা ঐ" হায়না "ঐ" গী শক্তম অনী তাকপিরম্বা। "অচৌবা ঐ" না দেহী—আত্মাবুনি, "অপীকপা ঐ" না থ্বায়না খঙনরিবা দেহ—হকচাংনা মপূং ওইবা "ঐ" অসিবুনি। অদুনা "আত্মতত্ত্ব" হায়বসি "জীবাত্মা" গী মশক-মওং তাকপনি।

তত্ত্ব অসিগী জ্ঞান্না ঐখোয় মীওইবদা কাম্নবা মরম অনী পী। অমনা মী মশা মশাগীনি, অদুগা অমনা জগৎকী অপূনবা মীওইবা জাতিগীনি। জ্ঞান অসিগী মঙান্দা সাধারণ ওইবা মীনা—মীচম্না মশানা চরিত্র শেমজদুনা নীংথিজবা মীশক অমা ওইনা মানবধর্ম্ম কায়দনা ঈংনা পুনশি খোঙফম্নজবা ঙম্মে। অসাধারণ ওইবা নীংথিবা সংস্কার পুদুনা লাকপা মীনা আত্মদর্শী ওইদুনা ব্রহ্মজ্ঞানী ওই, ব্রহ্মগী খূভম ফংদুনা ব্রহ্মগী ওইবা আনন্দ উপভোগ তৌই—

চায়, হায়বদি তত্ত্ব অসিগী জ্ঞানগী মঙান্দা সাধন তৌদুনা জীবাত্মাগী দর্শন ফংই ; জীবাত্মাদর্শন্না মরম ওইদুনা পরমাত্মাগী মশক মুন্না থঁডি ; সংসারগী অরা-অনংগী ঈথক-ঈরৈগী ব্রাংমদা ত্রিতাপকী মৈশা চঙদবা—ম্নৌদবা খুভমদা, সংসারসিদা লৈরে-লৈনা, সংসার-সিদগী চৎলে চৎনা ব্রহ্মদগী ওইবা মনুঙাই চায়—শান্তিনা লেঙদনা থোগল ওই। অসুম্না জ্ঞান অসিনা অনেম-অরাং মীওই খুদিংমক্তা কান্নবা পী। অমুক অমনা, মীনা মানবধর্ম্ম মশক খঙনা কায়দনা চৎলবদা মী মশাগী, লৈবাক্কী, অপুনবা মীওইবা জাতিগী থ্বাইফবদি মশানা অদুম তাজবনি। অদুগা মহান্ আত্মাশিংদি ঈশ্বরগী বিভূতিনি, বিভূতিমক্নি। মখোয়গীদি জগৎকল্যানগী য়েংবনা মথৌনি, মপুনশিংগী ব্রতনি। মখোয় পোকপনা জগৎনা ঈংজবনি, যুগ-যুগ পাঞ্জবনি। মখোয়দি মানবজগৎকী অমদি বিশ্বজগৎকী কল্যানগী মশক্নি। মখোয়গী আদর্শ, মখোয়গী জ্ঞান্না জগৎকী সঞ্জীবনী মন্ত্র, সঞ্জীবনী বিদ্যানি। অসুম্না "আত্মতত্ত্ব"গী জ্ঞান্না অপুনবা জগত্তসু কান্নবা অদুম পী। অসিনা লাইগুরু অখণ্ড-অদ্বৈশিংনা ঐখোয়দা তাকপীরম্লিবসি "ঐ মশক খঙ্, ঐ মশক খঙলগা মা ( মহাক ) মশক খঙ্গনি, অসিবু খঙলবদি লোইরে, পোকপগী মহৈ য়াল্লে।"

বিদ্যাদা মসিবু অধ্যাত্মবিদ্যা কৌই। অধ্যাত্মবিদ্যাদি জগৎকী কল্যানগী মশক্নি। অদুনা যুগ খুদিংদা অধ্যাত্মবিদ্যাবু তান্নরকপনি, লুনা তৌনরকপনি। হৌজিক্তি বিদ্যা অসিবু কোমথোক্রবা, কোমথোক্নখিবা অমা তৌরে। মসিগী মরমসু লৈতবা নত্তে,

ইচাউ-চাউনা অঙুম মরৈ, মতমগী মতাংনা বিদ্যা অসিবু কোম থোক্লৱিবা, কোমথোক্লখিবা অসিগী ফলস্নু জগৎসিনা হৌজিক-হৌজিকমক চাদবস্নু নত্তে। হৌজিক কৌজিকমক অন্তঃরাষ্ট্রীয় জগত্তা, অপুনবা মীওইবগী সমাজদা ওইৱিবা অৱা অনং, অশান্তিগী মওং অসিগী ঈংনবা, কোক্লবা লম্নীদি অধ্যাত্মবিদ্যাগী অধ্যয়ন, অধ্যাপনা, চর্চ্চনা, খ্বায়দগী অচোবনি হায়বসি খরদং খঙবদা অঙুম মতাগনি খন্দবা ওমদে। বিদ্যা অসিবু ফগৎপা-ফগন্নবা য়াদবা মতাংমক লাক্লবনি।

হিংনবগী লান্দা, চাউখৎনবগী খোঙথাংদা মীবা মতৌ ফদোক্লরকপা ওসিদি চহী চামথা-চাইকক হায়রক্লে। রজোগুণগী বিকাশ, ক্রমবিকাশ, অস্নুম অস্নুম ওইরকপনা ওসিদি পূর্ণবিকাশকী থাক য়ৌরে। পৃথিবী জয় তৌরে, সমুদ্র জয় তৌরে ব্যোম জয় তৌরে, গ্রহ পায়রকদৌরে—উপগ্রহ অমদি পায়বু পায়রবসিনি। মী মশাগী শক্তি সামর্থ্যগী মতান্দা মমিৎ থক্লবা নম্রে, মশাগী অভিমানগী লৈতোন্দা লম্মাংনদবা নম্রে। "ঐ" না মাংথোইনরক্লে। মাংথোইনৱিবা "ঐ" সি "অচৌবা ঐ" দু নত্তে, "অপিকপা ঐ' দুনি। অমরোমদা হায়রগা রজোগুণগী অতিবৃদ্ধিক লাকপনা সত্বগুণ থীনা মরায় চায়রে, তমোগুন্না তাঞ্জা ফংহুনা রজোগুণগী মরুম থুপ্লা নোংমা-নোংমগী অস্নুম-অস্নুম মরায় কাওখৎকলই—ফনা য়ৌনা কাওখৎলবনি। ফলনা, মী ঈশ্বর কাউরে—কাউনরে, লৈ হায়বা ৱাখনফাও তৌদ্রে, তৌরুবদা অপওবা তারে, তানরে। মশাবু—মশাদবু পূজা তৌনরে, মশাগীদা অন্নাম্বা য়েংনরে,

মীগী য়েংনবা রাৎলে অয়াম্বদা য়েংনদ্রে, আন্তরিক বৃত্তি অমনা ইচেন্দ চেন্নে, ইহোইদ হোইরে। শান্তিগী থৌরাংদা অশান্তিদা আশ্রয় ভৌরে, কল্যানগী লম্বীদা অকল্যান্দা। হৌজিক জগৎকী খোঙফম অসি লুরবনি, লম্লোঙ লম্ফাং অমদা তারবনি, হৈরগনা কবগী মথক্তা অমুক হেন্না ফবা হৈরগনা মাঙলকপগী মথক্তা অমুক হেন্না মাঙশিনবগী মতাং অমা লাক্লবনি। অদুনা অধ্যাত্ম-বিদ্যাগী লমজিং মথাদা চঙ্-লৈয়ু হায়বা তাঞ্জাদু য়ৌরবনি।

অসিগুম্লবা মতাংসিদা স্বামীজী মহারাজনা পীনরিবা অধ্যাত্ম-বিদ্যাগী ওইবা "জ্ঞানগী লম্বী" মণিপুরগী, অখণ্ড ভারতকী, সমগ্র মানবজাতিগী মহামঙ্গলগী মশক্তি। অমত্তং অনিদংনা পাক্লরবস্তু মখোয় অমা অনি অদুদি মানবধর্ম্ম খঙবা মীশক হায়বত্ ওইবা, ওইবা য়ানা লৈবনা লাইগীনা মীচঙ কনখৎপা সয়তানগীনা শোম্বা হায়বা অদু অদুম মতাবদগী মীকোক্তা, লৈবাক্তা, অপুনবা মাওইনা জাতিগী মঙ্গলগী মরীক অমত্তং অনীদংদি মকারনি খঙ্গদবা ঙমদে।

অরোইবদা, ঐনা ঐহাক ইশাগীস্তু, অপুনবা মণিপুরগীস্তু, অখণ্ড ভারতকীস্তু, সমগ্র মানবজাতিগীস্তু ওইনা শ্রীমৎ পরমহংস, স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজী মহারাজনা অমোঘ রত্ন "জ্ঞানগী লম্বী" সি পীনবিবগীদনক আন্তরিক প্রেমগা লোয়ননা মহান আত্মা মহাক্কী জয়গান তৌজে—তৌজরি। ইতি

ওঁ

শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ

এ, মীনকেতন সিংহ
উরিপোক, পঞ্চায় মনীং,
ইম্ফাল – ৭৯৫০০১ ( মণিপুর )

ইম্ফাল,
১১ সেপ, ৭৮

# প্রস্তাবনা

জ্ঞানগী লম্বীগী মঙাল খর ফোংদোকপা অরুবনি। উশাদা থা থোকই হায়বগুম্বনি। অওইবমক্তি বিনোবাজীনা হায়— "ঐগী মিৎয়েংদা জ্ঞানগী লম্বী— বেদান্ত উপনিষৎ লাইরিক অমা নত্তে। মসিদি শেংলবা জ্ঞানগী দর্শননি। দর্শন অসিবু শব্দ-শিংগী মওংদা ইননবগী হোৎনরকই, অদুবু শব্দশিংগী থোঙথাংদা খূদি চেনবদি লৈরকই। তৌইগুম্বস্তুং নিষ্ঠাগী খুদমশিং ফাও-রক্রে (নিষ্ঠাতগী খুদম্না নোং মংবগুম মংলি)। নিষ্ঠা অদুবু থম্মোয়দা থম্না থম্লগা শব্দশিংগী মতেংতনা শব্দশিংবু লাপ্না তক-থোক্লগা অনুভব তৌবা য়াই, মতম অদুতদা জ্ঞানগী লম্বী— বেদান্ত উপনিষৎকী রহস্য ফংবা ঙম্মী।" হায়বদি শব্দগী মতেং-তনা শব্দশিংবু লাপ্না তকথোক্লগা অশব্দবু (আত্মাবু) অহং-ব্রহ্মাস্মি—ব্রহ্মবু আত্মা অসিমক্তি হায়বগী দর্শননি।

বেদান্ত উপনিষৎ মশামক্না হায়রি— "শব্দেনৈব অশব্দং আবিষ্ক্রিয়তে।" তত্ত্ব জ্ঞানগী পাণ্ডিত্যপূর্ণ ওইবা লাইরিক অমা নত্তে, তৌইগুম্বস্তুং ঋষি মনীষীশিংগী মুংদা ফাওরবা আত্মা দর্শনগী হৌনশা ওইনা ফাওরক্লবা মঙালনি। রাইহৈ খরতংদা হায়বা তারবদি, জ্ঞানগী লম্বী— বেদান্ত উপনিষৎপু আত্মাগী কাব্য-সাহিত্যনি হায়বা য়াই। আত্মাগী কাবা অসিবু খঙন-নবগীদমক মুংগী মিৎ পাঙবা তাবনি; মদুতদা কাব্য অসিগী রহস্য ফোংদোক্লক্কনি। কঠোপনিষৎনা তাকপীরি— "কশ্চিৎ ধীরঃ প্রত্যগাত্মানমৈক্ষৎ আবৃত্ত চক্ষুঃ অমৃতত্বমিচ্ছন্।" (কঠো·৬৩)। "মিৎ থুমজিল্লবা (উইশিল্লবা), অমৃতবু পাম্লবা বুদ্ধি লৈতা-রবা কনাগুম্বা অমনা শক্তম খুদিংমক্তা ঙাল্লিবা আত্মাবু উই।" কয়ে, মিৎ থুমজিনবা (উইশিনবা) নত্তনা মুংগী রহস্য অদু ফোংদোকলোই হায়বসিদি চুম্লবমক্তি। তৌইগুম্বস্তুং মিৎ উই-শিনবা ওইননবগীদমক থৌদাবিরিবস্থু উপনিষৎকুম্বা বেদান্ত

উপনিষৎতগীতা ফংগদবনি। মরম অসিদগী উপনিষৎ মশা-মক্না আশা পীত্নুনা লৈরিবনি।

বেদান্ত উপনিষৎকী মহিমানদি – "যদ্যপ্যেনৎ শুষ্কায় স্থাণবে ব্রুয়াৎ, জায়েরন্নেবাস্মিন্ শাখাঃ প্ররোহেয়ুঃ পলাশানীতি।" (ছাঃ উঃ ৬৮)। "করিগুম্বদা উপনিষৎকী রহস্য অসিবু তথাই অমা কংলবা উপানবু তাহল্লবদি উপাল অদু মশা মরেং পাল্লক-কনি অনৌবা মনা চোংলক্কনি।

শ্রীমৎ পরমহংস, স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীগী "জ্ঞানগী লম্বী" অসিদা জীব ভাব, ঈশ্বর অমসুং জীবগী অশেংবা স্বরূপ, আত্মা অসঙ্গনি (আত্মা হকচাংগা শমনদে) জগৎ মিথ্যানি অসিনচিংবা অসি শংশংনা খণ্ডননবগী জ্ঞান যোগগী থাম্না মসুং চনবা কুপ্পবা উপায় অহুম য়াওরি :— (১) তত্ত্বমসি (মহাবাক্য) (ছাঃ উঃ) ঐতদাত্ম্যমিদং সব্বম্। তৎ সত্যম্। স আত্মা। তত্ত্বমসি শ্বেতকেতো ইতি। (২) প্রজ্ঞানং ব্রহ্ম। ঐতঃ উঃ। (৩) অয়মাত্মা ব্রহ্ম। মাণ্ডুঃ উঃ। (৪) অহং ব্রহ্মাস্মি। বৃহদাঃ উঃ। মহাবাক্যশিং অসিগী অর্থ— জীবনা— ব্রহ্ম ভাবতগী আত্মভাব ফাওবা শংশংনা খণ্ডনবগী পাম্বৈ —জ্ঞান যোগনি জ্ঞানগী লম্বীনি। জ্ঞানগী ফীরেপ তরেৎ য়াওরে, মদুগীসু মসুংদা— "অহংব্রহ্মাস্মি" ফৌভম অসি ফংননবা জ্ঞান যোগগী অরোইবা উপায় অহুম য়াওরবা জ্ঞান যোগ, জ্ঞানগী লম্বীনি।

পূজ্য স্বামীজীগী থোজান্দগী ফংজরবা লাইরিক অসি অমৃত-বিন্দুনি হায়না ঐনা লৌজৈ অমসুং "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক অসিনা মশাগী অরেপ্পা মশকপু খঙজনিঙবশিংগী আত্ম-জ্যোতি নি। মসিবু ফংননবা হোৎনবিরকলবশিংবু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজৈ।

ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল
তাং ৩।৯।৭৮ ইং

শ্রীশিবদত্ত শর্ম্মা
তর্ক তর্ক তীর্থ ন্যায় ব্যাকরণ রত্ন

# ৱাহৈ অমনিদগী

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী ব্রহ্মজিজ্ঞাসাদা চাংশিন্নিবা মণিপুরীশিংগা গুরুশিষ্যগী পরম্পরাদা ৱারী শাবগী মওং অমা চৎথরকপসি মুংঙাইজে। অহানবা লাইরিক "ভক্তিগী লম্বী" দা শ্রীমদ্ভাগবত অমস্তুং গীতানা প্রধান ওইরগা ভক্তিগী অশেংবা পরিচয় তাকপীখ্রে। অনিশুবা লাইরিক—"জ্ঞানগী লম্বী" হায়বসিদা সাংখ্যযোগ অমস্তুং বেদান্তনা য়ুম্ফম ওইরগা আত্মা অমসুং পরমাত্মাগী জ্ঞান অমস্তুং মতুংবু ফংনবগী লম্বী মরোক চম্না তাকপীরি। অহুমশুবা লায়রিক ৱাহৈদা (অর্থবুদি লুদবা য়ানোই) নীংথিজবা প্রমাণ কয়ানা লইরিক মসা অসিদা বেদান্তগী সাংখ্যধারা হায়না কৌবা য়াবা—আত্মাদি চুম্বগী দ্রষ্টাতনি—কর্তা, ভোক্তা নত্তে হায়বা ৱাফম অসি পনবীরি। মসিনা সাধনাগী য়ুম্ফমনি। মসিনা ভোক্তৃত্ব অমস্তুং কর্তৃত্ব থাদোক্লগা অশেংবা দ্রষ্টৃত্ববু ফংনবা চংশিনবা তাই—শ্রবণ-মনন-নিদিধ্যাসনগী লম্বীদা। অদোমইবদদি দ্রষ্টৃত্ব ফাওবা লৈরোই—"তত্র কঃ কেন কিং পশ্যেৎ ?" জ্ঞানীদি চুম্বগী সাক্ষীতনা মওইরগনি।

ৱাফম অসিগী অনুভবসিদ্ধনি হায়দবা ঙমদে। অদুবু ৱাফম অমদি পঞ্জদবা ঙমদে। মহাচৈতন্যগী মশক ওইরিবা উপনিষদতা ভক্তনি হায়না খণ্ডনরিবা, গীতাগী ৱাহৈদা চুংগী প্রকৃতিগী উপ দ্রষ্টাতা মওইদব "অনুমন্তা, কর্তা ভোক্তা মহেশ্বর" পরম পুরুষ পরমাত্মা ওইনা ঐশ্বর্যগী হকচাংদা। লৈরিবা মসিবুস্তু নীংশিংফম থোকই। মতম অসিদি ব্রহ্মাদদি জগৎকী দ্রষ্টা ওইবদা নত্তে,

মতাং অসিমতংগস্থ পঙ্গনীংই। লাইরিক অনিমক অসিদা স্বামীজিগী লম্নাইগী দর্শন করিনো লেপ্পদা লুনা থোকই। অহানবা লাইরিক্তা ভক্তনি; অনিশুবা লাইরিক্তা জ্ঞান যোগীনি। চপচাবা স্বামীজিগী দর্শনবুস্থ খংহজনীংদবা নত্তে। তশেংবদি যোগদি অমতনি। লম্বী তোঙান তোঙানখিবগী য়াতনি। যোগী শ্রীকৃষ্ণ প্রেমনা হায়খিবা—উপনিষদতগী কৌরবস্থ, পাতঞ্জলিগী অষ্টাঙ্গ যোগদগী, বৈষ্ণবধর্ম্মগী নত্রগা অতৈ লম্বীদগী কৌরবস্থ লম্বী পূম্নমক অসি পূর্ণযোগতা লোইশিনগনি। বেদান্তবাদী মধুসূদন স্বরস্বতীনা তাকপীখিবা "কৃষ্ণাৎ পরম্ কিমপি তত্ত্বম্ অহম্ ন জানে" (কৃষ্ণদগী হেনবা অথোইবা তত্ত্ব অমা ঐহাক খঙদে) হায়না তাকপীখিব রাক্ম অসিমক স্বামীজিগী বুদ্ধি অমস্থং বোধিগী শরুক্তা য়োরম্নগদ্রা চীংনদবা ঙমদে। স্বামীজিগী মীৎয়েংদা শ্রীকৃষ্ণ করনো?

রাহং অসিমতং থমজরগা লাইরিক অসিবু তরাম্না ওকচরি। তাঙনা লৈরিবা ধর্ম্ম অমস্থং দর্শনগী মণিপুরী লোন্দা লৈরিবা শাস্ত্রগী পুক্কেদা মমল য়াম্নবা মণিগী মশক অমা লাইরিক অসিনা ওইরগনি হায়বদা চীংনবা লৈতে।

মণিপুর স্টেট কলা একাদেমী
ইম্ফাল
২৬ সেপটেম্বর, ১৯৭৮

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# খুদোংজেবা

থা অমরোমগী মমাঙদা শ্রীমান্ ওইনাম মঙ্গী সিংহনা থারকপা "ভক্তিগী লম্বী" লাইরিক ফংই। লাইরিক অসিগী সম্মতি "ব্রা অমনিদ" ইবা মতমদা শ্রীমান্ এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা "লাইরিক মচা ভক্তিগী লম্বী হায়বসি পায়খৎচরুবদা থিজরুই কনিংগুম্বা য়াওরমগদ্রা হায়দুনা তোপ-তোপ্পা আধ্যাত্মিকী শক্তি অমা, সাক্ষাৎ দর্শনগী খুদম খরা" হায়না ইবা উরগা, অমস্তুং "ভক্তিগী লম্বী" গা লোইননা লাকপা "আনন্দ সরোবর" কৌবা লাইরিক অমগী শরুক খরা পারুরগা—হৌজিক মণিপুরদা অধ্যাত্মবিদ্যাগী মরমদা পুক্নিং চংবা অমস্তুং মদু খঙনিংবা মী য়াম্না নৈশিল্লক্রমাল্লে হায়না এনা খল্লি। মদুদগী "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক মচা অমস্তু ইগে লেপ্লি। মসিমিং অদুদগী হৌদুনা লাইরিক অসি ইবা হৌবদা চহি ৪২ দগী হেন্না মৈতৈলোল ঙাংদবা অমস্তুং মৈতৈলোন্দা ইবা লাইরিক পাবা ফংদবা মরমদগী রাইহশিং কাউখিদুনা নীংশিং-নীংশিংদুনা ইনবা হোৎনৈ; মফম কয়ামুক্তদি রাইহ খঙদবদগী ইফং খঙদদুনা (ইফম খঙদদুনা) থাদোকপস্ত য়াওখি। পরমাত্মাগী কৃপাদগী য়াম্না থুনমক অধ্যাত্মবিদ্যাগী অথোইবা অমস্তুং কান্নবা য়াবা হীরম খরা শমলপ্পা ইগে খল্লমদু মপুং ফারে। লাইরিক অসি

সাধারণ ওইবা মীশিংগীদি খরা কনগনি ( লুনা থোক্কনি ) নীংই। অদুবু অধ্যাত্মবিদ্যা খঙনিংবা অমসুং মসিগী লম্বীদা চৎনিংবা মীশিংগীদি খরা হেন্না কান্নবা য়াই—খল্লি। করিগুম্বা লাইরিক মচা অসিদগী অসিগুম্বা মীশিংনা খরা কান্নবা ফংলবদি ঐনা মসি ইবদা নোমজবসি মহৈ য়ানগনি নীংঙৈ।

তাং ৫। ১০। ৭৭ ইং, স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি।

# খঙৎজবা

৩। অমরোমগী মনাঙদা শ্রীমান্ ওইনাম মঙ্গী সিংহনা থারকপা "ভক্তিগী লম্বী" লাইরিক ফংই। লাইরিক অসিগী সম্মতি "ব্রা অরবিন্দ" ইবা মহাক্না শ্রীমান্ এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা "লাইরিক মচা ভক্তিগী লম্বী হায়বসি পায়খৎচরুবদা থিজরুই করিগুম্বা য়াওরমগদ্রা হায়দুনা তোপ-তোপ্পা আধ্যাত্মিকী শক্তি অমা, সাক্ষাৎ দর্শনগী খুদম খরা" হায়না ইবা উরগা, অমসুং "ভক্তিগী লম্বী" গা লোইননা লাকপা "আনন্দ সরোবর" কৌবা লাইরিক অমগী শরুক খরা পারুরগা—হৌজিক মণিপুরদা অধ্যাত্মবিদ্যাগী মরমদা পুক্নিং চঙবা অমসুং মদু খঙনিংবা মী য়াম্না নৈশিল্লক্রমাত্রে হায়না ঐনা খল্লি। মদুদগী "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক মচা অমস্ত ইগে লেপ্লি। মুমিং অদুদগী হৌদুনা লাইরিক অসি ইবা হৌবদা চহি ৪২দগী হেন্না মৈতৈলোল ঙাঙদবা অমসুং মৈতৈলোন্দা ইবা লাইরিক পাবা ফংদবা মরমদগী য়াহৈশিং কাউখিদুনা নীংশিং-নীংশিংদুনা ইনবা হোৎনৈ; মফম কয়ামুক্তদি য়াহৈ খঙদবদগী ইফং খঙদদুনা (ইফম খঙদদুনা) থাদোকপস্ত য়াওখি। পরমাত্মাগী কৃপাদগী য়াম্না থুনমক অধ্যাত্মবিদ্যাগী অথোইবা অমসুং কান্নবা য়াবা হৌরম খরা শমলপ্পা ইগে খল্লম্বদু মপূং ফারে। লাইরিক অসি

সাধারণ ওইবা মীশিংগীদি খরা কনগনি ( লুনা থোক্কনি ) নীংই। অদুবু অধ্যাত্মবিদ্যা খণ্ডনিংবা অমস্তং মসিগী লম্বীদা চৎনিংবা মীশিংগীদি খরা হেন্না কান্নবা য়াই—খল্লি। করিগুম্বা লাইরিক মচা অসিদগী অসিগুম্বা মীশিংনা খরা কান্নবা ফংলবদি ঐনা মসি ইবদা নোমজবসি মহৈ য়ানগনি নীংজৈ।

তাং ৫।১০।৭৭ ইং,

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি।

ওঁ

# শ্রীগণেশায় নমঃ ॥

## শান্তিপাঠ

ওঁ ভদ্রং কর্ণেভিঃ শৃণুয়াম দেবা ভদ্রং পশ্যেমাক্ষভির্যজত্রাঃ ।
স্থিরৈরঙ্গৈস্তুষ্টুবাংসস্তনুভির্ব্যশেম দেবহিতং যদায়ুঃ ॥
স্বস্তি ন ইন্দ্রো বৃদ্ধশ্রবাঃ স্বস্তি নঃ পূষা বিশ্ববেদাঃ ।
স্বস্তি নস্তার্ক্ষ্যো অরিষ্টনেমিঃ স্বস্তি নো বৃহস্পতির্দধাতু ॥
ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ । ( অথর্ব্ববেদ )

( হে দেবাঃ ) থরায় পানবশিংগী হকচাং পুন্নমক্তা চংদুনা মিং নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইদুনা লৈরিবা আদিত্য-নচিংবা হে লাই পুন্নমক। নখোয়গী থৌজান্দগী অথূপ্পা তত্ত্ববু খঙজ-নীংদুনা লৈরিবা ঐখোয়না (কর্ণেভিঃ) ঐখোয় ঐখোয়গী নাকোং-শিংনা (ভদ্রং) তাবদা মুংঙাইবা, আত্মকল্যাণগী মশক ওইবা অমসুং জীবাত্মাদগী অতোপ্পা নত্তবা পরব্রহ্মবু তাকপিরিবা উপনিষৎনচিংবা শাস্ত্রগী ৱাহৈশিংবু (শৃণুয়াম) পুক্নীং চংনা অমসুং থাজবগা লোয়ননা তাবা ঙমজগে। ( যজত্রাঃ ) মতৌ অসুম্না ব্রহ্মবিদ্যা তাজবদগী আত্মাদগী অতোপ্পা নত্তবা পরব্রহ্মগী ধ্যাননচিংবা তৌজদুনা লৈরিবা ঐখোয়না (অক্ষভিঃ) ঐখোয় ঐখোয়গী মিৎশিংনা (মিৎ ময়াম) (ভদ্রং) মুংঙাইবা পোকহনবা অমসুং পাউতাক

পীনবিবা ব্রহ্মনিষ্ঠ আচার্য্যনচিংবা মহাত্মাশিংগী মশকপু অদুগা সগুণ ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈরিবা লাইশিংবু (পশ্যেম) য়েংবা ঙমজগে। (হ্রিৈঃ) শোয়-ঙাম্বা য়াওদনা (পাঙ্গল কন্না) লৈরিবা (অঙ্গৈঃ) খুৎ খোঙনচিংবা লৈরিবা (তন্নূভিঃ) অফবা হকচাং ফংজদুনা (তুষ্টুবাংসঃ) মুংশি-মুংশিরবা স্তুতিশিংবু শকচ-শোঞ্জদুনা লৈরিবা ঐখোয়না (দেবহিতং) লাইনিংবনচিংবা সেবা তৌবদা সাধনগী মশক ওইনা অথোইবা (যদায়ুঃ) পুন্সি অসিবু (ব্যশেম) নুংঙাইনা লেনজগে॥ (বৃদ্ধশ্রবাঃ) মতিক মগুণ য়াম্না চাউবা (ইন্দ্রঃ) দেবপতি ইন্দ্র (নঃ) ঐখোয়গীদমক (স্বস্তি) মঙ্গলগী মশক ওইবা নুংঙাই-য়াইফবা (দধাতু) পীবিবা ওইসনু। (বিশ্ববেদাঃ) লেংলি পাল্লিবা পুন্নমকপু খঙলিবা অমসুং য়োক্কুনা থমলিবা, (পূষা) আদিত্য ভগবান (নঃ) ঐখোয়গীদমক (স্বস্তিদধাতু) কল্যাণ তৌবিবা ওইসনু। (অরিস্টনেমিঃ) অথিংবা লৈতনা পাইবা অমসুং চৎপা ঙম্বা (তার্ক্ষ্যঃ) গরুড় ভগবান্না (নঃ) ঐখোয়গীদমক (স্বস্তি দধাতু) নুংঙাই-য়াইফবতা পীনবা ওইসনু, (বৃহস্পতিঃ) মহান্ বেদাচার্য্য দেবগুরু বৃহস্পতিনা (নঃ) ঐখোয়গীদমক, (স্বস্তিদধাতু বেদগী মনুংদা লৈবা অথোইবা ব্রহ্মবিদ্যাবু পীনবিবা ওইসনু॥ (ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ) মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী আধ্যাত্মিক (হকচাংদা অনা লাইথুং তৌবদগী ফংবা), আধিদৈবিক (য়ুহারাবা, চাক তাঙবা, ঈশিং চাউবনচিংবদগী ফংবা), অমসুং অধিভৌতিক (শা-কৈ নত্রগা অতোপ্পা মীনচিংবদগী ফংবা, অরা-অকি অদুম অসি লৈতবা ওইসনু।

তাইবংপানবা অসিদা লৌশিং শিংবনি হায়না লৈরিবা বিবেকী ওইবা মীশিংনা মমাঙৈঙদগী হৌড়ুনা আত্মাগী মরমদা নশা মশাগী লৌশিংগী মতুং ইন্না বিচার তৌড়ুনা লৈখি, হৌজিকসু লৈরি, অদুগা মতুংদসু লৈগনি। মসিগী মরমদি মমাঙৈঙদগী হৌড়ুনা খাত্বা অসিগী মরমদা চিংনবা লৈরকই। মরম অসিদগী কঠোপনিষত্তা নচিকেতা-না আত্মাবু নীংথিনা লেপ্পা, খঙবা ঙম্নবগী-দমক যমরাজগী মফমদা রাহং হংবা মতমদা অসুম্না হায়খি— "অস্তীত্যেকে নায়মস্তীতি চৈকে" মী খরদি "আত্মা লৈ" হায়; অদুগা খরা অমনা "আত্মা লৈতে" হায়। মরম অসিদগী বুদ্ধি ভাবা মীশিংগী পুক্নীংদা স্বাভাবিক ওইনা রাহংশিংসি মতম পুম্নমক্তা কায়দনা হৌগৎলকই। মড়ুদি—মপোক অসি লৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা ঐ লৈরম্বরা? লৈরম্বদি কদায়দা লৈরম্মী? মত্তৌ করম্না লৈরম্মী করম্বা মতমদা লাকই? হৌজিক ঐ অসি কনানো? শিরবা মতুংদা ঐ লৈগদ্রা নত্রগা লৈরোইদ্রা? লৈবা থোক্লবদি কদায়দা লৈগনি? করি ওইড়ুনা লৈগনি? ঐগী অথোইবা লক্ষ্য (ultimate goal) করিনো? লক্ষ্য অদু ফংননবা করম্বা উপায় তৌগদগে? অসিনচিংবা হৌগৎলকপা রাহংশিংগী পাউখুম্নু লৌশিং ভাবা মীশিংনা ফংবা পাম্মী। লৌশিং ভাবা অমসুং অপঙবা মীশিংদা খেন্নবদি অসিনি— লৌশিং ভাবা মীশিংদি হায়গ্রিবা রাহংশিং অসিগী অশেংবা পাউখুম ফংননবা হোৎনড়ুনা লৈ, অদুগা অপঙবা মীশিংদি পুক্নীংদা রাহংশিং অসি হৌগৎলক্লবসু অশেংবা পাউখুম ফংননবা হোৎনদে। মরম অসিনা রাখল লৈবা মীশিংগীদমক্তি

হায়খ্রিবা রাহংশিং অসিগী অশেংবা পাউখুম ফংলগা পুক্নীংদা লেপ্তুনা থম্বা ঙম্মনবা হোৎনবসি মথৌনি। মরমদি হায়খ্রিবা রাহংশিং অসিগী অশেংবা পাউখুম ফংবা ঙমদ্রবদি মীওইবনা অথোইবা লক্ষ্য ফংবা ঙমদে। অদুগা থাজবা লৈবা মীশিংনা পাউখুমশিং অসিবু ফংদুনা অথোইবা লক্ষ্য হায়বদি নির্বাণ মোক্ষ ফংবা থোক্লবস্তু, থাজদবা হৌজিক কালগী মীশিংগীদি পাউখুমশিং অসিদগী করিস্তু কাম্নবা লৈতে। অদুমক ওইদুনস্তু মথোয়গী পুক্নীংদস্তু স্বাভাবিক ওইনা রাহংশিং অসি হৌগৎলুনা লৈ অদুগা পাউখুম ফংনবগীদমক লাওতক্লুদুনা লৈ। লাওতক্লবা পুক্নীং অদুবু তপথহন্নবগীদমক মথোয়নস্তু আত্মাগী মরমদা বিচার (রাখল) তৌবা অসি চুম্মি। পুক্নীংবু তপথনা থম্বা অসিস্তু য়াম্না কাম্নবা অমনি। মরম অসিদগী নোংচুপ্তা পোকখিবা দার্শনিক ওইবা মীশিংগী অদুগা হৌজিক্কী মতমদা লৈরিবা দার্শনিক ওইবা মীশিংগী আত্মাগী মরমদা তৌবা বিচার অসি লাওতক্লবা পুক্নীংবু তপথহন্নবগীদমক্কি; মদু নত্তুনা মথোয়গী মিৎয়েংদা অতোপ্পা কাম্নবা অমতা লৈতে। মরম অসিদগী মী খুদিংমক্কী কাম্নবগী-দমক অঙম্বা অমস্তুং অফংবা উপায়শিং লৌদুনা আত্মাগী মরমদা বিচার তৌসি।

আত্মা লৈ অমস্তুং মহাক কনানো হায়বসিগী মরমদা অদুগা পরমাত্মাগী, তাইবংপানবগা লোয়ননা করম তৌনা মরী লৈনবগে হায়বা অসিগী মরমদা বিচার তৌবা মতমদা খ্বাইদগী ইহান হানবদা প্রমাণ পীবা তাই, প্রমাণ য়াওদনা যুক্তিদনা করিগুম্বা

পোৎ অমতা সিদ্ধ ওইবা য়াদে। যুক্তিদি সুপ্পা প্রমাণগী মতৌং পাংবদনি। মথক্তা হায়খ্রিবা রাহংশিং অসিগী পাউখুমদা প্রত্যক্ষ প্রমাণ হায়বদি মিৎ নাকোংনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা অসি প্রমাণ ওইবা উমদে। প্রত্যক্ষ প্রমাণদি ব্যবহারদা চৎনরিব অচোবা অমসুং অপোবা পোৎ কয়ামুকপুসু সিদ্ধ তৌবা উমদে, অদুনদি য়াম্না থুপ্পা অমসুং কুপ্পা আত্মতত্বগী মরমদা মহাক করি তৌবা উমগনি? উদাহরণগী মওং ওইনা লৌবিয়ু— মী অমনা মহাক্কী মপাবু য়েংন-য়েংনা প্রত্যক্ষ প্রমাণদগী লেপ্পা খঙবা উমদে। মরমদি গর্ভাধানগী মতমদা করম্বা নিপাগা লোয়নবনা ইমানা শিন্নরম্মী হায়বসি মহাক্না প্রত্যক্ষ প্রমাণনা খঙবা উমদে। মতুদি মাগী মমাদনা খঙই। প্রত্যক্ষ প্রমাণনগী করিগুম্বা পোৎ অমা খঙবা উমলবসু পোৎ অদু ব্যবহার মাংগীনি, পোৎ অদুগী অশেংবা মশক্তি প্রত্যক্ষ প্রমাণদগী খঙবা উমদে। ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী নুমিৎ, থা, থরানি চাকনচিংববু উরি, উরিবা মওং অদু মখোয়গী থাঙ্গশেংবা মশক মওংদগী য়াম্না হেন্নৈ, উরিবা মশক মওংদগী থাঙ্গশেংবা মশক মওংদি কোটি কোটি হেন্না চাউরিবনি অদুগা ঐখোয়না মখোয়বু পুখমগী মতৌগুম্না অকোয়ব মওংদা উই, থাঙ্গশেংনদি মখোয়গী মওং কয়লা নত্রগা ফুটবোলগী মতৌগুম্বনি। মরম অসিনা করিগুম্বা পোৎ অমবু তশেংনা খঙবদা প্রত্যক্ষ করিসু তৌবা উমদে।

অনুমান প্রমাণ (Logical inference) অসিসু আত্মতত্বগী অশেংবা জ্ঞান তৌবদা প্রমাণ ওইবা উমদে। মরমদি প্রত্যক্ষ

তৌরবা মতুংদা অনুমান তৌবা য়াই, নত্রবদি তৌবা য়াদে। উদাহরণগী মওং ওইনা – মচাগী মপা লৈ হায়বসি প্রত্যক্ষ সিদ্ধনি। মপা লৈতনা মচা পোকপা য়াদে। মসিদগী মী অমনা "ঐস্ত মচা ওইবা মরমদগী ঐগী ইপা লৈ" হায়বসি অনুমানদগী তশেংনা খঙবা ঙম্মি; অদুবু "ইপা অদু কনানো" হায়বসিদি তশেংনা খঙবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না প্রত্যক্ষ অমসুং অনুমানদগী তশেংনা ইপাগী মশক খঙত্রবদা ইপাগী মশকপু খঙনীংবা মচানা মমাগী মফমদা চঙজদুনা হংবা তাই,— "হে ইমা! ঐবু পোকপিবা ইপা অসি কনানো? ঐ মহাকপু নীংথিনা খঙনীংই; মরমদি ঐবু পোকপিনবগীদমক গর্ভাধান তৌবা মতমদা ঐ লৈতবা মরমদগী ঐনা মহাকপু তৌজিক ফাওবা তশেংনা খঙবা ঙমদ্রি।" মচাগী নোল্লুকপগা লোয়ননা পুক্রীং শেংনা হংজরিবা য়ারম অদুগী মরম নীংথিনা খঙদুনা মমা অদুনা "হে ইচ! নহাক্কী নপাদি নিপা অদুনি" হায়না তাকপা য়াহৈ অদুদগী মহাক্না মপাবু তশেংনা খঙবা ঙমই। মমাগী য়াহৈ ওইবা প্রমাণ অদু নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমতনা মপাবু খঙবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না মপাগী মশক খঙবদগী, মশাগী মশকপু মমানা তাকপদগী খঙই। হায়রিবা খুদম অসিগী মতুং ইন্না ঐখোয়না তাইবং পানবদা পোক্তুনা লৈরিবা ঐখোয় পুম্নমক্কী অথোইবা ইপা পরমাত্মাবু তশেংনা খঙনীংলবদি শ্রুতি (বেদ) ওইবা ইমাগী মফমদা চঙজদুনা হংবা তাই। মদুদগী শ্রুতি ওইবা ইমানা তাকপিবা য়াহৈশিং অদুদগী পরমপিতা পরমাত্মাগী মশক

মশাগী মশক অমসুং জগৎকী অথুপ্পা রাগম পুম্নমক খঙ্‌বা ঙমগদবনি। মরম অসিনা শ্রুতিমাত্তা মশামক্তা অসুম্না হায়রি— "না বেদবিন্মনুতে তং বৃহন্তম" (তৈঃ ব্রা ৩।১২।৯।৭) "বেদবু খঙদবা মীনা হায়বদি শ্রুতিমাত্তোগী মফমদা চঙজদবা মীনা তাইবংপানবা পুম্নমকী পরমপিতা ওইবা অমসুং মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা পরমাত্মাবু তশেংনা খঙবা ঙমদে।"

মসিগী অর্থ বেদ তম্নদবা মীনা পরমাত্মাবু খঙবা ঙমদে হায়বা নত্তে। মরমদি মন্ত্র অসিদা "না বেদবিৎ" ইরি, "না বেদ পাঠকঃ" হায়বদি "বেদ তমদবা" ইদে। মরম অসিনা বেদগী মনুংদা পরমাত্মাগী অমসুং মশাগী মরমদা করি হায়রি হায়বসিদি শ্রদ্ধালু ওইবা মীশিংনা বেদবু অখঙ-অহৈবা অকবা গুরুগী মচিন্দগী নৌংথিনা খঙ্‌বা ঙমগনি। শ্রুতিনা তাকপিরি—"আচার্যবান্ পুরুষঃ বেদ" (ছাঃ উঃ ৬। ১৪। ২)" গুরুগী চরন্দা চঙজবা মী মশাবু (আত্মাবু) খঙবা ঙম্মি।" মরম অসিদগী গীতাদসু শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগী মফমদা অসুম্না হায়রি

তদ্বিদ্ধি প্রণিপাতেন পরিপ্রশ্নেন সেবয়া।
উপদেক্ষ্যন্তি তে জ্ঞানং জ্ঞানিনঃ তত্ত্বদর্শিনঃ॥ (৪। ৩৪

"খুরুমজদুনা, বাহং হংজদুনা অমসুং সেবা তৌজদুনা মসিদু খঙউ। আত্মতত্ত্ববু নৌংথিনা খঙ্‌লিবা জ্ঞানীশিংনা নহাকপু আত্মা অমসুং পরমাত্মাগী জ্ঞানগী মরমদা পাউৎ ক পীগনি।"

"শ্রদ্ধাবান্ লভতে জ্ঞানম্" (গীতা ৪। ৩৯)
"শ্রদ্ধালু (থাজবা) ওইবা মীনা জ্ঞান অসি ফংবা ঙম্মি।"

মরম অসিদগী অথুপ্পা আত্মতত্ত্ববু তশেংনা খণ্ডননবগীদমক থ্বাইদগী অজ্ঞানবদা শ্রুতি মাতাগী নকমদা চঙজদুনা মাগী রাইতশিংবু পুক্লিং চঙনা তাবা তাই ; মসি নত্তনা আত্মতত্ত্ব খণ্ডনবগী অথোপ্পা উপায় অমতা লৈতে। মসিগী অর্থ মসিস্ত ( অসুম্না হায়বস্ত। নত্তে—শ্রুতি মাতানা হায়রিবা, গুরুনা মত্তুগী মতুংইন্না তাকলিবা রা পুম্নমক অদুদা অন্ধবিশ্বাস তৌরগা ( মিং উংশিন্দুনা তারগা ) শিন্দুনা লৈথোকউ হায়বা। শ্রুতিনা তাকপা মতুংইন্না গুরুনা হায়রিবা আত্মতত্ত্ব অদুবু পুক্লিংদা চিংনবা লৈতনা খণ্ডনবগীদমক যুক্তি থিদুনা বিচার তৌগদবনি, বিচার অদুনা আত্মতত্ত্ববু, তশেংনা খণ্ডলগা পেনগদবনি। বেদনা তাকপা আত্মতত্ত্বগী মরমদা যুক্তি লৈতবা নত্তে। মুন্না রাখল তৌদুনা য়েংলবদি যুক্তি—যুক্তিনি হায়না শোয়দনা খঙবা ঙমগনি। মরম অসিদগী আত্মতত্ত্ব অদু মী পুম্নমক্না লৌবা য়াবা পোৎশক থোকপনি। হৌজিক শ্রুতি মাতানা আত্মতত্ত্বগী মরমদা করি হায়রিবগে হায়বা অসি তারগা মতুংদা মত্তুগী মতুংইন্না যুক্তি লৌরগা বিচার তৌস।

শ্রুতি মাতানা অসুম্না হায়রি—

"সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেকমেবাদ্বিতীয়ম্"

( ছাঃ উঃ ৬। ২। ২ ) উদ্দালক ঋষিনা মচা শ্বেতকেতুবু অসুম্না হায়—হে সোম্য! ( য়েংবদা নুংশিবা হে শ্বেতকেতু! ) হৌজিক য়েংবদা উরিবা অচৎ-চত্তা তাইবংপানবা পুম্নমক অসি সৃষ্টি তৌদ্রি-তৈগী মমাংদা অনিশুবা লৈতনা সুপ্পা অমত্তা ওইবা সৎ পরমাত্মা

ওইনা লৈরম্মী। "**স আত্মা তত্ত্বমসি শ্বেতকেতো**" ( ছা: উ: ৬। ১৪। ৩) "সৎ পরমাত্মা অদু আত্মানি, মদু নহাকমক্তি হে শ্বেতকেতু।"

"**একো দেব: সর্ব্বভূতেষু গূঢ়: সর্ব্বব্যাপী সর্ব্বভূতান্তরাত্মা**" ( শ্বে: উ: ৬। ১১ ) "অচৎ-চত্ত তাইবংপানবা পুম্নমক্তা মঙাল লৈবা চেতনদেব অমা গুপ্তুনা লৈ, মহাক মফম পুম্নমক্তা শীন্দুনা লৈ অদুগা থরায় পানবা পুম্নমকী অন্তরাত্মানি (মনুং চন্না লৈবা আত্মানি ) ।"

"**নেহ নানাস্তি কিঞ্চন**" (বৃ: উ: ৪।৪।১৯) "ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মা অসিদা মখল মখা অয়াম্বা পোৎ অমত্তা লৈতে।"

গীতাদসু ভগবান্না হায়রি—

"**ক্ষেত্রজ্ঞং চাপি মাং বিদ্ধি সর্ব্বক্ষেত্রেষু ভারত**।" (১৩।২) "হে ভারত অর্জ্জুন! হকচাং পুম্নমক্তা হকচাংবু খঙদুনা লৈরিবা জীবাত্মাবু ঐমক্তি ( ভগবানমক্তি ) হায়না খঙউ।

"**অয়মাত্মা ব্রহ্ম**" ( বৃ: উ: ২। ৬। ১৯) "জীবাত্মা অসি ব্রহ্মনি।"

মতৌ অসুম্না হায়রিবা শ্রুতিগী মন্ত্র খরশিং অসিদগী ঐখোয়না অসুম্না খঙবা ঙমলে—

"**ব্রহ্ম সত্যং জগন্মিথ্যা জীবো ব্রহ্মৈব নাপর:**।"

"ব্রহ্ম সত্যনি ( মতম পুম্নমক্তা অতেক অকায় লৈতনা অনত্তা ওইবা মওংদা লেঙদনা লৈবা সৎনি), মখল মখা য়াম্না উরিবা জগৎ অসিদি মিথ্যানি ( উরবসু হৌগ্রবা, লৈরিবা অমসুং লাক্কদবা মতম অহুম্মক্তা লৈতবা পোৎনি), জীবাত্মা অসি ব্রহ্মমক্তি, অতোপ্পা অমা নত্তে।"

মসি অদ্বৈতবেদান্তগী লেঙদবা সিদ্ধান্তনি। অদুবু মসি করম্না ওইবা ওমগদগে হায়বসি শ্রুতিগী মতুং ইনবা যুক্তিশিংবু লৌদুনা নীংথিনা বিচার তৌদুনা য়েংলবদি ঐখোয়না পুক্নীংদা চিংনবা লৈতনা তশেংনা খঙবা ওমগনি।

---

## ঈশ্বর অমসুং জীব কদায়বু কৌই?

বেদনচিংবা শাস্ত্রনা তাকপগী মতুংইন্না সচ্চিদানন্দ ব্রহ্ম নির্বিকার নির্গুণ নিরাকারনি অদুগা জগৎকী অধিষ্ঠাননি (লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমক অসি আরোপ তৌননবা আশ্রয়নি)। ঈশ্বর অসিদি সগুণ নিরাকারনি (মতৌক মগুণ য়াম্না চাউবা অমসুং মওং লৈতবা চেতননি)। মহাক সর্ব্বশক্তিমান (Omnipotent), সর্ব্বজ্ঞ (Omniscient) অমসুং সর্ব্বব্যাপক (Omnipresent) নি; অদুগা লেঙলি পাল্লিবা সংসার অসিগী সৃষ্টি কর্ত্তা (Omnific) নি। মহাক্কী মরমদা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"যঃ সর্ব্বজ্ঞঃ সর্ব্ববিৎ যস্য জ্ঞানময়ং তপঃ" (মুঃ উঃ ১।১।৯) "মহাক অসি সামান্য ওইনা (Generally) পোৎ পুম্নমকপু খঙি, বিশেষ ওইনসু (specially) পোৎ খুদিংমকপুসু খঙই, সৃষ্টি তৌবদা সংকল্প মাত্র মহাক্কী তপনি (সৃষ্টি তৌগে হায়না নীংবা নত্তনা অতোপ্পা প্রযত্ন লৈতে)। "ভীষাঽস্মাদ্বাতঃ পবতে। ভীষোদেতি সূর্য্যঃ" (তৈঃ উঃ ২।৮) "মহাকপু কিবদগী নুংশিৎ শিৎলি, কিবা মরমদগী নুমিৎ মতম চানা থোকই।" "এষঃ সর্ব্বেশ্বর এষঃ ভূতাধিপতিরেষ

ভুতপাল এবং সেতুর্বিধরণঃ" (বৃহঃ উঃ ৪। ৪। ২২)— "মসি পুন্নমকী শাসকনি, মসি থরায় পানবা পুন্নমকী মপুনি, মসি অচৎ-চত্তা পুন্নমকপু য়োকপিরিয়নি, মসি পুন্নমকপু ঙাকপিদুনা লৈবা থোঙগী মশকনি। "ঈশানো ভূতভব্যস্য" (কঠঃ উঃ ৩।৪।১৩) "মহাক অসি হৌগ্রবা, ওইরকদবা অমসুং লৈরিবা পোৎ পুন্নমকী নিয়ন্তা (Controller) নি। "আকাশবৎ সর্ব্বগতশ্চ নিত্যঃ" (ছাঃ উঃ ৩। ১৪। ৩) —"আকাশকী মতৌগুম্না মকম পুন্নমক্তা শীম্না লৈ, অমাঙবা লৈতে।" অসিনচিংবা অসিনা ঈশ্বর কনানো হায়বা অদু তাকই।

মসিদগী ওন্নতৈননা জীবাত্মা অসি থজিক্কং খঙবা ঙম্বা, মপাঙ্গল য়াম্না শীকপা হকচাংদতা লৈবা অপীকপা পোৎ অমা ওইনা ঐথোয়না অহিং মুংথিল্লরা অনুভব তৌতুনা মাবু খঙ্বা ঙম্মি। মসি মশাদা ল্যাকপা অরাবা ফত্তবরুস্থ ঙাকপা ঙমদে; অতোপ্পগী অরাবনচিংবা ঙাকপা ঙমগনি হায়বসিদি য়াম্না থাপ্না লৈগ্রে। শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—

"অঙ্গুষ্ঠমাত্রঃ পুরুষো মধ্য আত্মনি তিষ্ঠতি" (কঠঃ উঃ৪।২)
"থৃৎপিমুক্তং চাউবা জীবাত্মাসি হকচাংগী মনুংদা লৈ।"

**অথ সত্যবতঃ কায়াৎ পাশবদ্ধং বশংগতম্।**
**অঙ্গুষ্ঠমাত্রং পুরুষং নিশ্চকর্ষ যমো বলাৎ॥**
**(মহাভারত বনপর্ব্ব** ২৯৭। ১৭)

"মদুগী মতুংদা যমনা থৌরিনা পুনবদগী মথা পোন্দুনা লৈবা থৃৎপিমুক্তা চাউবা জীবাত্মাবু সত্যবান্‌গী হকচাংদগী নমদুনা চিংথোকই।"

ফীবম অসিদা জীব অসিবু ঈশ্বরমক্তি হায়বসি অঙাওবগী রাফম ওইনা থোকই। কনা অমতনা থাজবা রা ওইনা থোক্কে। মসিদা নত্তনা সংসার অসিদা লৈরিবা মশীং নাইদ্রবা জীবশিংবু খেন্নবা লৈতনা আত্মা অমত্তনি হায়না লৌরবদি অমত্তা ওইবা মরমদগী অরা-নুংঙাইবস্তু অমগা অমগা খেন্নরোই, অদুবু মী পুন্নমক্না মশা মশাগী অরা নুংঙাইবা খেন্ন-খেন্ননা খঙই। মরম অসিদগী আত্মা অমত্তনি হায়বসি লৌবা য়াবা রাফম থোক্কন্না উই।

---

## ঈশ্বর অমসুং জীবগী অশেংবা মশক।

চুম্মি, মথক্তা হায়খ্রিবা ঈশ্বর অমসুং জীবসি কদোম্বৈঙদস্তু অমতা ওইবা য়াদে। মরমদি হায়খ্রিবা মওং অসি ব্যবহারদা চৎনবা অমসুং খঙনবা মওঙনি। মরম অসিনা বেদান্তনা ব্যবহারদা চৎনরিবা অমসুং খঙনরিবা ঈশ্বর অদুগা জীব অনি অসিবু অমত্তনি হায়বসি কদোম্বৈঙদস্তু হায়দে; অশেংবা মশক মওঙদা অনি অমত্তনি, করিস্তু খেন্নবা লৈতে হায়বসি বেদান্তনা হায়। মরম অসিনা হৌজিক ঈশ্বর অমসুং জীবগী ব্যবহারদা চৎনবা অমসুং খঙ্নবা মওঙ করিনো অদুগা অশেংবা মশক মওঙ করিনো হায়বসিগী মরমদা বিচার তৌবা তাই। বিচার তৌরবা মতুংদা মখোয় অনি অসি অমত্তনি, করিস্তু খেন্নবা লৈতে হায়বসি ঈরায় লায়না খঙ্বা ঙমগনি।

বিচার অসিবু লায়না খঙ্‌বা ঙম্নবগীদমক অহানবদা ঐখোয়না দৃষ্টান্ত (খুদম) অমা নৌংথিনা খঙসি। মদুদি— নুমিৎকী মঙাল অসি য়াম্না পাকচাউনা সৌরমণ্ডল (Solar system) দা শীনবা থুংনা লৈ। নুংশা অসিগী মন্নুংদা মফম অমদা সূর্য্যকান্তমণি (Magnifying glass) থম্নবদি, মদুদা নুমিৎকী মঙালগী আভাস হায়বদি মমি (Reflection) তাই। তারিবা আভাস অসি নুমিৎকী সামান্য মঙালদগী থোইনা হেন্না থবক তৌই। মরমদি নুমিৎকী মঙাম্না পোৎ পুম্নমকপু ঙান-থোকহনবতা ভৌই, অদুগা পোৎপুদি চাক্কে। অদুগা সূর্য্যকান্ত-মণিদা তারিবা নুমিৎকী মঙালগী আভাস অদুদি ঙাম্মোকহনবগা লোয়ননা মহাক্না থেংনবা পোৎ-যুম-কৈ ফাওবস্ত চাকথোকই। মরম অসিদগী আভাস অসি নুমিৎকী মঙালদগী অতোপ্পা অমা ওইনা উই। আভাস অসি লৌনবগীদমক নুমিৎকী মঙাল অমসুং সূর্য্যকান্তমণি পোৎ অনী অসি চঙই। পোৎ অনী অসি লৈত্রবদি নত্রগা পোৎ অনী অসিগী মনুংদা পোৎ অমা লৈত্রবদি হায়রিবা আভাস অসি কদোইঙদসু ওইবা য়াদে। অনী অসিগী মনুংদা সূর্য্যকান্তমণিবু উপাধি হায়না কৌই। বেদান্ত শাস্ত্রগী মনুংদা উপাধি হায়বা ৱাহৈ অসি পারিভাষিক ওইবা ৱাহৈ (Technical word) নি। করিগুম্বা পোৎ অমনা মাগা লোয়ননা মরী লৈনবগুম তৌবা অতোপ্পা পোৎ অমবু মশাগী অশেংবা মশক মওংদগী অতোপ্পা মশক মওঙ ওইনা উকনবা ঙম্নবদি পোৎ অদুবু উপাধি হায়না হায়নৈ। সূর্য্যকান্তমণিসু নুমিৎকী মঙালবু

অতোপ্পা পোৎ অমা ওইনা উহনবদগী মাবু উপাধি কৌই। অদুগা সূর্য্যকান্তমণিগী আশ্রয় ( লৈননবা মফম ) ওইদুনা লৈরিবা নুমিৎকী পাক-চাউরবা মঙাল অদুবুদি অধিষ্ঠান হায়না কৌই। উপাধিনা মরম ওইদুনা অতোপ্পা অমা ওইনা উরিবা আভাস অসি থাঙ্গশেংনমক নুমিৎকী মঙাল নত্তুনা অতোপ্পা অমা নত্তে। মরমদি নুমিৎকী মঙালগী অস্তিত্ব ( Existence ) নত্তুনা মহাক্কী অতোপ্পা অস্তিত্ব লৈতে ; সূপ্পা উপাধি লৈবা মরমদগী অতোপ্পা অমা ওইনা উবতনি। "যৎ যৎসত্ত্বাধীনসত্তাকম্, তৎ তদভিন্নম্" হায়বদি করিগুম্বা পোৎ অমা অতোপ্পা ওইনা লৈরিবা পোৎ অমগী অস্তিত্বগী মখা পোন্দুনা লৈরবদি পোৎ অনিদু অমতনি। খুদম ওইনা— চফু অসি লৈবাক্কী অস্তিত্বগী মখা পোন্দুনা লৈ, মরম অসিনা চফু লৈবাকমক্তি, অতোপ্পা অমা নত্তে অদুগা শল, শগোলগী অস্তিত্বগী মখা পোন্দুনা লৈতে, মরম অসিদগী অনি অসি অতোপ অতোপ্পা পোৎনি। মরম অসিনা সূর্যকান্তনা মরম ওইদুনা অতোপ্পা ওইনা উরিবা আভাস অসি নুমিৎকী মঙালমক্তি, মদুদগী অতোপ্পা নত্তে। মরমদি সূর্য্যকান্ত লৈত্রবদি মদু নুমিৎকী মঙাল ওইনা লৈ। মতৌ অসুম্না অতোপ্পা মশক মওং অমা ওইনা উরবস্তু আভাসকী থাঙ্গশেংবা মশক মওংদি নুমিৎকী মাম্না পাক-চাউনা লৈরিবা মঙাল অদুনি।

দৃষ্টান্ত অসিগী মতুংইন্না সর্ব্বব্যাপক ওইদুনা লৈরিবা সচ্চিদানন্দ পরব্রহ্ম অসি নুমিৎকী মঙালগী মশক্তি। মহাক্কী মচি অমদা উপাধিগী মশক ওইবা মায়া অসি চঙজদুনা লৈ। মসি

অচেতন ওইবা মরমদগী অচেতন তাইবংপানবা পুম্নমক্কী পরিণামী উপাদান কারণ ( Material cause ) নি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—"পাদোঽস্য সর্ব্বা ভূতানি ত্রিপাদস্যাঽমৃতং দিবি" ( ছাঃ উঃ ৩।১২।৬ ) পরব্রহ্মগী শরুক অমদা তাইবংপানবা অসি লৈ, মাগী শরুক অহুমদি মশাগী অশেংবা অঙানবা মওংদা লৈ। "মায়াং তু প্রকৃতিং বিদ্যাৎ মায়িনং তু মহেশ্বরম" ( শ্বেঃ উঃ ৪।১০ ) মায়াবু জগৎকী প্রকৃতি ( উপাদান ) নি হায়না খঙউ, অদুগা মহেশ্বর পরব্রহ্মবু মহাক্কী আশ্রয় (অধিষ্ঠান) মায়ীনি হায়না খঙউ। উপাধিগী মশক ওইনা হায়রিবা মায়াসিদা অঙানবগী মশক ওইবা চেতন ব্রহ্মগী আভাস তাই। আভাস অদু সামান্য চেতন ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা ওইনা উই, অদুগা মদু বিশেষ চেতননি। উপাধি ওইবা মায়া সংসার পুম্নমক্কা থন্না লৈবা মরমদগী বিশেষ চেতন অদুস্ তাইবংপানবা পুম্নমক্কা শানবা থুংনা লৈ, মদু সর্ব্বশক্তিমান্ অমসুং সর্ব্বজ্ঞনি, মহাক সংসারসিগী শেম্বি-শাবিবা অমসুং ঙাকপিবা মপুনি। মতৌ অসুন্না সামান্য চেতন ওইবা অধিষ্ঠান পরব্রহ্ম অদুদা চঙজদুনা লৈবা উপাধি ওইবা মায়া, অদুগা মায়া অদুদা তারিবা বিশেষ চেতন ওইবা চেতন আভাস অহুম অসি তিল্লগা ব্যবহারদা চৎনরিবা ঈশ্বর ওইরিবনি। সর্ব্বশক্তিমান্নচিংবা ওইদুনা তোপ্পা উরিবা মগী মশক মওং অসি অশেংবা নত্তে, মাগী অশেংবা মশক মওংদি সামান্য চেতন ওইবা পরব্রহ্মনি। মরমদি সামান্য চেতন ওইবা পরব্রহ্মগী অস্তিত্বগী মখা পোন্দুনা মহাক ( ঈশ্বর ) লৈ, মাগী

অতোপ্পা অস্তিত্ব লৈতে। মরম অসিনা সর্ব্বজ্ঞ সর্ব্বশক্তিমান ঈশ্বর অশেংবা মশক মওংদা পরব্রহ্ম নত্তনা অতোপ্পা অমা নত্তে।

হৌজিক জীব করিনো হায়বসিস্তু বিচার তৌসি। মথক্তা হায়খ্রিবা ঈশ্বরগী মায়াসি সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুম অসি তিনশিন্দুনা লৈবা পোৎ অমনি। অশেংবা সত্ত্বগুণ ওইবা মায়া ঈশ্বরগী উপাধিনি অদুগা শেংদবা সত্ত্বগুণ হায়বদি রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণগী শরুক খরা থিংজিন্দুনা ( য়ানশিন্দুনা ) লৈবা মায়াদগী অন্তঃকরণ পোকই। মসি য়াম্না কূপ্পা পোৎ অমনি, কনা অমতনা মসিবু উবা ঙমদে। মানা তৌবা থবক খেন্নবা মরমদগী অন্তঃকরণ অসিবু মন, বুদ্ধি, চিত্ত অমস্তুং অহংকার হায়নস্তু কৌই। ৱাখল খনবা মতমদা "থবক অসি তৌসিরা নত্রগা তৌদসিরা" অসিনচিংবা খন্দুনা অরেপ্পা লৈনবদি অন্তঃ-করণবু "মন" কৌই, "মসি শোয়দনা তৌসি" অসিনচিংবা অরেপ্পা ৱাখল ওইরবদি অন্তঃকরণবু "বুদ্ধি" কৌই; মশাগী চাউথোকপা ৱাখল খনবা মতমদা অন্তঃকরণবু "চিত্ত" কৌই; অদুগা অহম্ হায়বদি—'ঐ' হায়না খনবা মতমদা অন্তঃকরণবু "অহংকার" হায়না কৌই। হায়রিবা অন্তঃকরণ অসি জীবগী উপাধিনি। অন্তঃকরণ অসিনা মরম ওইদুনা জীবশিং অসি সংসারদা হন্না হন্না কোয়দুনা লৈরিবনি। মায়ানা শাবা পোৎ অমা ওইবা মরমদগী অন্তঃকরণ অসিস্তু সামান্য চেতন শুদ্ধ পরব্রহ্মদা আশ্রয় লৌদুনা লৈ; মরম অসিনা অন্তঃকরণগী অধিষ্ঠানস্তু অশেংবা

সামান্য চেতন পরব্রহ্মমক্কি। দুংশেলগী মতৌগুম্না অন্তঃকরণ অসিস্তু মান্না তরু-তরুবা পোং অমা ওইবদগী মাচুদা মঙালগী মশক ওইবা সামান্য চেতন ব্রহ্মগী আভাস ( মি নত্রগা মমি ) ওই। মাদিবা আভাস অসিস্তু, সামান্য চেতন ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা ওইনা উই, মতু বিশেষ চেতন্নি। মাদুরিবা বিশেষ চেতন অসি সংসারদা অরা-অনা মুঙাইবনচিংবা পুম্নমক খঙতুনা জীব ওইনা লৈরিবনি। অরা-মুঙাই খঙবা ওইনা উদিবা মহাক্কী মশক মওং অসি অশেংবা মশক মওঙ নত্তে, অন্তঃকরণ উপাধিনা মরম ওইদুনা অতোপ্পা অমা ওইনা উবতনি। মহাক্কী অশেংবা মওঙ, মশক্কি অধিষ্ঠান ওইদুনা লৈরিবা মঙালগী মশক ওইবা সামান্য চেতন ব্রহ্মনি। মরমদি মসিদস্তু ব্রহ্মগী অস্তিত্ব নত্তুনা জীবগী অতোপ্পা অস্তিত্ব লৈতে। মরম অসিদগী জীবগী অশেংবা মশক মওং পরব্রহ্মনি, অদুগা ঈশ্বরগী অশেংবা মশক মওংস্তু পরব্রহ্মনি। মতৌ অসিগুম্না জীব অমসুং ঈশ্বরগী অশেংবা মশক মওং অসিবু লৌরগা জীব ঈশ্বরমক্কি হায়না বেদান্তনা হায় ; চেতন আভাসকী মশক ওইবা তোপনা তোপনা লৈরিবা ঈশ্বর অমসুং জীববু অমত্তনি হায়বা অসিদি হায়দে। ঈশ্বর অমসুং জীবগী অশেংবা মশক মওঙ অসিদা সংসারগী অরা-মুঙাইবনচিংবা অমত্তা লৈতে, মদুদি পরমানন্দগী মশক্কি। অশেংবা মওঙ পরমানন্দ অসিবু ফংনীংদুনা অতোপ্পা মওঙ ওইদুনা লৈরিবা জীবশিংনা অহিং মুংখিল নাইদনা মুঙাইবা অদুত্তো থিদুনা লৈরিবনি। মরম অসিনা বেদান্তনা ঈশ্বর অমসুং জীব

অমতনি হায়বসি অঙাওবগী ৱা নত্তে; থাঙ্গৈশেংবা অচুম্বা ৱানি। মসিবু খঙদবা মৱমদগী মীশিংনা বেদান্তগী ৱাশিংবু অঙাওবগী ৱাফম ওইনা উবতনি। থাঙ্গৈশেংনমক্তি অথূপ্পা ৱা অসিবু খঙদদুনা মীওইবনা অঙাওবগী মতৌগুম্বা সংসার অসিদা মখল মখা অয়াম্বা মপোক লৌদুনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরিবনি।

ঈশ্বৱ অমসুং জীব অসি চেতন আভাসকী মশক্তি হায়বসিসু শ্রুতিমাতানা থোজানবিদুনা অসুম্না তাকপিরি—

"জীবেশাবাভাসেন করোতি মায়া চাঽবিদ্যা চ স্বয়মেব ভবতি" (নৃসিংহোত্তৱঃ উঃ খণ্ড ৯)

"অজ্ঞান্না জীব অমসুং ঈশ্বৱগী আভাসকী মশক ওইনা শাই, অদুগা অজ্ঞান মশামক ঈশ্বৱগী উপাধি মায়া অমসুং জীবগী উপাধি অবিদ্যা অসিগুম্বা ওইদুনা লৈ।"

যথা হ্যয়ং জ্যোতিরাত্মা বিবস্বান পো ভিন্না বহুধৈকোঽনুগচ্ছন্। উপাধিনা ক্রিয়তে ভেদরূপো দেবঃ ক্ষেত্রেষ্বেবমজোঽয়মাত্মা। এক এব হি ভূতাত্মা ভূতে ভূতে ব্যবস্থিতঃ। একধা বহুধা চৈব দৃশ্যতে জলচন্দ্রবৎ॥

(ব্রহ্মবিন্দুঃ উঃ ১২)

"অঙানবগী মশক ওইবা সুমিৎ অসি অমতা ওইরবসু, উপাধিগী মশক ওইবা ঈশিংশিংদা চঙলগা ময়াম ওইদুনা লৈ। মতৌ অসুম্না পোকপা শিবা নাইদ্রবা অমসুং অঙানবগী মশক ওইবা আত্মা অসিসু উপাধিনা মৱম ওইদুনা মশীং

লাইব্রবা হকচাংশিংদা অতোপ-অতোপ্পা ওইনা তৌই। ঈশিংদা তাবা থাগী মমিগী মতৌগুম্না থরায় পানবশিংগী অমং: ওইবা আত্মা অসি অমতা ওইনা অমসুং মথাম ওইনা হকচাং খুদিংমক্তা লৈ।”

কার্য্যকারণোপাধিভেদাজ্জীবেশ্বর ভেদোঽপি দৃশ্যতে।
কার্য্যোপাধিরয়ং জীব কারণোপাধিরীশ্বরঃ॥
ঈশ্বরস্য মহামায়া তদাজ্ঞাবশবর্ত্তিনী।
অবিদ্যাকার্য্যণস্তঃ-কারণান্যতীত্য কানানু তানি জায়ন্তে।
ব্রহ্মচৈতন্যং তৈব, প্রতিবিম্বিতং ভবতি প্রতিবিম্বা এব জীবা ইতি কথ্যন্তে॥” ( ত্রিপাদ্বিভূতি উঃ অঃ ৪ পূর্ব্ব খণ্ড )।

কার্য্য অন্তঃকরণ, কারণ মায়াগী মশক ওইবা উপাধিগী খেন্নবদগী জীব অমসুং ঈশ্বরদা খেন্নবস্য উই। জীব অসিগী উপাধি কার্য্যনি ( মায়াদগী পোকপা অন্তঃকরণনি ), অদুগা ঈশ্বরগী উপাধি কারণনি ( মায়ানি )। ঈশ্বরগী উপাধি মহা-মায়াসি মাগী ( ঈশ্বরগী ) মখা পোন্দুনা লৈ, আজ্ঞাকারীনি। অবিদ্যা ( মায়া ) দগী পোকপা অন্তঃকরণশিংনি: মথোয় অসি মতমগী মতুং ইন্না সৃষ্টিগী মতমদা পোকই, অদুগা মথোয় অদুদা ব্রহ্মচৈতন্যগী আভাস তাই; মরম অসিদগী জীবশিং অসি আভাসনি হায়না হায়নৈ।

বেদান্তদর্শনকার বেদব্যাসনস্যু জীবগী স্বরূপ বিচার তৌবা মতমদা “আভাস এবং চ” ( ব্রঃ সূঃ ২।৩।৫০ ) “জীব অসি ব্রহ্মচৈতন্যগী আভাসনি” হায়না তাকলি। মরমসিদগী জীব

অশেংবা মশক মওংদা ব্রহ্মমক্তি হায়বসিদা করিমত্তা চিংনবা লৈতে।

পঞ্চদশীকার বিদ্যারণ্য স্বামীনা ব্যবহারদা চংনবা জীবগী মশকপু অস্মু হায়—

"চৈতন্যং যদধিষ্ঠানং লিঙ্গদেহশ্চ যঃ পুনঃ।
চিচ্ছায়া লিঙ্গদেহস্থা তৎসংঘো জীব উচ্যতে" ॥
(দ্বৈতবিবেক ৪।১১)

অধিষ্ঠান ওইবা ব্রহ্মচৈতন্য, অন্তঃকরণনচিংবা সূক্ষ্মশরীর অমসুং সূক্ষ্মশরীরদা তাবা চৈতন্যগী আভাস অহুম অসি তিল্লগা ব্যবহারদা চৎনবা জীবনি।

মরম অসিদগী অন্তঃকরণ লৈবা মতমদতা জীব অসি জ্ঞাতা, ভোক্তা, কর্ত্তানচিংবা ওইদুনা অরা-মুডাই খণ্ডুনা লৈ। অন্তঃ-করণ উপাধিসি মশাগী মওং থাদোক্লুনা কারণ অবিদ্যা (মায়া) দা তিন্দুনা লৈবা মতমদা আভাস লৈতবা মরমদগী অরা-অনা-নচিংবা অমতা খণ্ডে। হায়রিবা ফীভমসি সুষুপ্তি (ফুইনা তুম্বা), মূর্চ্ছা (বাম্বা) ওইবা মতমদা ওই। মরম অসিনা মতম অদুদা কর্ত্তা ভোক্তা ওইবা জীব কোবা চেতন আভাস অসি লৈতে, মহাক্কী স্বরূপ ওইবা ব্রহ্ম-চেতনদা তিন্দুনা লৈ, অদুবু অন্তঃকরণ হকচাংদগী চৎথোক্তবা মরমদগী হিংদুনা লৈ, শিদে। স্বপ্ন অবস্থা নত্রগা জাগ্রৎ অবস্থাগী মতমদা অন্তঃকরণ মাগী কারণ অবিদ্যাদগী হান্নগী মওংদা অমুক লাকই; মদুদি উন্দগী ঈশিং ওইনা লৈবা অমসুং ঈশিংদগী ঊন ওইবগুম্বনি। মতম

অদুদা অমুক হন্না অন্তঃকরণদা চেতন আভাস তাই। মদুদগী স্বপ্ন অমসুং জাগ্রৎ অবস্থাগী ব্যবহার অদুগা অরা-মুংঙাইনচিংবসি অমুক উই। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না তাকলি—

"সতা সোম্য তদা সম্পন্নো ভবতি স্বমপীতো ভবতি"

(ছাঃ উঃ ৬।৮।১)। হে মুংশিবা শ্বেতকেতু! মতম অদুদা (ফুইনা তুম্বা মতম, সুষুপ্তি অবস্থাদা) অন্তঃকরণ অবিদ্যাদা তিন্দুনা লৈবা মরমদগী জীব রূপ চেতন আভাস অদুসু সৎ ওইবা সামান্য ব্রহ্ম চেতন্দা তিন্দুনা লৈ, মদু মাগী থাঙ্গৈ-শেংবা মওঙদা লৈবনি।

"ইমাঃ সর্ব্বাঃ প্রজাঃ সতি সম্পদ্য ন বিদুঃ—সতি সম্পদ্যামহে ইতি। তে ইহ ব্যাঘ্রো বা সিংহো বা বৃকো বা বরাহো বা কীটো বা····· যৎ যৎ ভবন্তি, তৎ তদা ভবন্তি॥" (ছাঃ উঃ ৬।৯।২,৩)।

সুষুপ্তি অবস্থাদা থরায় পানবা পূম্নমকসি সৎ সামান্যদা তিন্দুনা লৈরগা—এখোয় সৎ সামান্যদা তিন্দুনা লৈ হায়বসি খঙদে। মদুদগী হৌগৎলকপা মতমদা কর্ম্মগী মতুং ইন্না কৈ, নোংশা, কবোকৈ, এক নত্রগা তুমিৎ-কাংনচিংবা হান্না ওইরম্বদু ওইদুনা লৈ।

মতৌ অসুম্না শ্রুতিনা তাকপা মতুং ইন্না বিচার তৌরবদি জীবগী মরমদা করিমত্তা চিংনফম লৈতে। মসিদা নত্তনা জীব চেতন আভাসনি হায়বসিদা অতোপ্পা যুক্তি অমসু লৈ। হৌজিক কালগী সর্জন ওইবা ডাক্তরশিংনা অকনবা থাঙ থাবা

( operation ) তৌবা মতমদা অনাবা মীবু ক্লোরোফোর্ম পীরগা রাম্থহন্দুনা থম্মী, মতুংদা থাঙ থাই। মতুদা অনাবা মী অদুনা অরা-অনা করিমত্তা খঙদে, মতম অদুদা অরা-অনা খঙবা জীবাত্মা হকচাংদা লৈতে হায়বসি য়াদে, হকচাংদা জীবাত্মা লৈত্রবদি মী অদু শোয়দনা শিগনি। জীবাত্মানা অরা-অনা খাঙননবগী যন্ত্র ওইদুনা কোক্তা লৈবা মস্তিষ্ক ( Brain ) অদুসু মতম অদুদা হান্নগী মতৌগুম্না মাগী তৌগদবা মথৌ অদু তৌদুনা লৈ। মহাক মথৌ তৌবা থাদোক্লবদি মিনিট মঙাগী মনুংদা মী অদু শিগনি, অমুক হিংবা য়াদে হায়বসি—বৈজ্ঞানিক ডাক্তরশিংগী অমত্তা ওইবা মতনি। মরম অসিনা রাম্থদুনা লৈবা মতমদা জীবনা করি মরমদগী অরা-অনা খঙদ্রিবনো হায়বা ৱাহং অসিগী পাউখুম ডাক্তরশিংনা করি পীগনি? শ্রুতি মাতানা তাকপা মতুং ইন্না জীবাত্মাবু চেতন আভাসনি হায়না য়ারবদি মসিগী পাউখুম য়াম্না লায়। মতম অদুদা উপাধি ওইবা অন্তঃকরণ মাগী কারণ মায়াদা তিন্দুনা লৈবা মরমনা চেতন আভাসসু সৎ সামান্য ওইবা চেতন্দা তিন্দুনা লৈবা মরমদগী অরা-অনা খঙদে হায়বসি য়াই। অদুবু মসিদা কনা-গুম্বনা হংবা য়াই—লৌকিকী মতমদা কোকনগী ইঞ্জেক্সন পীরগা অনাবা মীনা য়েংনা য়েংনা ডাক্তরশিংনা থাঙ থাই, অদুবু অনাবা মীনা থাঙ থাবগী অনাবা অমত্তা খঙদে। বেদান্তগী মতুং ইন্না মতম অদুদা হকচাংদা শীনবা থুংনা অন্তঃ-করণ লৈবা মরমদগী অরা-অনা খঙবা চেতন আভাস অদুসু

শোয়দনা লৈ হায়র্বসি ম্বাগদবনি। চেতন আভাস লৈরবদি শোয়দনা অরা-অনা খঙবা চুম্মী। বেদান্তদা মসিগী পাউখুম লৈতে হায়না খনবিগনু ; মসিগী পাউগুমসু ম্বাম্ন লায়না লৈ। মসিবু ভাকুবগীদমক অহানবদা সূর্য্যকান্তমণিগী দৃষ্টান্ত পীখ্রবনি। সূর্য্যকান্ত মণিগী মচি অমদা থাংমৈগী অমুবা মৈপুয়েহন্দুনা মোংহল্লগা মতু নুমিৎকী মঙালদা থমলবদি অমোংপা মচি অত্তুদা নুমিৎ মঙালগী আভাস ( Reflection ) ভারোই, মতোপ্পা অশেংবা মফমদদি আভাস ভাগনি। মসিগুমত্তুনা হকচাং শান্দুনা লৈরিবা সূর্য্যকান্তগী মশক ওইবা অন্তঃকরণগী মচি অমা কোকনগী ইঙ্গেঙ্গন ভৌবদগী মোংলি। অমোংপা মচি অত্তুদা নুমিৎ মঙালগী মশক ওইবা সামান্য ব্রহ্ম চেতনগী আভাস তাদে, মোঙবা অন্তঃকরণগী শরুক্তুদি আভাস তাই। মরম অসিনা অমোংপা মফমদা থাঙ থাবদা অরা-অনা অমত্তা খঙদে। মতুংদা অমোংপা অত্তু ভপ্পা ভপ্পা শেংদোক্লক্লবদা মফম অত্তুদা আভাস ভারকপা মরমদগী অনাবা পোক্লকই।

থরায় পানবা পূম্নমক্কী আত্মা খেম্নবা লৈতনা অমত্তা ওইরবদি অরা-নুংঙাইবা পূম্নমকস্তু অমনা অমদগী খেম্নরোই, অত্তুবু মী পূম্নমক্না মশা মশাগী অরা-নুংঙাইবা খেম্নবা খঙই হায়না চিংনবা অসিসু চুমদে। নুমিৎ মঙ'লদা মশীং লাকপা ঙমদনা সূর্য্যকান্তমণিশিংবু অতোপ অতোপ্পা মফমদা থমলবদি সূর্য্যকান্তমণি খুদিংমক্তা নুমিৎ মঙালগী আভাস তাগনি। আভাসশিং অত্তু মশা মশাগা শম্নবা পোংশিংদবু শাহনগনি নত্রগা চাক্কনি,

শম্নদবা পোৎ অমত্তু শাহল্লোই নত্রগা চাক্লোই। মতুম ওইত্রনস্ত মশীং লাকডমদ্রবা আভাসশিংদুগী অংশংবা মশক মওঙদি স্তপ্না নুমিৎকী মঙাল অমগক অতুতনি। মরম খসিনা মশীং নাইদ্রবা সূর্য্যকান্তমণি ওইবা উপাধিশিংদা মশীং নাইদনা তোপ্না-তোপ্না আভাস ওইরবস্ত মখোয় পুম্নমক অদুগী অংশংবা মশক্তি অমত্তা ওইবা নুমিৎকী মঙালনি হায়বসি ঐখোয়না নিংথিনা খঙবা উস্মি। মতু অদুগুম্না মশীং লাকডমদ্রবা অন্তঃকরণ ওইবা উপাধিশিংদা অমত্তা ওইবা ব্রহ্মচেতনগী মশীং নাইদ্রবা অতোপ্প অতোপ্পা আভাস ওইববস্ত মখোয়গী অংশংবা মশক্তি স্তপ্না ব্রহ্মচেতন অমত্তনি হায়না খঙগদবনি। ঙস্মি খেন্নব-দগী আভাসশিং অদুদা অরা-নুংঙাই খঙবস্ত শোয়দনা লেম্নগনি, অমগী অরা-নুংঙাই অমনা খঙলোই। মরম অসিনা ব্যবহারদা মশীং নাইদনা জীব লৈরবস্ত মখোয় পুম্নমক্কী অংশংবা মশক ব্রহ্মরূপ আত্মা অমত্তনি হায়বসিদা করিস্ত কায়কম লৈতে।

মসিদগী জীবশিংনা মখোয় মখোয়না তৌজবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না অরা-নুংঙাই ফংননবগীদমক মথল মথা অয়াম্বা মপোক ফংত্তুনা স্বর্গ নরক-নচিংবদা চৎলি হায়বসিদস্ত করিমত্তা কায়বা লৈতে। সূর্য্যকান্তমণিবু মফম অমদগী অতোপ্পা মফম অমদা থম্বগুম্না অন্তঃকরণসিস্ত তৌথি তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না মফম অমদগী অতোপ্পা মফম অমদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈ। মহাক্না চৎলু চৎলুবা মফমদা, মতুদা চেতন আভাসস্ত শোয়-দনা তাদুনা লৈগনি। অহানবা মফমদগী চৎখিবা অদুবু

ব্যবহারদা চৎনবা মতুং ইন্না শিবা হায়না কৌই ; অদুগা অতোপ্পা মক্ষম য়োঁদুনা অন্তঃকরণগী অভিব্যক্তি ওইববু পোকপা হায়না কৌই। মতৌ অসুম্না পোকপা শিবসি অনন্তকালদগী লেংদুনা চৎলকইবনি। মসি মতুংদসু ব্রহ্মগা অমত্তা ওইবা নির্বান মোক্ষ ওইদ্রিবা ফাওবা চত্তুনা লৈগনি।

বৃহদারণ্যক উপনিষৎকী মৈত্রেয়ী ব্রাহ্মণগী মন্ত্রংদা নির্বান মোক্ষ করিনো হায়না তাকপা মতমদা যাজ্ঞবল্ক্যনা মাগী মূপী মৈত্রেয়ীবু চেতন আভাসবপ জীবগী নির্বান মোক্ষ করম তৌনা ওই হায়বা অসি তাকখি। মদু দার্শনিকী মিৎয়েংদা য়াম্না থুপ্পা অমনি। মরম অসিনা মতাং অসিদা মদু শমলপ্পা বিচার তৌসি।

যাজ্ঞবল্ক্যনা অসুম্না হায় –

"অরেঽয়মাত্মাঽনন্তরোঽবাহ্যঃ কৃৎস্নঃ প্রজ্ঞানঘন এবৈতেভ্যো ভূতেভ্যঃ সমুত্থায় তান্যেবানুবিনশ্যতি ন প্রেত্য সংজ্ঞাস্তীতি" (বৃহঃ উঃ ২।৪।১২)

হে মৈত্রেয়ী। আত্মা অসি অনন্তরনি (মদুগী মনুংদা অতোপ্পা পোৎ অমত্তা লৈতে), অবাহ্যনি (মদুগী মপান্দসু অতোপ্পা পোৎ অমত্তা লৈতে), কৃৎস্ননি (থন্দুনা লৈরিবনি, মসি নত্তবা পোৎ লৈতে), প্রজ্ঞানঘননি (মপুংফা চেতনগী হায়বদি জ্ঞানগী মশক্তি)। মসি আকাশ, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিং অমসুং লৈপাক মত্তা অসিদগী (পঞ্চভূতনা শাবা হকচাংদগী) ফোংদোক্লগা মতুংদা ভূত মত্তা অসিগী মাংবগা লোয়ননা মাংভি, শিরবা মতুংদা মসিগী মমিং ফাওবা লৈহৌদে।

মসিবু তারগা আত্মাবু নিত্য অজর অমর ওইনা খঙবা মৈত্রেয়ীদা চিংনবা পোকপসি স্বাভাবিকনি, মরম অসিনা মানা হায়—

"অত্রৈব মা ভগবান মুমুহন্ন প্রেত্য সংজ্ঞাস্তীতি" শিরবা মতুংদা আত্মাগী মমিং ফাওবা লৈহৌদে হায়না নংনা হায়বিরি। মসিদা নহাকনা ঐবু চিংনবা পোকহল্লে।

মসিগী পাউখুম যাজ্ঞবল্ক্যনা অস্তুম্না পী—

ন বা অরেঽহং মোহং ব্রবীমি, অলংবা অরে ইদং বিজ্ঞানায়, অবিনাশী বা অরেঽয়মাত্মাঽনুচ্ছিত্তিধর্ম্মা"

(বৃহঃ উঃ ২। ৪। ১৩)

অরে মৈত্রেয়ী! ঐনা নঙোন্দা চিংনবা পোকপা য়াবা ৱাহৈ হায়দে। হে মৈত্রেয়ী! আত্মাসিবু খঙননবগীদমক ঐনা হায়রিবা ৱাহৈ অসিদগী থোইনা হেন্না হায়বদা কান্নফম লৈতে। আত্মাসিদি অবিনাশীনি (মাংবা লৈতে), অদুগা অনুচ্ছিত্তিধর্ম্মনি (মওং লোংদোকপা তৌদনা মশক অমত্তদা লেঙদনা লৈবনি)।

মসি তারগা মৈত্রেয়ীদি ভূমিন্না লৈত্রে, মতুংদা যাজ্ঞবল্ক্যগী মফমদা অমুক হংদ্রে। মরমদি মহাক্না যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়রিবদু করিনো হায়বসি নাংথিনা খঙখ্রে, মাগী চিংনবদু লৈত্রে; মসিগী মরমদি মৈত্রেয়ীসি য়াম্না বিদুষী ওইবা (বেদশাস্ত্রনচিংবা নীংথিনা খঙবা) নুপী অমা ওইরম্মী। অদুবু যাজ্ঞবল্ক্যগী ৱাহৈশিংদা ঐখোয়গী চিংনবদি হৌজিক ফাওবা কোক্তি। মরমদি যাজ্ঞবল্ক্যনা আত্মাগী মরমদা য়েক্নবা ৱা অনি হায়—আত্মাসি

পৃথিবীনচিংবা পঞ্চভূতকী মাওবগা লোয়ননা মাওঙি; অদুগা আত্মা মাওবা লৈতবা লেঙদনা লৈবা পোংনি। মসিদা অপুম্বা য়া করিনো? মৈত্রেয়ীনা য়েক্লুবা য়াহৈ জানিসিনগী করম্বা অপূম্বা য়া খঙই? মদুদগী মহাক তুমিন্না লৈখি।

মসিদা অপূম্বা য়াদি অসিনি—মসিবু খঙননবগীদমক অহানবদা দৃষ্টান্ত অমা খঙসি। চক শারগা মতুদা ঈশিং হাপচিদুনা থমলবা মতুংদা ঈশিংতুদা থাগী মমি তাবা উখি, মতুগী মমাংদদি কদোমৈঙদসু থাগী মমি তাবা উমদে। অদুগা চকূদা লৈবা ঈশিংদা থাগী মমি তারবা মতুংদা চকুগা লোয়ননা ঈশিং অদুবু মতম পুম্নমক্তী ওইনা মাঙহল্লবদি মখোয়গী মাওবগা লোয়ননা থাগী মমিদুসু মাংঙি। হায়বদি চকদা লৈবা ঈশিং ওইবা উপাধিনা পাদগী অংতাম্বা অমা ওইনা উৎম্বা থাগী মমিদু থাদা তিনখি: মাগী মমিং ফাওবা লৈহৌরে। দৃটান্তসিগী মতুং ইন্না পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং অসি চকনি, মসিগী মতুংদা ঈশিং ওইবা অন্তঃ-করণ হাপ্তুনা থমলিবনি, মতুদা থাগী মণক ওইবা সংসামানা চেতন ব্রহ্মগী মমি ওইবা চেতন আভাস তাদুনা লৈ। অদুগা ব্রহ্মবু মপামক্তি হায়না খঙদুনা ব্রহ্মনাক্ষাৎকার তৌদুনা লৈরিবা জ্ঞানীগী প্রারব্ধ কর্ম লোইদুনা থরায় থাবা মতমদা মাগী অন্তঃকরণ অদু অংতাম্বা মপোক অমা লোননবগীদমক হকচাং অদুবু থাদোক্লগা অংতাম্বা মকম অমদা চত্তে, চকুগা লোয়ননা ঈশিংনা মাওবগুম্বা হকচাং অদুগী মতুংদা লৈবা-লৈনা অন্তঃকরণ হকচাংগা লোয়ননা মতম পুম্নমক্তদনক ওইনা মাওডি। মরম অসিনা

হকচাং অমস্তুং অন্তঃকরণ মাঙবগা লোয়ননা মতুগী মনুংদা তাডুনা লৈরম্বা চেতন আভাস অদুস্ মাঙডুনা মশাগী অশেংবা মশক ওইবা ব্রহ্মরূপ চেতন্দা তিল্লি। ব্রহ্মচেতন অদু থাঙ্গৈশেংবা মাঙবা লৈতনা লৈবা অমস্তুং মওঙ কায়দনা মতম পুম্নমক্ক লৈবা আত্মানি। মতুগী মওংদা লৈরবদা অন্তঃকরণ অসি মাঙখিবা মরমদগী অমুক হন্না জীব ভাব লৈতডুনা মাগী মমিং ফাংবা মাঙঙি। অন্তঃকরণ মাঙদ্রবদি সংসারদা পোকপ-শিবা তৌডুনা চৎপা অসি শোয়দবনি। মরম অসিনা জ্ঞানীশিংগী নিবরাং মোক্ষ ফংবগী মরমদা শ্রুতিনা অস্তম্না হায়—

"ব্রহ্ম বেদ ব্রহ্মৈব ভবতি" (মুণ্ডঃ উঃ ২।২।৯)

ব্রহ্মবু মশামক্কি হায়না খঙবা মী ব্রহ্মমক ওই।

ন তস্য প্রাণা উৎক্রামন্তি ব্রহ্মৈব সন্

ব্রহ্মাঽপ্যেতি" (বৃহঃ উঃ ৪।৪।৬)

শিবা মতমদা জ্ঞাণীগী অন্তঃকরণনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক হকচাংদগী মপাল থোক্তে (হকচাং মনুংদা মাংডুই), মতৌ অস্তম্না জ্ঞানী ব্রহ্ম ওইডুনা ব্রহ্মবু ফংই।

"স যথেমা নদ্যঃ স্যন্দমানাঃ সমুদ্রায়ণাঃ

সমুদ্রং প্রাপ্যাঽস্তং গচ্ছন্তি ভিদ্যেতে চাসাং

নামরূপে সমুদ্র ইত্যেবং প্রোচ্যতে।

এবমেবাঽস্য পরিদ্রষ্টুরিমাঃ ষোড়শ কলাঃ

পুরুষায়ণাঃ পুরুষং প্রাপ্যাঽস্তং গচ্ছন্তি

ভিদ্যতে তাসাং নামরূপে পুরুষ ইত্যেবং
প্রোচ্যতে ; স এষোঽ কলোঽ মৃতো ভবতি।"
(প্রশ্ন উঃ ৬।৫)

জ্ঞাণীগী শিবা অসিদা মসি চুনাংনি- মচুদি সমুদ্র মাত্র আধার ওইবা, চেক্লৈবা তুরেনশিং অসি সমুদ্রবু ফংলগা মচুদা তিল্লি, মতম অদুদা মখোয়গী গঙ্গানচিংবা মিং অমসুং মওং মতৌ পুন্নমক মাংথি, সমুদ্রমাত্রনি হায়রি। মতৌ অদুগুম্না আত্ম-সক্ষাৎকারী জ্ঞাণী ওইবা পুরুষমাত্র (হকচাং মন্নুংদা লৈরিবা আত্মা মাত্র) আধার ওইদুনা লৈরিবা প্রাণনচিংবা কলা তরা-তরক অসি পুরুষবু ফংলগা মতুদা তিল্লি, মতম অদুদা মখোয়গী মন, বুদ্ধিনচিংবা মমিং অমসুং মওং মতৌ পুন্নমক মাংথি, পুরুষ-মাত্রনি হায়রি। মরম অসিনা জ্ঞাণী অদু, মন প্রাণ বুদ্ধিনচিংবা কলা লৈতবা অমৃত (ব্রহ্ম) ওই অমুক হন্না পোক্তে।

মসিদা কনাগুম্বনা অসুম্না চিংনবা য়াই জীবনা জ্ঞাণী ওইদুনা ব্রহ্ম ওইগ্রবদি সংসার অসিদা জীবগী মশাং শোয়দনা থাংথরক্কনি। মতৌ অসুম্না করিগুম্বা মতম অমদা জীব পুন্নমক অসি ব্রহ্ম ওইখিবা য়াই। মখোয় পুন্নমক্না ব্রহ্ম ওইগ্রবদি সংসার অসিসু মতম অদুদা লোইখিবা ওই; মরমদি জীবশিংগী অরা-মুংঙাই থংনবা মফম সংসারনি, জীব য়াওদনা সংসার লৈবা য়াদে।

মতৌ অসুম্না চিংনবসিসু অপংবগী বানি। মরমদি উপাধি ওইবা অন্তঃকরণ অনন্ত ওইবা মরমদগী জীব অনন্ত (Infinite) নি।

অনন্তদগী লাখ লাখ খাইদোক্লবস্থ ( লৌথোক্লবস্থ ) মদু অনন্তমক ওইদুনা লৈ, মশীং রাগে, অদুগা মদুদা লাখ লাখ তিনশিল্লবস্থ মদু অনন্তমক ওইদুনা লৈ মশীং হেনগগে। মতৌ অস্তুম্না অরাৎ-হেনগৎ লৈতবা অনন্তগী মওংনি। মসিবু হৌজিক কালগী বী, এ, অমস্তুং এম. এ-দা গনিত লৌদুনা তম্বা মীশিংনা নীংথিনা খণ্ডই। মরম অসিনা জীব পূম্নমক নির্বান মোক্ষ ফংখিদুনা সংসার লৈররোই হায়বসি অরেম্বা রানি।

মতৌ অস্তুম্না মথক্তা বিচার তৌখিবা রাশিং অসিদগী হৌজিক ঐখোয়না নীংথিনা খণ্ডবা ঙমলে. মদুদি ঈশ্বর অমস্তুং জীবগী খেন্নবদি শুপ্না মায়া অমস্তুং অন্তঃকরণ ওইবা উপাধিগী খেন্নবদগীনি। অদুম্বদি মখোয় অনিগী অশেংবা মশক সচ্চিদানন্দ-ব্রহ্ম ওইবগী মরমদগী মশক অসিদা করিমত্তা খেন্নবা লৈতে। ব্যবহারগী মতমদা ঈশ্বর সর্বজ্ঞনি অমস্তুং সৃষ্টিকর্ত্তানি, অদুগা জীব অল্লজ্ঞনি অমস্তুং সৃষ্টিগী অকর্ত্তানি—অসিনচিংবা খেন্নবসিদি চেতন আভাসতা ওইবনি। অস্তুম তৌনা খেন্নবসিদি অন্তঃকরণ খেন্নবদগী জীব অমদগী জীব অনগা খেন্নে। মরম অসিনা উপাধি খেন্নবদগী আভাসতা শোয়দনা খেন্নগনি। ঈশ্বরগী উপাধি ওইবা মায়া য়াম্না পাক চাউই, মফম পূম্নমক্তা থুংদুনা লৈ, মদুদা অনন্ত কোটি ব্রহ্মাণ্ড লৈরিবনি। অসিগুম্বা মায়াদা তারিবা চেতন আভাস অদুস্থ মফম পূম্নমক্তা শোয়দনা শীনবা থুংনা লৈগনি। মরম অসিনা ঈশ্বর সর্বজ্ঞ অমস্তুং সর্ব্বশক্তিমান শোয়দনা ওইগনি। অদুগা জীবগী উপাধি ওইবা অন্তঃকরণদি য়াম্না পীকপা মরম্না মদুদা

ঙারিবা চেতন আভাস অদুস্থ মাম্না পীকই। মসিদগী জীব অল্পজ্ঞ অমসুং অল্পশক্তিমান ওইরিবনি। মতৌ অসুম্না আভাসতা লাকইবা ধর্ম্মশিংবু লৌরগা ব্যবহারদা মখোয় অনি খেন্নবনি। অদুবু ঐখোয়দি হায়রিবা ব্যবহার অসিবু য়েংদনা মখোয়গী অশেংবা মশক মওং অদু য়েংগদবনি। অশেংবা মশক মওংদি মখোয় অনী শুদ্ধ প্রব্রহ্ম ওইবগী মরমদগী শ্রুতিমাতানা "তৎত্বমসি"— নহাক ঈশ্বরনি হায়না ঙাকপনি। ব্যবহারিক জীব অমসুং ঈশ্বরবু লৌদুনা ঙাকপা য়া নত্তে। মরম অসিদগী অল্পজ্ঞ জীব সর্ব্বজ্ঞ ঈশ্বর করম্না ওইবা ঙমগনি অসিনচিংবসি শ্রুতিমাতানা তাকপা অয়ুপ্পা য়া খণ্ডদুনা তৌবনি। কৃপা বিচার তৌরবদি চিংনবা অমতা লৈরোই।

---

## আত্মা কর্ত্তা ভোক্তা নত্তে

ঈশ্বরগী সৃষ্টিদগী হৌদুনা হৌজিক ফাওবা অসিদা পোকপা শিবা নাইদুনা লাক্লিবা মী পুম্নমক্না মশা মশাবু থবক তৌবা মী (কর্ত্তা) অদুগা থবক অদুগী মহৈ চাবা মী (ভোক্তা) নি হায়না খণ্ডৈ। মসি কদৌহৈদস্থ থৌরীবু লিল ওইনা খণ্ডবগী মতুংদা "মসি লিল নত্তে থৌরীনি" হায়না খণ্ডবগুম্না অহানবদা আত্মাবু কর্ত্তা ভোক্তানি হায়না খণ্ডলগা মতুংদা "আত্মা কর্ত্তা ভোক্তা নত্তে" হায়না মী কনা অমত্তনা খণ্ডনদে, আত্মা কর্ত্তা ভোক্তা নত্রবদি নোংমদি শোয়দনা অসুম্না খণ্ডবা চুম্মি। মতৌ

অস্নুন্না ব্যবহারদা মী কনা অমতনা মশাবু কর্ত্তা, ভোক্তা নত্তে হায়না ককথত্তবা মরমদগী থাঙ্গৈশেংনা আত্মা কর্ত্তা অমস্নুং ভোক্তানি। বেদনচিংবা শাস্ত্রদস্নু হায়রি—“স্বর্গ কামো যজেত” স্বর্গ ফংনিংবা মী—যজ্ঞ তৌ; “ধনংদদ্যাৎ” পুণ্য পাম্বা মীনা দান তৌ। মসিদা যজ্ঞগী কর্ত্তা ওইবা মী অদু স্বর্গগী ভোক্তানি, অদুগা দান তৌবা মী অদু পুণ্যবাণ্নি হায়না খঙই। মসিদা নত্তনা উপনিষৎস্নু—“এষ হি দ্রষ্টা শ্রোতা মন্তা বোদ্ধা কর্ত্তা বিজ্ঞানাত্মা পুরুষঃ” ( প্রশ্নঃ উঃ ৫। ৯ ) “বিজ্ঞানাত্মা জীব ( পুরুষ) অসি য়েংই, তায়, থল্লি, খঙডি অমস্নুং তৌই” হায়না আত্মাবু কর্ত্তা, ভোক্তানি হায়বসি তাকই। ফীবম অসিদা আত্মা কর্ত্তা, ভোক্তা নত্তে হায়বসি করম্না লৌবা য়াগনি? বেদান্তদর্শনদস্নু “কর্ত্তা শাস্ত্রর্থবত্বাৎ” ( অঃ ২। ৩। ৩৩ ) “জীবাত্মা কর্ত্তানি, মরমদি মাবু কর্ত্তানি হায়না য়াববতদা” “যজেৎ” “দদ্যাত”নচিংবা শাস্ত্র সার্থক ওইবা ঙমগনি হায়রি।

চুম্মি, “আত্মা কর্ত্তা, ভোক্তা নত্তে” হায়বসি তাবনক্তদা মীনা নোক্কনি অমস্নুং অহায়বা মীবু অঙাওবগুম খনগনি। ব্যবহারগী মতুংইন্না য়েংলবদি আত্মা অসি কর্ত্তা, ভোক্তা ওইনা উই। অদুবু অহানবদা তাকখ্রিবা আত্মাগী মশক অদু কদৌঙৈদস্নু কর্ত্তা, ভোক্তা ওইবা য়াদে; মদুদি অশেংবা ব্রহ্মস্বরুপনি; ব্রহ্ম কদৌঙৈদস্নু কর্ত্তা, ভোক্তা ওইদে। অদুগা অন্তঃকরণদা তারিবা চেতন আভাস ওইবা জীবাত্মাবুস্নু বিচার তৌদুনা য়েংলবদি কর্ত্তানি, ভোক্তানি হায়বা য়াদে। মরমদি মানা কর্ত্তা ভোক্তা ওইবদু স্বাভাবিক

( Natural ) নত্তে, উপাধিনা মরম ওইদুনা মশাবু কর্ত্তা, ভোক্তানি হায়না ভ্রম-তৌননা খঙবদনি। স্বাভাবিক ওইনা জীবাত্মা কর্ত্তা ভোক্তা ওইরবদি মঙোন্দা শোয়দনা কর্ত্তৃত্ব ভোক্তৃত্ব ওইবা ধর্ম্ম অনিসি মতম পুম্নমক্ত লৈগনি; ধর্ম্ম অনিসি থাদোক্তুনা মহাক মিংকুপ অমতং ফাওবা লৈবা ঙম্মোই। করিগুম্বা পোং অমা ধর্ম্ম অদুবু থাদোক্তুনা মিংকুপ অমতং ফাওবা লৈবা ঙমদ্রবদি ধর্ম্ম অদু পোং অদুগী স্বাভাবিক ধর্ম্ম কৌই। মনুষ্য ( মীওইবা )দা মনুষ্যত্ব ( Manhood ) ধর্ম্ম লৈ; মনুষ্যত্ব ধর্ম্মবু থাদোক্তুনা মনুষ্য মিংকুপ অমতং ফাওবসু লৈবা ঙমদে: মরম অসিনা মনুষ্যত্ব মনুষ্যগী স্বভাবিক ধর্ম্মনি। মৈগা থেংনবদগী অশাবা ঈশিংদা উষ্ণত্ব (Hotness) ধর্ম্ম উই, মীনসু ঈশিং শাই কায়নৈ। অদুবু ঈংলবা মতমদা ঈশিংদা উষ্ণত্ব লৈতে, অদুগা উষ্ণত্ব লৈত্রবসু ঈশিংদি লৈ। মরম অসিনা উষ্ণত্ব ঈশিংগী স্বাভাবিক ধর্ম্ম নত্তে: মৈগা লোয়নননা তিন্নবদগী মৈ ওইবা উপাধিদগী, মতম অদুদা ঈশিংদা উষ্ণত্ব উবনি। উষ্ণত্বদি মৈগী স্বভাবিক ধর্ম্মনি। মরমদি উষ্ণত্ব য়াওদনা মৈনা মিংকুপ অমতা লৈবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না জীবাত্মাসু অন্তঃকরণগা লোয়নননা অমতা ওইনা তিন্নবগুম তৌবদগী উপাধি ওইবা অন্তঃকরণদগী আত্মাদা কর্ত্তৃত্ব অমসুং ভোক্তৃত্ব ধর্ম্মসি উই। অনি অসিদি অন্তঃকরণগী ধর্ম্মনি। মরমদি অব্বা-নুংঙাইবগী মরম ( কারণ ) ওইবা পাপ পূণ্যগী সংস্কার অন্তঃকরণদা লৈ, আত্মাদা লৈতে। অদুবু ব্যবহারগী মতমদা অন্তঃকরণ উপাধি লেঙদনা লৈবা মরমদগী মদুগা অমত্তা ওইবগুম

তৌরিবা জীবাত্মানা মশাবু কর্ত্তানি ভোক্তানি খঙবনি। অদুগা অন্তঃকরণ লৈত্রবদি মশাবু কর্ত্তা ভোক্তানি খঙদে। আত্মাগী কর্তৃত্ব ভোক্তৃত্ব স্বভাবিক ওইরবদি অন্তঃকরণ লৈতবা মতমদসু মশাবু কর্ত্তানি, ভোক্তানি হায়না খঙদুনা লৈগদবনি। সুষুপ্তিগী অবস্থাদা (তুমখূন হুন্না তুম্বা) আত্মা মশাবু কার্ত্তানি, ভোক্তানি খঙদে; অদুগা মতম অদুদা আত্মা লৈতে হায়বসিসু য়াদে। মতম অদুদা হকচাংদা আত্মা লৈত্রবদি নুংশাস্বর হোল্লোই, শিদুনা লৈবগী ফিবম ওইগনি। তুমখূন হুন্না তুম্বা মতমদা অন্তঃকরণ লৈতে, মহাক নতম অদুদা মাগী কারণ অবিদ্যা (মায়া) দা তিন্দুনা লৈ হায়বসি মথক্কা হায়রে। মরম অসিনা আত্মাবু কর্ত্তা, ভোক্তানি হায়না খঙবসি ভ্রমনি (ওন্ন-তৈননা খঙবনি)।

মসিদা নওনা ব্যবহার তৌবা মতমদা আত্মাবু কর্ত্তানি, ভোক্তানি খঙবসি করিগুম্বা মতমদসু অবাধিত (ককথত্তবা) মরমদগী আত্মা থাঙ্গশেংনমক কর্ত্তানি ভোক্তানি হায়বসিসু চুমদে। মরমদি ব্যবহার তৌবদা ককথৎত্রবদি থাঙ্গশেংবা ওই হায়বা নিয়ম লৈতে। মরমদি ঐখোয়না ব্যবহার তৌবা মতমদা অ-ই-উ, ক-খ-গ নচিংবা ময়েক শীজিন্নৈ। মখোয়সি খোঞ্জেল (শব্দ) ওইবা মরমদগী মখোয়গী মওং অমতা লৈতে, নিরাকারনি, হায়বদি অ-ই-উ-নচিংবা ময়েকশিংসি মওং লৈতবা খোঞ্জেন্নি। মওং লৈতবা ময়েকশিং অসিবু শীজিন্নদুনা লৈবদা পেন্সদুনা মীওইবশিংনা ইদুনা অমসুং পাদুনা শীজিন্নগে হায়বগীদমক ময়েক-শিং অসিগী অ-ই-উ-নচিংবা মওংগী কল্পনা তৌই। ময়েকশিংগী

কল্পনা তৌরিবা মওংশিং অদু গুজরাতীদা মওঙ অমা ওই, পঞ্জাবীদা অতোপ্পা মওঙ অমা ওই, অংগ্রেজীদদি ময়েক অমমমগী মওং অনি অনি ওই। দেশ জাতিগী মতুং ইন্না ময়েক অমমমগী মওঙ লিশিং লিশিং ওই। কল্পনা তৌখ্রিবা ময়েকশিংগী মওংশিংদু ইবা পাবনচিংবদা শীঞ্জিন্নি, অদুবু ময়েকশিং অদুগী মওংশিং অদুবু কনা অমত্তনা ককথক্তে। ককথত্তবা মরমদগী ময়েক অমমমগী লিশিং লিশিং ওইবা মওংশিং অদু থাঙ্গৎশেংবনি হায়বা য়াদে। মরমদি খোঞ্জেল ওইবা ময়েক্কী মওং অনতা নৈতে : ইবা পাবন-চিংবা ব্যবহারদা শীঞ্জিন্নবগীদমক মখোয়গী মওঙগী কল্পনা তৌরিবনি। মতৌ অসুম্না করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তা লৈতবা আত্মাদা সংসারগী ব্যবহার চৎননবগীদমক কর্ত্তৃত্ব ভোক্তৃত্বনচিংবা ধর্ম্মশিংগী কল্পনা তৌবনি। বিচার তৌদুনা নীংথিনা য়েংলবদি আত্মাদা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তা লৈতে।

অদুগা খরা মম্বা মফমদা থোরৌ মকক অমবু লিলনি হায়না উবদগী কিদুনা অতোপ্পা লম্বী অমদা চৎপ্রবা মী অদুনা কদোংইবস্থ মদু থোরি মককনি লিল নত্তে হায়বা অসি অমুক হন্না খঙদে, মতম পুম্নমক্তা মদু লিলনি হায়না খঙদুনা লৈগনি। মতৌ অসুম্না মশামক্তা ককথত্তবা মরমদগী থোরৌ মকক অদু লিল ওইগ্রবরা? মরম অসিনা মশানা ককথত্রবদি অশেংবা মওংনি হায়বা অসি চুমদে।

মসিগুমদুনা "স্বর্গকামো যজেত" নচিংবা বেদগী ব্রাইহশিংবু সার্থক সিদ্ধ তৌননবগীদমক আত্মা কর্ত্তানি ভোক্তানি হায়বসি

চুমদে। মরমদি "স্বর্গ ফংনিংবনা যজ্ঞ তৌ হায়বতনি, আত্মা স্বভাবিক ওইনা কর্ত্তানি ভোক্তানি হায়বসিদি হায়দে। মরম অসিনা অজ্ঞানগী অবস্থাদা মশা মশাবু কর্ত্তানি ভোক্তানি হন্ডুনা লৈরিবা অজ্ঞানী ওইবা মীশিংবু "স্বর্গ ফংনিংলবদি যজ্ঞ তৌ" হায়না বেদনা হায়বনি। "কর্ত্তা বিজ্ঞানাত্মা পুরুষঃ" হায়বা প্রশ্নোপনিষৎকী রাইহ অসিস্তু অশেংবা, আত্মাবু কর্ত্তানি হায়দে "বুদ্ধিগী মশক ওইনা লৈরিবা পুরুষ কর্ত্তানি" হায়বনি। বিজ্ঞানগী অর্থ বুদ্ধিনি। মরম অসিনা বুদ্ধি (অন্তঃকরণ) গা লোয়ননা তিন্নডুনা লৈরিবা চেতন আভাস ওইবা পুরুষ (হকচাংদা লৈবা জীব) কর্ত্তানি, অশেংবা আত্মা নত্রগা স্তুপ্পা চেতন আভাস কর্ত্তা নত্তে। অশেংবা আত্মা নত্রগা চেতন আভাস মাত্রবু কর্ত্তা সিদ্ধ তৌনবগী শ্রুতিসিদা লাকইবা—"বিজ্ঞানাত্মা" রাইহ অসিগী অর্থ "জ্ঞান (চেতন) গী মশক ওইবা পুরুষ কর্ত্তানি" হায়না তৌরবদি "অশরীরং শরীরেষু (কঠঃ উঃ ১। ২। ২৭)" হকচাংশিংদা লৈরবস্তু আত্মাগী হকচাং লৈতে হায়বদি হকচাংগা তিন্নডুনা কর্ত্তাস্তু, ভোক্তাস্তু ওইদে। "অপ্রাণো হ্যমনাঃ শুভ্রঃ" (মুণ্ডঃ উঃ ২।১।২) "মিৎনচিংবা ইন্দ্রিয় লৈতবা, মন লৈতবা অশেংবা আত্মানি" হায়না তাক্লিবা শ্রুতিশিংদগী বিরোধ ওইগনি। মরম অসিনা উপাধিগা তিন্নবগুম তৌবদগী আত্মা অসি কর্ত্তানি হায়না উই। অশেংবা মশক্তা আত্মা কর্ত্তা নত্তে।

মতৌ অমুম্বা ভোক্তাগী মরমদস্তু শ্রুতিনা অমুম্বা হায়রি— "আত্মেন্দ্রিয়মনোযুক্তং ভোক্তেত্যা হুর্মণীষিণঃ" (কঠঃ উঃ ১।৩।৪)

ইন্দ্রিয় অমসুং মনগা লোয়ননা তিন্নবগা আত্মা-ভোক্তা ওই—( মতোমতা ভোক্তা ওইদে ) হায়বসি অখংবা মীশিংনা হায়। "মরম অসিনা অশেংবা আত্মাবু নত্রগা চেতন আভাস মাত্রবু ভোক্তা ওইনা খংবা অসি ভ্রমনি ( ভ্রম-চৈতন্যনা খংবনি। শ্রুতিস্তু ভ্রম-চৈতন্যনা খংবা অজ্ঞানগী অবস্থা অসিদু লৌদুনা অসুম্না হায়রি—"যত্র হি দ্বৈতমিব ভবতি তদিতর ইতরং পশ্যতি" ( বৃহঃ উঃ ২।৪।১৪ ) "অজ্ঞানগী অবস্থাদা অনিশুবা পোৎ লৈবগুম তৌই, মরম অসিনা অমনা অমবু য়েংই।" শ্রুতি অসিনা "দ্বৈতমিব" (অনিশুবা পোৎ লৈবগুম) হায়বা অসিদগী এখোয়না খংবা ঙম্মি, মদুদি—অশেংবদদি আত্মা নত্তনা অতোপ্পা পোৎ অমত্তা লৈতে, অদুবু অন্নগী মশক খংদদুনা অজ্ঞানী ওইনা লৈবা মতমদা মীনা মশাদগী অতোপ্পা অনিশুবা পোৎ ( জগৎ ) উই। মরম অসিদগী অজ্ঞানী মশাবু কর্তানি ভোক্তানি খংই। অজ্ঞানগী অবস্থা অসিবু লৌদুনা অতোপ্পা শ্রুতি অমনস্তু হায়রি—"**ধ্যায়তীব লেলায়তীব**" ( বৃহঃ উঃ ৪। ৩। ৭ ) "আত্মা অসি ধ্যান তৌবগুম অমসুং চৎপগুম তৌই।" অদুগা অনিশুবা পোৎ লৈতবা জ্ঞানগী অবস্থাবু লৌদুনা শ্রুতিনা অমুক হন্না হায়রি "**যত্রত্বস্য সর্ব্বমাত্মৈবাভূত্তৎ কেন কং পশ্যেৎ**" ( বৃহঃ উঃ ২।৪।১৪ ) "জ্ঞানগী অবস্থাদা জ্ঞানী ওইবা মী অদুগীদি লেংলি পাল্লিবা সংসার পূম্নমক অসি আত্মাস্বরূপ ওই, ( করম তৌনা আত্মাস্বরূপ ওই হায়বা অসি তুংদা বিচার তৌগনি )।" মরম অসিনা মতম অদুদা করানা করাবু য়েংগনি— হায়বদি জ্ঞানীদা কর্তৃত্ব ভোক্তৃত্ব-নচিংবা সংসারগী ধর্ম্ম অমত্তা লৈতে।

মরম অসিনা সাধারণ ওইবা মীশিংনা আত্মাবু কর্ত্তা ভোক্তা ওইনা খঙনরবস্থ জ্ঞানগী লম্বীদা চত্তুনা মশামকপু ( আত্মাবু ) খঙনীংবা মীশিংনা ব্যবহারগী থবক পূম্নমক তৌদুনা লৈরবস্থ অদুগা ব্যবহারদা মশাবু কর্ত্তানি ভোক্তানি হায়না খঙলবস্থ ঐগী থাঙ্গৈশেংবা ইশক্তদি কর্ত্তাস্থ নত্তে ভোক্তাস্থ নত্তে হায়বা অসি নীংথিনা লেপ্লবা হোৎনগদবনি। শ্রীভগবান কৃষ্ণনস্থ অস্তুম্না হায়রি—

**প্রকৃতৈব চ কর্ম্মাণি ক্রিয়মাণানি সর্ব্বশঃ।**
**যঃ পশ্যতি তথাত্মানমকর্ত্তারংস পশ্যতি ॥**

( গীতা ১৩। ২৯ )

"হকচাং, মন-ইন্দ্রিয়নচিংবগী মশক লৌদুনা লৈবা প্রকৃতি (ঈশ্বরগী মায়া) না থবক পূম্নমক তৌই হায়না খঙবা অদুগা আত্মাবু অকর্ত্তানি খঙবা মহাক অদু অশেংবা খঙবা মীনি।"

**প্রকৃতেঃ ক্রিয়মাণানি গুণৈঃ কর্ম্মাণি সর্ব্বশঃ।**
**অহংকারবিমূঢ়াত্মা কর্ত্তাহমিতি মন্যতে ॥**

( গীতা ৩। ২৭ )

"প্রকৃতি ( মায়া ) গী পরিণাম হকচাংনচিংবনা থবক পূম্নমক তৌরিবনি। অদুবু অহংকারনা শুঙ্কত্তুনা লৈরিবা অজ্ঞানীশিংনা মশাবু ( আত্মাবু ) কর্ত্তানি হায়না নৌংই॥"

---

# আত্মা হকচাংগা শম্বন্দে।

হকচাং অসি স্থূল শরীর, সূক্ষ্ম শরীর অমসুং কারণ শরীর হায়না অহুম থোক্না খায়রি। মতুগী মনুংদা শব্দ, তেং, তোংশা, শিংলোনচিংববু উনশানা য়েংশিন্দুনা লৈবা খোঙ-খুংনচিংবা কায়াংশিংগী মপৈবু স্থূল শরীর (অপোবা হকচাং) কৌই। মতুগা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা (মীৎ, নাকোং, লৈয়েং, নাতোন অমসুং উনশা। মঙা অসিদা লৈবা, য়েংনবা, তানবা, মহাও খঙনবা, মনম নম্নবা অমসুং শোকপা - হায়বদি অকন-অথোৎ খঙনবগী শক্তি), কর্মইন্দ্রিয় মঙা (খুৎ-থবক তৌনবা, খোঙ-চৎনবা, চীন-ঙাঙনবা, জননেন্দ্রিয়-মুঙাইননবা অমসুং গুদা-অমাংথোং মল-অমাংবা থাদোক্নবা শক্তি মঙা), পঞ্চ প্রাণ-থরায় মঙা (প্রাণ, অপান, ব্যান, উদান অমসুং সমান), মন অমসুং বুদ্ধি তরাহুরেং অসি পূনশিন্নগা সূক্ষ্ম শরীর (অকুপ্পা হকচাং) কৌই। অতুগা থরায় পানবশিংনা অনাদিকাল (অহৌবা লৈতবা মতম) দগী মপোক নপোক খুদিংদা তৌখিবা অমসুং তৌজিক ফাওবা মতুগী মহৈ ফংদ্রিবা পাপ পূণ্য পুন্নমক্কী সংস্কারশিংবু মশাদা খোমজিন্দুনা থম্বা অবিদ্যা হায়বদি অজ্ঞানবু কারণ শরীর (মরু ওইবা হকচাং) কৌই। অজ্ঞান অসি সংসারগী মরুনি। মসিদনা জীববু পোকপা শিবা নাইবা সংসারগী চক্রদা কোয়হন্দুনা লৈহল্লি। অজ্ঞান লৈনা লৈনা সংসারদগী লান্থোকপা অসি ওইথোক্কবনি। মরম অসিনা অজ্ঞানবু কারণ শরীর (মরু ওইবা হকচাং) কৌই।

হকচাং অহুম অসিগী মনুংদসু স্থূল শরীর ( অপোবা হকচাং ) অসি জাগ্রৎ অবস্থাদা ( তূমদনা লৈবা মতম ) থবক ইংখাং তৌদুনা লৈ অদুগা অতোপ্পা হকচাং ( শরীর ) অনীদি মসিগী থবক্ত মতেং পাংই। জাগ্রৎ অবস্থাদগী স্বপ্নগী অবস্থা ( মঙ মঙবা মতম ) লাক্রবদা স্থূল শরীর থবক তৌদে, মহাক তুমিন্না লেপ্পদনা তাদুনা লৈ, মহাক লৈ হায়বসিসু শঙদে। স্বপ্নাবস্থাদা সূক্ষ্ম শরীর অসি থবক তৌই, অদুগা কারণ শরীরনা মাগী মতেং পাংই। স্বপ্ন অবস্থাদগী সুষুপ্তিগী অবস্থা (তুমখুন তুম্বা মতম ) লাক্রবদা সূক্ষ্ম শরীর অসিসু লৈতে। মতু মখাগী কারণ (মরু) ওইবা অজ্ঞানদা তিন্দুনা মতম অদুদা লৈ : অদুগা প্রাণ লৈহৌই, নুংশাস্বর চোন্দুনা লৈ। মতম অদুদা প্রাণ, স্থূল শরীর অসিবু ঙাক্লুনা লৈ। সুষুপ্তিগী অবস্থা অসিদা কারণ শরীর ( অজ্ঞান মাত্র ) আত্মাগী উপাধি ওইদুনা লৈ।

হায়রিবা হকচাং অহুম অসিগা লোয়ননা করিগুম্বা মওমদসু আত্মাগা শম্নদে। অদুবু মী পুম্নমক্না আত্মা, হকচাং অহুম অসিগা লোয়ননা শমনৈ হায়না খঙই। খঙহৌবা অদুদি অশেংবা, নত্তে, ভ্রমনি ( ওন্ন-তৈননা খঙবনি )। রাখল লৈতবা মরমদগী মীনা জাগ্রৎ ( হৌগত্না লৈবা ) অবস্থাগী মতমদা স্থূল শরীরবু আত্মানি হায়না নীংই। মদুদগী মখোয়না হকচাং মুরবদি "ঐ মুই" ঙৌরগনা "ঐ ঙৌই" হকচাং চৎলবদি "ঐ চৎলি", হকচাং নারবদি "ঐ নাই" অসিনচিংবা নীংদুনা অমসুং উদুনা হকচাংগী ধর্ম্ম পুম্নমকপু আত্মাগী ধর্ম্ম ওইনা খঙই। খঙহৌবা অদু

অরানবনি হায়বা অসি মখোয়না করিগুম্বা মতমদস্থ খন্দে। মসিগী মরমদা স্থূল শরীর ( অপৌবা হকচাং ) অসিদা অন্তঃকরণ শীনবা থুংনা লৈ। শীনবা থুংনা লৈরিবা অন্তঃকরণ অসিদা তশেংবা আত্মা ওইবা ব্রহ্মচেতনগী আভাস তাই। তারিবা চেতন আভাস অসি মীনা খঙনরিবা ব্যবহারিক জীবনি হায়বসি মধক্তা হায়রক্রে। হায়রিবা চেতন আভাস অসিস্থ উপাধি অন্তঃকরণগী মতুং ইন্না হকচাং অসিদা শীনবা থুংনা লৈ। মরম অসিনা হকচাংগী ধর্ম্ম পুম্নমক লৌহুনা মঙোন্দা হাপচিল্লগা মহাক চৎনব্রিবা ব্যবহার পুম্নমক তৌই। মসিদগী মীনা জীব অমম্তং হকচাংদা মরী লৈনৈ, জীব অসি হকচাংগা শৈম্ন হায়না নীংই। অসিগুম্বা মরী লৈনবগী জ্ঞান অসি য়াম্না কনবা মরমদগী মীনা "ঐহাক অশেংবা মশক মওঙদা হকচাংগা লোয়ননা মরী লৈনবরা নত্রগা লৈনদবরা"? হায়বা অসি বৈদোইঙদস্থ হন্দে। বিবেকী ওইত্রুনা মানা করিগুম্বা মতমদা মসিগী মরমদা নীংথিনা খল্লবদি— আত্মা অসি মতম পুম্নমক্তা হকচাংগা শম্নদে হায়বা অসি নীংথিনা খঙবা ঙমগনি।

আত্মা অসি করিগুম্বা থবক অমগী কর্ত্তা নত্রে, থবক্কী মহৈ চাবা ভোক্তাস্থ নত্রে হায়বসি অহানবদা বিচার তৌড়ুনা নীংথিনা খঙক্রে। মরম অসিনা কর্ত্তাস্থ ভোক্তাস্থ নত্রবা আত্মা অসি করম তৌনা হকচাংগা মরী লৈনদুনা অর-দুংডাই ফংগনি? মহাক্তি স্বভাবিক ( হৌনশা ) ওইনা নিগু র্ণ ( গুণ অমত্তা লৈত-বনি। মরম অসিনা মঙোন্দা অমুবা অঙৌবা মচু করম্না লাকনি।

মহাক হৌনশা ওইনা নিষ্ক্রিয়নি (নেঙবা চৎপনচিংবা ক্রিয়া অমত্তা লৈতবনি); মরম অসিনা মহাক্না কদায়দগী চৎপনচিংবা ক্রিয়া লাক্লৌরিবনো? চক্ষু মফম অমমগী অতোপ্পা মফম অমদা থম্বদা মাতুগী মফুংদা লৈব, আকাশ, অহাঙব, শরুক) অদুস্তু মতুগা লোয়ননা চৎপগুম তৌই; অওইবমক্তি আকাশ মফম পুম্নমক্তা শীনবা তুংনা লৈবা নিষ্ক্রিয় ওইবা পোং ওইবদগী মফম অমদগী মফম অমদা চৎতে। চক্ষু ওইবা উপাধিনা চৎপদগী মাস্তু চৎপগুম তৌই। মতৌ অমম্না হকচাং ওইবা উপাধিনা চৎপদগী জীবাত্মাস্তু চৎপগুম উই, অওইবমক্তি মহাক চৎতে। মসি পূম্নমক অসি নীংথিনা বিচার তৌরবদি আত্মা খজিক্কুং ফাওবা হকচাংগা লোয়ননা শন্নদে হায়বা অসি তশেংনা খঙগনি। মরম অসিনা আত্মাম্না নরম ওইদুনা হকচাং ওইবা উপাধিগী ধর্ম্ম পূম্নমকস্তু আত্মাদা লৈবগুম তৌবদনি।

মসিদা নত্তনা হৌনশা ওইনা অচেতন ওইবা হকচাং অসিস্তু অজ্ঞানবগী মশক ওইবা চেতন আত্মাগী মঙালদগী ঙান্দুনা মশাবু চেতন্নি হায়না লেপ্পুনা থবক পূম্নমক তৌই। হকচাং অসিনা আত্মাগী মঙাল লৈত্রবদি মহাক করিস্তু তৌবা ঙমদে। মরম অসিনা চেতন আত্মা জাগ্রৎ অবস্থাদা স্থূল শরীর অসিবু ঙাল-হন্দুনা লৈরবস্তু হকচাংদগী তোপ্পা লৈ। মসিবু দৃষ্টান্ত অমনা নীংথিনা খঙসি—চফূনচিংবা পোৎশিং অসি নুমিৎকী মঙালনা ঙাল্লি, মতোমতা ঙান্দুনা লৈবা ঙমদে। মরম অসিনা চফূনচিংবসি প্রকাশ্যনি (ঙালহনগদবা পোৎনি), অদুগা নুমিৎকী মঙাল

প্রকাশকনি ( ভাগংল্লিবা পোংনি )। মসিদা প্রকাশ্য চফুনচিংবা অমসুং প্রকাশক সুমিংকী মণ্ডল অনিসি তমনুনি হায়বা য়াগদরা? প্রকাশ্য চফুনচিংবগী মওং মখোয়নচিংবা ধর্ম্ম পুম্নমক প্রকাশক সুমিংকী মণ্ডালদসু লৈ হায়বা য়াগদরা? মসিগী পাউখুমদা য়াদে হায়না পোয়দনা খুম্বা ভাই। মরম অসিনা মণ্ডাল অদু চফুনচিংবদু ভাগ্লোক্নুনা থমলবসু ইতোপ তোপ্পা লৈ। মতৌ অদুগুম্না হকচাং অসি প্রকাশানি, অদুগা চেতন আত্মা প্রকাশক্নি। চেতন আত্মানা হকচাংগী ভাগলহল্লবসু মতুদগী তোপ্পদি লৈ। ব্রহ্মসূত্রকার বেদব্যাসনসু অসুম্না হায়রি -

"প্রকাশাদিবন্নৈবং পরঃ" ( ব্রঃসূঃ ২। ৩। ৪৬ )

এবং — অন্তঃকরণদা চেতন আভাস ওইনা লৈরিবা জীব অসুম্না মরম ওইদুনা অন্তঃকরণগা লোয়ননা অমত্তা ওইবগুম তৌবদগী মশাবু "ঐ" হায়না অভিমান তৌই, অদুগা অন্তঃ-করণগী অরা-নুংঙাইনচিংবা ধর্ম্ম পুম্নমকপুসু মশাগীনি হায়না খল্লবগুম তৌই: মতৌ অসুম্না — ন পরঃ = মণ্ডালগী মশক ওইবা অশেংবা চেতনাত্মা অরা নুংঙাইবগী অনুভবকর্ত্তা নত্তে, মহাক্তি অরা-নুংঙাইনচিংবা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী য়াম্না থাপ্পা লৈ। অদুগা অন্তঃকরণদা ভারিবা চেতন আভাস জীবস থাক্লেশেংবমক্তি হকচাংগা লেয়ননা করিমত্তা মরী থমদে। মসিদা ব্যাসদেবনা দৃষ্টান্ত অমুম্না পী — "প্রকাশাদিবৎ" = সুমিংকী মণ্ডল মফম পুম্নমক্তা লৈবা মরমদগী খুদোনবীনচিংবা পোংশিংগা লোয়ননা মরী লৈনবগুম উই। মতুদগী খুদোনবী অদু খোয়না লৈরবদি

মঙাল অদুস্ থোয়না উই, ত্তিংনা লৈরবদি ত্তিংনা উই। থাইগেংবমক্তি মঙালদা অথোয়-অত্তিংনচিংবা ধর্ম অমতা লৈতে। মসিগী মতৌগুম্না জীবাত্মাস্ হকচাংগা লোয়নন। মরী লৈনবগুম্ তৌদুনা লৈ, মদুদগী জীবাত্মাদা হকচাংগী ধর্ম পুম্নমক উই। থাইগমক শেংনা থায়রবদি জীবাত্মাদা ধর্মশিং অদু লৈতে। শ্রুতিনস্ অসুম্না তাকলি—

"অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষঃ" (বৃহঃ উঃ ৪।৩।১৬)

"জীবাত্মা অসঙ্গনি" হায়বদি হকচাংনচিংবগা শম্নদে। গীতাদস্ ভগবান্না অর্জুনবু অসুম্না তাকলি—

"শরীরস্থোঽপি কৌন্তেয় ন করোতি ন লিপ্যতে॥"

(১৩।৩১)

"জীবাত্মা হকচাংদা লৈরবস্ মহাক করি অমতা তৌদে, অদুগা হকচাংনচিংবগা শম্নদে।"

মসিগী মতুংদা জাগ্রৎ অবস্থাদগী স্বপ্নগী অবস্থা লাকলব। মতমদা জীব অসি সুপ্ত। অন্তঃকরণগা লোয়নন্না শম্নদুনা লৈবগুম্ তৌই; মতম অসিদা জীব অসি মমাঙদৈদা উখিবা, তাখিবা অমসুং খঙখিবা পোৎশিংগী অন্তঃকরণদা লৈখৌবা সংস্কারশিং অদুনা মরম ওইদুনা অন্তঃকরণনা কল্পনা তৌদুনা উৎলিবা পোৎশিং অদুবু য়েংনা-খোংলগা অরা-মুংঙাই ফংবগুম্নস্ উই। অওইবমক্তি মতম অদুদস্ জীবাত্মাসি স্বপ্নগী পোৎশিং অদুগী সাক্ষী ওইদুনা, অমসুং প্রকাশক ওইদুনা লৈবা মরমদগী মাগা লোয়নন্না করিগুম্বা পোৎ অমতা শম্নদে। আত্মাসি মতম পুম্নমক্তা স্বয়ং প্রকাশমান্

( মতোমতা ঙাক্তোক্নুনা লৈবা ) ওইদুনা লৈরবস্তু স্বপ্নাবস্থাতদা মশাক প্রকাশমান্নি হায়বা অসি নীংথিনা খংবা ঙম্মি ; মরমদি জাগ্রৎ অবস্থাদদি নুমিৎনচিংবা অতোপ্পা অজ্ঞানবা পোৎস্তু লৈ, অদুগা স্বপ্নাবস্থাদদি অদুগা নত্তনা অতোপ্পা অজ্ঞানবা পোৎ অমত্তা লৈতে। অতোপ্পা পোৎ পূম্নমকপুস্ত ঙালহল্লগা মশামকপুস্ত অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা ঙান্দুনা লৈবা পোৎপু স্বপ্রকাশ নত্রগা স্বয়ংপ্রকাশমান্ হায়না কৌই। অদুগা নত্তবা নুমিৎনচিংবা অজ্ঞানবা পোৎশিং অসিদি অতোপ্পবু ঙালহল্লবস্তু মশামকপুদি ঙাক্তোকত্নুনা থম্বা ঙমদে। মখোয় অসি মশা মশাবু ঙালহনবা ঙম্বা অতোপ্পা মঙাল লৈরবতদা ঙানজবা ঙম্মী। মরমদি মখোয় অচেতন ( unconscious ) ওইবা অজ্ঞানবা পোৎনি। অচেতন ওইবা পোৎ মতোমতা ঙাক্তোকপা ঙমদে। মখোয়বু খংবা ঙম্বা পোৎনা মখোয়বু ঙালহল্লি। পোৎ অদুদি চেতন ( জ্ঞানরূপ ) আত্মানি। জ্ঞান্না ঙালহল্লবতদা জড় ওইবা পোৎ ব্যবহারদা লাকপা ঙম্মি, অদুগা মীনা মখোয়বু শিজিন্নবস্তু ঙম্মি। বিচার তৌদুনা নীংথিনা য়েংলবদি জড় ওইবা মৈনচিংবা অজ্ঞানবা পোৎশিং অসি অতোপ্পা পোৎপুস্ত ঙাক্তোকপা ঙমদে, মখোয়দি পোৎ অদুবু ঙাক্তোকপদা নিমিত্ত মাত্রনি। মখোয়না মরম ওইদুনা চেতন ( জ্ঞান ) মাত্র অতোপ্পা পোৎপু ঙাক্তোকলি, চেতন লৈত্রবদি মখোয়না ঙাক্তোক্নুনা থমলিবা পোৎ অদু করিমত্তা কান্নবা লৈতে। মরম অসিনা স্বপ্না চেতন আত্মা পোৎ পূম্নমক্কী প্রকাশকনি। শ্রুতিনস্তু অসুম্না হায়রি—

"তমেব ভান্তম্ অনুভাতি সর্ব্বম্" (কঠ ২। ২। ১৬)

"প্রকাশমান্ ওইদুনা লৈরিবা চেতন আত্মা লৈরবতদা অতোপ্পা পোৎ পুম্নমক ঙাল্লি।" অদুগা চেতন আত্মাবু ঙাম্নবা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে। মহাক মশামক জ্ঞানস্বরূপ ওইবা মরমদগী মাবু ঙাম্নবা অতোপ্পা জ্ঞান চঙদে। ব্যবহারদা অচেতন ওইবা থাওমৈ অমা অতোপ্পা থাওমৈ অমদগী ঙান্দে; মরম অসিনা জ্ঞানস্বরূপ ওইবা আত্মা অতোপ্পা জ্ঞান অমদগী ঙান্দে, মশামক ঙান্দুনা লৈ হায়বসিদা করিস্ত চিংনফম লৈতে। অতোপ্পা পোৎশিংবুস্ু ঙালহল্লগা মশামকস্ু ঙান্দুনা লৈবা অসি স্বপ্নাবস্থাদা তশেংনা উবা মরমদগী শ্রুতিনা অস্মুম্না হায়রি—

"অত্রায়ং পুরুষঃ স্বয়ংজ্যোতিঃ" (বৃহঃ উঃ ৪। ৩। ১৪)

"স্বপ্ন অবস্থাদা আত্মা অসি স্বয়ং জ্যোতিনি হায়বদি মঙগী পোৎ পূম্নমকপুস্ু ঙালহল্লগা মশামকস্ু ঙান্দুনা লৈ।"

প্রকাশক=প্রকাশ্যদগী মতম পূম্নমক্তা তোঙাম্না লৈ। মসিগী খুদমদি—প্রকাশক—থাংমৈগী মঙাল প্রকাশ্য—চফূন-চিংবদগী তোঙাম্না লৈ; মতৌ অদুগুম্না মঙদা উরিবা পোৎ পূম্নমক অমস্ুং মদুদগী ওইবা অরা-মুংঙাইনচিংবা পুম্নমক্তা প্রকাশক আত্মাস্ু মখোয়শিংদগী তোঙাম্না লৈ। অদুগা প্রকাশ্য ওইবা পোৎ মশাগী অস্তিত্ব প্রকাশক লৈত্রবদি সিদ্ধ তৌবা ঙমদে। আত্মাদি স্বয়ং প্রকাশমান্ ওইবা মরমদগী মাগী অস্তিত্ব সিদ্ধ তৌনবা অতোপ্পা প্রমাণ ঙাইদে। মরম অসিদগী কনা অমত্তনা

"ঐ লৈতে" হায়বসি কায়দে, নত্রগা "ঐ লৈবরা, লৈতবরা" হায়নস্তু চিংনদে।

আত্মজ্যোতি অসি ভৌতিকস্তু ( পৃথিবীনচিংবা পঞ্চভূততগী ওইরকপা ) নত্তে, ভৌতিক ওইরবদি মিৎনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয়না মসিবু মৈনচিংবগী মতৌগুম্না শোয়দনা খঙবা উমগদবনি, অদুবু মসি ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় নত্তে। মসি হকচাংগী ধর্ম্মস্তু নত্তে, মরমদি শিরবা মতমদা হকচাং কায়দনা লৈরবস্তু মদুনা (অশিবা হকচাংদুনা) করিস্তু য়েংবা, খঙবা অমস্তং তৌবা উমদে। মরম অসিনা আত্মতত্ব অসি হকচাংদগী অতোপ্পা অমনি। মতৌ অসুম্না স্বপ্নাবস্থাদা আত্মজ্যোতি সূক্ষ্ম শরীরগা লোয়নানা শম্নবগুম্না উরবস্তু তশেংবদি শমনদে। মসিবু শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—

স যৎ তত্র কিঞ্চিৎ পশ্যত্যনন্বা,—

গতস্তেন ভবত্যসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষঃ" (বৃহঃ উঃ ৪।৩।১৬)

"আত্মানা স্বপ্নগী অবস্থাদা, য়েংলি-খোৎলিবা করিগুম্বা পোৎ অমতস্তু মাগা লোয়ননা শম্নদে, মরম অসিনা আত্মা অসি অসঙ্গনি।"

সুষুপ্তিগী অবস্থাদস্তু আত্মা অসি কারণ শরীর অজ্ঞানগা লোয়ননা শম্নদে। অনাদিকালদগী হৌদুনা মপোক মপোক থুদিংমক্তা তৌখিবা অমস্তং হৌজিক ফাওবা মহৈ ফংদ্রিবা অফকত্তা থবক পূন্নমক্তা য়াম্না কুপ্পা সংস্কারশিংবু মশাদা থমদুনা লৈবা অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) কারণ শরীরনি হায়বা অসি মথক্তা হায়ব্রে। অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) অসি মায়াগী শরুক অমনি, মরম

অসিনা মশক মতৌদা মায়াদগী খেন্নবা লৈতে। থরাইপানং-শিংগী পোকপা-শিবা নাইবা, সংসারগী মরু ওইবা মরমদগী অজ্ঞানবু কারণ শরীর হায়রিবনি। জাগ্রৎ অমসুং স্বপ্নগী অবস্থাদা স্থুল শরীর অমসুং সূক্ষ্মশরীর উপাধি ওইনা লৈরম্বদগী জীব অসি অপোবা ভোগ (ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙম্বা রূপ রসনচিংবা) অদুগা অকুপ্পা ভোগ (ইন্দ্রিয়শিংনা লৌদবা স্বপ্নগী রূপ রসন-চিংবা) গী অনুভব তৌবদগী অরা-মুঙাই ফংবগুম তৌদুনা লৈবদুদা চোকথবগুম তৌদুনা পোংথানবগীদমক মশাগী মওংদা লৈ। জীবগী মশাগী মওংদা লৈবা ফীবম অসিবু সুষুপ্তিগী অবস্থা (তুমথুন হুম্না তুম্বা) কৌই। মতম অসিদা জীবগী কারণ শরীর মাত্র উপাধি ওইদুনা লৈ, সূক্ষ্মশরীর লৈতে। অজ্ঞানগী মশক ওইবা কারণ শরীর অসি ঈশ্বরগী উপাধি মায়াদগী খেন্নবা লৈতবা মরম্না জীবসু মতম অদুদা ঈশ্বরগী স্বরূপ ওইনা লৈ। মতৌ অসুম্না ঈশ্বরগী স্বরূপ অদু জীবগীসু স্বরূপ ওইবা মরমদগী সুষুপ্তিগী অবস্থাদা জীব মশাগী মওংদা লৈ। শ্রুতিনসু মসিগ তাকলি—

"সতা সোম্য তদা শম্পন্নো ভবতি, স্বম্পীতো ভবতি"

(ছাঃ উঃ ৬।৮।১)

"মতম অদুদা (সুষুপ্তিগী অবস্থাদা) জীব সৎ পরমাত্মাদা তিন্দুনা লৈ, মহাক মশাগী মওংদা লৈ। "মোক্ষগী অবস্থা অমসুং সুষুপ্তিগী অবস্থাদা খেন্নবদি মসিদনি—মোক্ষগী অবস্থাদা উপাধি ওইবা অবিদ্যা (অজ্ঞান) য়াওদনা শুদ্ধ পরব্রহ্মগী মওংদা জীব

লৈ, অদুগা সুষুপ্তিগী অবস্থাদদি অবিদ্যাগা লোয়ননা লৈবা মরমদগী মায়াবু উপাধি ওইনা লৌদুনা লৈরিবা ঈশ্বরগী মওং ওইনা লৈ। অবস্থা অসিদা জীব মশাগী মওংদা লৈবা মরমদগী মাগী মশক ওইবা নুঙাইবদু ফংজনা লৈ। মতম অদুদা মহাক খঙজিনবা ফাওবা অরাবা খঙদে। মতৌ অসুম্না কারণ শরীরদা অরাবা নচেং অমত্তা লৈতবা মরমদগী মসিবু (কারণ শরীরবু) তৈত্তিরীয় উপনিষৎতা আনন্দময় কোশ হায়না হায়। সুষুপ্তিগী অবস্থাদা জীব অসি মশাগী নুঙাইবা অদু খঙদ্রবদি "ঐ নুঙাইনা তুমলম্মি, করি অমত্তা খঙলমদে" হায়না তুম্বদগী হৌগৎলকপা মতমদা নীংশিংবা অদু ওইথোক্কবা ওইগনি। মরমদি অহানবদা খঙদনা তুংদা নীংশিংবা য়াদে। অদুগা "করি অমত্তা খঙলমদে" হায়না নীংশিংবা অসিদগী সুষুপ্তিগী মতমদা নানা মশাগী উপাধি ওইবা অজ্ঞানবুসু খঙলম্মি হায়বসি লেপ্পী; মরমদি খঙদবা অসি অজ্ঞানগী মশক্নি। মতম অদুদা (সুষুপ্তিগী অবস্থাদা) খঙইবা নুঙাইবা অমসুং অজ্ঞান অনি অসিগী মনুংদা নুঙাইবা অদুদি জীবগী মশক ওইবা মরম্না স্বয়ং প্রকাশমাননি অদুগা অজ্ঞানবুদি জীবনা প্রকাশিত তৌই। মরম অসিনা প্রকাশক-আত্মাদগী, প্রকাশ্য-অজ্ঞান অতোপ্পনি, মদুদগী আত্মা অসঙ্গ ওইনা লৈ।

স্থূল, সূক্ষ্ম অমসুং কারণ হকচাং অহুম অসিদগী আত্মা অসঙ্গ ওইদুনা শম্নদনা লৈ হায়বা অসি নীংথিনা খঙনবা হৌজিক ঐখোয়না দৃষ্টান্ত অমা লৌশি—মহাকসে মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈ। ব্যবহারিক জগত্তা আকাশ লৈতবা মফম অমত্তা

লৈতে। মরম অসিনা আকাশ সর্ব্বব্যাপকনি ( মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংবা লৈবনি ) হায়রৈ! ব্যাপক ওইবগী আকাশ নিষ্ক্রিয়নি ( ক্রিয়া লৈতবা পোৎনি ), অদুগা মহাপ্রলয় ফাওবা লেডদনা লৈবদগী নিত্যনি ( মাডবা লৈতবনি ) হায়নস্থ হায়রৈ। মতৌ অসিগুম্না নিত্য, ব্যাপক অমস্তুং নিষ্ক্রিয় আকাশ অসি চক্ ষুমনচিংবা উপাধিশিংগা লোয়নদুনা লৈবগুম তৌবদগী চক্ মনুংগী আকাশ, যুম মনুংগী আকাশ অসিনচিংবা হায়দুনা উপাধিগী পাক-চাউবা অদুগা মান্নবা আকাশকী পাক-চাউবা লৌরৈ। চক্ পোকপা মতমদা চক্গী আকাশ পোকলে, চক্ মাডবা মতমদা চক্গী আকাশ মাডলে হায়নস্থ হায়রৈ; চক্ চৎপা মতমদা চক্গী আকাশস্থ চৎলি হায়না খল্লৈ। অদুবু অশেংবা মওংদদি আকাশ চক্নচিংবগা লোয়ননা মরী লৈনবা তৌদনা নিত্য, সর্ব্বব্যাপক, নিষ্ক্রিয় অমস্তুং অসঙ্গ ওইদুনতা লৈ। অদুবু মীওইবনা ওন্ন-তৈননা খল্লদুনা ( ভ্রম তৌদুনা ) উপাধিগী ধর্ম্মশিংবু আকাশদা হাপচিল্লগা আকাশ অনিত্যনি, অপিকপা আকাশনি ( অপিকপা অহাওবা মফমনি ), আকাশ চৎলি অমস্তুং চক্নচিংবগা শৈম্নে হায়রৈ। ওন্ন-তৈননা খল্লদুনা হায়রিবা রাশিং অসি কদোমৈদস্থ অশেংবা রা ওইবা য়াদে। দৃষ্টান্ত অসিগী মতৌগুম্না আত্মাস্থ নিত্য সর্ব্বব্যাপক, নিষ্ক্রিয় অমস্তুং অসঙ্গনি। অদুবু অবিদ্যারূপদোষনা মরম ওইদুনা আত্মা অসি মথক্তা হায়খ্রিবা হকচাং অহুম অসিগা লোয়ননা শৈম্নে হায়না মীওইবনা খল্লৈ। শম্নবা খল্লবা অদুদগী হকচাং অহুমগী ধর্ম্ম পুম্নমকস্থ আত্মাদা

লৈবগুম উই। মতুদগী মীওইবনা "ঐ মুংডাই, ঐ রায়, ঐ চংলি, ঐ হৌই, ঐ মুই, ঐ নাই, ঐ কুট মচা মখায় রাংই, ঐ পোকই, ঐ শিগনি" অসিনচিংবা খল্লুনা লৈ। অশেংবমক্তি আত্মা অরা-মুংডাইনচিংবা অমত্তা লৈতনা সর্ব্বব্যাপক, নিষ্ক্রিয়, নির্ব্বিকার, নিত্য অমসুং অসঙ্গনি (অরা-মুংডাই হায়বসিদা মুংডাইবসি রূপ রাগনচিংবা বিষয়দগী ফংবা মুংডাইবনি, আত্মাগী মশাক ওইবা মুংডাইবা অতুনাদি, মতুদি মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈরিবনি : অদুবু অজ্ঞাননা কুপ্পুনা থম্বা মরমদগী ঐখোয়না ব্যবহারগী মতমদা খঙবা ঙমদে)। মরম অসিদগী আত্মা অসি করিগুম্বা পোং অমগা লোয়নন্না করিগুম্বা মতম অমসুং মফমদা শম্নদুনা লৈতে। মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা সচ্চিদানন্দগী মশাক্তা লেংবা লৈতনা লৈরিবনি। মরম অসিনা গীতাদা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা অর্জুনবু আত্মাগী অশেংবা মশাক অসিবু হন্না খন্না তাকই, মতুদগী অর্জুন্না আত্মাগী অশেংবা মশাক মওং খঙদুনা মথুংদা অসুম্না হায়:—

**নষ্টো মোহঃ স্মৃতির্লব্ধা ত্বৎপ্রসাদান্ময়াঽচ্যুত।**
**স্থিতোঽস্মি গতসন্দেহঃ করিষ্যে বচনং তব** ॥ (১৮।৭৩)

"হে অচ্যুত' মতম পুম্নমক্তা নশাগী মওংনা কায়দনা লৈবা হে ভগবান!) নহাক্কী থৌজান্দগী ঐনা আত্মাগী অশেংবা জ্ঞান ফংজরে, মতুদগী আত্মাগী মরমদা ওন্ন-তৈননা খঙলম্বদু (ভ্রম তৌদুনা লৈরম্বদু) লৈতরে। মরম অসিনা চিংনবা পুম্নমক

লৈতনা ঐ লৈচরে : নহাক্না হায়বা পূম্নমক এনা তৌজরগনি।"
মসিবু শ্রুতিনস্তু অস্তম্না তাক্লি:—

**স্মৃতিলম্ভে সর্ব্বগ্রন্থীনাং বিপ্রমোক্ষঃ।** (ছাঃ উঃ ৭।২৬।২।

"মশকপু কাউদ্তুনা লৈরম্বদগী মতুবু নীংশিংতুনা নীংথিনা খণ্ডলবা মতমদা গ্রন্থী হায়বদি অচেতন ওইবা হকচাং অমসুং লোয়ননা শম্বুবগুম তৌদুনা কিশী কিদুনা লৈরম্বা অদু নাপ্পোকই।

---

## জগৎ মিথ্যানি।

পরব্রহ্ম লেঙলি-পাল্লিবা পোৎ পুম্নমক্কী অধিষ্ঠান (substratum) ওইদুনা লেঙদনা লৈ অমসুং সত্যানি, অদুগা ঈশ্বর অমসুং জীবগী অশেংবা মশক মওংস্তু পরব্রহ্মনি, মতুদগী অতোপ্পা নত্তে হায়বা অসিগী মরমদা মথক্তা নীংথিনা বিচার তৌরে। লৌকিক জগৎকী (তাইবংপানবগী) মরমদা বিচার তৌসি। লেঙলি-পাল্লিবা জগৎ অসিগী মরমদা শ্রুতিমাতানা অস্তুম্না তাকলি:—

**"ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা"।** (বৃহঃ উঃ ২।৪।৬)।

"উরিবা পোৎ পুম্নমক অসি আত্মা অসিনি।"

**"ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্"** (মুণ্ড উঃ ২।২।১১)

"পোৎ পুম্নমক অসি ব্রহ্মমক্নি।"

**"আত্মৈবেদং সর্ব্বম্"** (ছাঃ উঃ ৭।২৫।২)

"সংসার পুম্নমক অসি আত্মামক্তি।" মসিদগী ঐখোয়না ব্রহ্ম অমসুং আত্মাদা করি অমত্তা খেন্নবা লৈতে আত্মা ব্রহ্মমক্তি, অদুগা উব্রিবা জগৎ পুম্নমক অসিসু আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মমক্তি হায়বা অসি খঙবা ঙম্মি। অদুবু জগৎ অসিদি অচেতন জড় ( unconscious ) নি, ব্রহ্মদি চেতন (conscious) নি, জগৎ মাঙবা লৈবা অনিত্য ওইবা পোৎনি, অদুগা ব্রহ্ম মাঙবা লৈতবা নিত্য ওইবা পোৎনি, জগৎ মতম পুম্নমক্তা মশক হোংদুনা লৈ, ব্রহ্মদি কদৌইডদসু মশক হোংদে। মতৌ অসুম্না য়াম্না খেন্নবা মরমদগী জগৎ অসি করম তৌনা ব্রহ্ম ওইগনি ? জগৎ-ব্রহ্মগী কার্য্য ( Effect ) নি, অদুগা ব্রহ্ম মদুগী উপাদান কারণ ( Material cause ) নি হায়না লৌরবসু ব্রহ্মগী জগৎ ওইনা পরিণাম ( Modification ) শোয়দনা ওইগনি, মরম অসিনা ব্রহ্ম লেঙদনা লৈবা পোৎ অমনি হায়বা য়ারোই। মসিদা নত্তনা জগৎপু ব্রহ্মগী পরিণাম ওইবা কার্য্যনি হায়রবদি ব্রহ্মগী শরুক অমা জগৎ ওইনা পরিণাম ওইদুনা ( মশক ওন্দুনা ) লৈবরা, নত্ত্রগা ব্রহ্ম মশা পুম্নমক মশক ওন্দুনা জগৎ ওইনা লৈবরা হায়বা ৱাহং অসি লাকই। ব্রহ্মগী শরুক অমা জগৎ ওইনা মশক ওন্দুনা লৈ হায়বসিদি য়াদে। মরমদি

"নিস্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তং নিরবদ্যং নিরঞ্জনম্"

( শ্বেতঃ উঃ ৬। ১৯ )

"ব্রহ্ম মচেৎ লৈতবা ক্রিয়া ( Action ) লৈতবা, লেঙদনা লৈবা দোষ লৈতবা অমসুং পাপ পুণ্য লৈতবা পোৎনি" হায়না

তাকলিবা শ্রুতি অসিদগী বিরোধ ওইগনি। মরমদি শরুক লৈতবা ব্রহ্মগী শরুক অমা জগৎ ওইনা মশক ওন্দুনা লৈ হায়বা য়াদে। দোষ অসিবু ভাকুনবগীদমক ব্রহ্ম মশা পুম্নমক জগৎ ওইনা মশক ওন্থোক্লুনা লৈ হায়বসু য়াদে, মরমদি মহাক লেঙদনা লৈবা পোৎনি হায়না শ্রুতিনা তাক্লি। অদুগা ব্রহ্ম মশা পুম্নমক মশক ওন্থোক্লুনা জগৎ ওইনা লৈ হায়না য়াদ-বসু মূলকারণ (Fundamental cause) মতম পুম্নমক্তা মাঙবগী মরম লাক্কনি। মরমদি শঙ্গোমনা শঙ্গোম অফম্বা ওই-থ্রবদা অমুক হন্না শঙ্গোম ওইবা ঙমদে। মসিদ নত্তনা ব্রহ্ম জগৎ ওইনা লৈবা মরম্না এখোয়না মতম পুম্নমক্তা মাবু নীং-থিনা খঙদুনা সাক্ষাৎকার তৌদুনা লৈ। মরম অসিদগী মোক্ষগী-দমক মহাকপু আত্মাগী মশক ওইনা সাক্ষাৎকার তৌ হায়না তাকপা বেদান্ত অরেম্বদা তাগনি। মরম অসিনা ব্রহ্মজগৎকী উপাদান ওইবা য়াদে। মহাক নত্তবা অতোপ্পা পোৎ জগৎকী উপাদান কারণনি হায়বা য়াবসি চুম্মি। অদুগা ব্রহ্মবু জগৎকী উপাদান কারণনি হায়রবদি নিমিত্ত কারণ (Efficient cause) সু মহাক্কি হায়বা তাই; মহাক নত্তনা জগৎপু শাবা ঙম্বা অতোপ্পা অমা লৈতে। অদুবু সংসার অসিদা করিগুম্বা কার্য (Effect) অমগী উপাদান কারণ অমসুং নিমিত্ত কারণ পোৎ অমত্তনি হায়বা অসি উদে। চফূগী উপাদান কারণ লৈপাক্কি অদুগা চফূ শাবা মীনা নিমিত্ত কারণনি। লৈপাক অমসুং চফূ শাবা মী পোৎ অমত্তনি হায়বা য়াদে। মরম অসিনা জগৎ

অসি আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মমক্তি অদুগা মহাক জগৎকী উপাদান কারণনি হায়রবা অসি চুমদে।

চুম্মি, মপানথোংগী অপোৌবা মিৎয়েংদা য়েংলবদি মথক্তা হায়খ্রিবা যুক্তিশিং অসি য়াম্না চুম্মি হায়না উই। কুপ্পা বিচার তৌদুনা নীংথিনা খল্লবদি শ্রুতিনা তাকপা বা পুম্নমক অমতা লান্দে, অচুম্বা তাক্কনি হায়বা অসি ঐথোয়না খঙবা ঙমগনি। "ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্", "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্ অসিনচিংবনা—আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মমক লেঙলি-পান্নিবা জগৎ অসিনি হায়না তাক-লিবা শ্রুতিমাতাগী অয়ুক্পা বা অসিবু খঙননবগীদমক ঐথোয়না অহানবদা দৃষ্টান্ত অমা নীংথিনা খঙসি - ঐথোয়না খজিক্কং মম্বা (মমলি মমলি তৌবা) মফমদা থৌরী মকক অমদা লিল ওইনা উই। মতুবু থাঙ্গৈশেংবা লিলনি হায়না খন্দুনা মতুদগী কিদুনা মফম অদু থাদোক্লগা চৎলি। অদুবু থাঙ্গৈশেংবমক্তি মদু লিল নত্তে, থৌরী মকক্তি। ঐথোয়না থৌরী মককপু লিলনি হায়না খঙবতনি। মসিগী মরমদি মতম অদুদা ঐথোয়না থৌরী মকক অদুগী জ্ঞান লৈতে। থৌরী মককী অজ্ঞানদগী থৌরী মককপু লিল ওইনা উরিবনি। থৌরী মকক অসিবু লিল অদুগী অধিষ্ঠান (Substratum) হায়না কৌই। মরমদি লিল অদু মাগী আশ্রয়দা লৈ। অমরোমদা হায়রগা আরোপিত ওইবা পোৎকী আশ্রয়বু (লৈফমবু) অধিষ্ঠান কৌই; আরোপ তৌগনা থমলিবা পোৎপু অধ্যস্ত (আরোপিত) কৌই, অদুগা আরোপপু অধ্যাস কৌই। মদু নত্তবা পোত্তা মদুনি হায়ববু আরোপ (অধ্যাস)

কৌই : মদুদি লিল নত্তবা পোং-থৌরী মকক্তা লিলনি হায়বা অসি আরোপনি। অদুগা মদু নত্তবা পোংপু মদুনি হায়না খণ্ডবা ভন্ন-তৈনবা জ্ঞান (ভ্রম জ্ঞান) কৌই। মদুদি লিল নত্তবা পোং থৌরী মককপু লিলনি হায়না খণ্ডবা অসি ভ্রমজ্ঞাননি। ভ্রমজ্ঞান ওইবা মতমদা লিলবু আরোপ তৌদুনা থমলিবা অধিষ্ঠান ওইবা থৌরী মকক অদু কদোইদস্ত লিল ওইনা পরিণাম ওইদে মশক ওন্দোক্তে। : মাদি থৌরী ওইনা মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা অনস্ত কায়দনা মাগী শক অদুদা লৈ। লিল ওইনা মশক ওন্দুক লৈরিবা অদুদি থৌরীগী অজ্ঞাননি : মরম অসিনা থৌরীগী অজ্ঞানগী পরিণাম লিলনি। থৌরীদা উরিবা লিল অসি সৎ নত্তে, মরমদি মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা কায়দবা অমস্তং মাঙবা লৈতবা পোংপু সৎ কৌই : মদুদি ব্রহ্মনি, ব্রহ্ম নত্তবা পোং অমত্তা সৎ ওইদে। উরিবা লিল অদু অসৎস্ত নত্তে, মরমদি করিগুম্বা মফম অমদা কদোইদস্ত উবা য়াদবা পোংপু অসৎ কৌই : মদুদি বন্ধ্যা পুত্রনচিংবনি। মচা পোকপা শক্তি লৈতবী মুপীবু বন্ধ্যা কৌই : মাগী মচা কদোইদস্ত করিগুম্বা মফম অমদা উবা য়াদে। লিল অসিদি থৌরীদা উই, মরম অসিনা মদু অসৎস্ত নত্তে। মতৌ অস্তুম্বা থৌরীদা উবা লিল অসি সৎনি হায়বস্ত য়াদে, অদুগা অসৎনি হায়বস্ত য়াদে। সৎ নত্তগা অসৎ ওইনা হায়বা য়াদবা বেদান্তদা অনির্বচনীয় কৌই। অসিগুম্বা অনির্বচনীয় লিল অসি থৌরীগী অজ্ঞানগী পরিণাম ওইবা মরমদগী থৌরীগী জ্ঞান ওইবা মতমমক্তদা মাঙই। মদুগী মতুংদা থৌরী অদুদা অমুক হন্না লিল

উদে ; থৌরাংগী অশেংবা মশক অদু উই। জ্ঞানদগী মাঙবা য়াবা পোৎ পুম্নমক অনির্বচনীয়নি হায়বদি অজ্ঞানগী পরিণামনি।

মসিদা থৌরাংবু লিল ওইনা উদুনা লৈরিবা মী অমগী মক্কমদা "মসি থৌরাংনি" হায়না খঙবা কনাগুম্বা মী অমনা "লিল অদু থৌরাংমক্নি" হায়না তাকই। মতুদগী থৌরাংবু খঙলমদবা মী অদুনা মুন্না য়েংলগা মাঙদা লিল ওইনা উরম্বা পোৎ অদুবু থৌরাংনি হায়না প্রত্যক্ষ ওইনা উই অমসুং খঙই। তাক্লিবা মী অদুগী অভিপ্রায়-থৌরাংমক লিল ওইনা পরিণাম ওইরগা মশক ওন্দোক্নুনা লৈ হায়বা নত্তে : থৌরাংদি মাগী মশক অদুদা লেঙদনা অদুম লৈ। মাগী অভিপ্রায়দি—"নহাক্না খঙদদুনা থৌরাংবু লিল ওইনা উই, মসিবু লিল ওইনা খঙগনু, থৌরাং ওইনা খঙউ"— হায়বনি। অদুগা উৎমলিবা লিল অদু উদ্রিঙৈগী মমাঙদা থৌরাংদা লৈরমদে, উরিবা মতম অদুদসু থৌরাংদা লিল লৈতে, অদুগা মতুংদসু লৈরোই। মতৌ অসুম্না লিল অদু মতম অলুম্নক্না লৈতবা মরমদগী মিথ্যানি। উরবসু থাংঙৈশেংনমক মতম অলুম্নক্না লৈতবা পোৎপু মিথ্যা কৌই।

দৃষ্টান্ত অসিগী মতুং ইন্না "ব্রহ্মৈবেদং সর্বম্" "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্"—জগৎ অসি আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মমক্নি অসিনচিংবনা তাক্লিবা শ্রুতিমাতাগী অভিপ্রায়—ব্রহ্মমক জগৎ ওইনা পরিণাম ওইরগা মশক ওন্দুনা লৈ হায়বা নত্তে। মাগী অভিপ্রায়দি— নখোয়না খঙদদুনা নখোয়গী অশেংবা মশক ওইবা ব্রহ্মবু জগৎ ওইনা উই, মসিবু জগৎনি হায়না খঙগনু, ব্রহ্মনি খঙউ। মসিদা

ব্রহ্ম অসি জগৎ ভ্রমগী অধিষ্টাননি, মাদি মতম পূম্নমক্তা মাগী অণেংবা মশক মওংদা লেঙদ-কায়দনা লৈরিবনি। অদুগা থোরীগী অজ্ঞানদগী থোরীদা লিল উবগুম্না ব্রহ্মগী অজ্ঞানদগী মীনা মতুদা জগৎ উরিবনি। মরম অসিনা থোরীগী অজ্ঞানগী পরিণাম লিলগুম্না ব্রহ্মগী অজ্ঞানগী পরিণাম জগৎনি—হায়বদি ব্রহ্মগী অজ্ঞান মশক ওন্দুনা জগৎ ওইনা লৈ। কনাগুম্বা পুণ্য চেনবা অমস্তং মরাইবক ফবা মীনা গুরুগী কৃপাদগী মশাগী মশক ওইনা ব্রহ্মবু সাক্ষাৎকার তৌদুনা নীংথিনা খঙলবদি মাগী মিৎয়েংদা লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক অসি ব্রহ্ম ওইনা উই, অদুগা জগৎ অসি মতম অহুম্মক্তা লৈতবা মিথ্যা ওইবা পোৎনি হায়না লৌই।
অসিগুম্বা জ্ঞানীগী মরমদা শ্রুতিনা অস্নমনা হায়রি—

যস্তু সর্ব্বাণি ভূতান্যাত্মন্যেবা . নুপশ্যতি।
সর্ব্বভূতেষ্, চাত্মাণং ততো ন বিজুগুপ্সতে ।৬॥
যস্মিন্ সর্ব্বাণি ভূতান্যাত্মৈবাভূদ্বিজানতঃ।
তত্র কো মোহঃ কঃ শোক একত্বমনুপশ্যতঃ ॥৭॥
(ইশাঃ উঃ)

"মী অদুনা ভাইবংপানবা পূম্নমকপু মঙোন্দা (আত্মাদা) লৈ হায়না খঙই—হায়বদি মঙোন্দগী অতোপ্পনি হায়না উদে, অদুগা ভাইবংপানবা পূম্নমক্তা মশা লৈ—হায়বদি লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক্কী অধিষ্ঠান ওইদুনা আত্মা লৈ, মখোয়দগী অতোপ্পা নত্তে হায়না খঙই; খঙবা অদুদগী মহাক করিগুম্বা পোৎ অমবু নৌদুনা তুক্কচদে (মরমদি মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্তা উদে) ॥৬॥

জ্ঞান ওইবগী ফীবম অসিদা তাইবংপানবা পূম্নমক জ্ঞাণীগী অত্মাস্বরূপ ওই। মরম অসিনা জ্ঞানগী অবস্থাদা তাইবংপানবা পূম্নমকপু মশাগী মওং ওইনা উরিবা জ্ঞাণীগীদি করায়দগী মিহৌবা লৈগনি; অদুগা মহাক করম্না পোৎকাদমক রাগনি? (মশাদগী অতোপ্পা পোৎ অমা লৈরবতদা মদু ফংনবা মিহৌই অদুগা ফংলিবা পোৎ অদুগী খাইনবা মতমদা রায়; মশাদগী হেনবা পোৎ অমতা লৈরবদি করিবু লৌদুনা মিহৌগনি অমসুং রাগনি ॥৭॥

গীতাদসু ভগবান্না হায়রি—

যজ্‌জ্ঞাত্বা ন পুনর্মোহমেবং যাস্যাপি পাণ্ডব।
যেন ভূতান্যশেষেণ দ্রক্ষ্যস্যাত্মন্যথো ময়ি ॥ ৪। ৩৫)

"হে পাণ্ডব! জ্ঞান অদু ফংলবদা নহাক মতৌ অসুম্না (ভৌতিক মরূপ মপাং শাগৈ-নহৈশিংগী মিহৌবা হৌরিবা অসিগুম্না) অমুক হন্না নিহৌররোই। জ্ঞান অদু ফংবদগী নহাক্না নশাদা তাইবংপানবা পূম্নমকপু উগনি, অদুগা ঐহোন্দসু (ভগবান্দসু) উগনি (মসিদসু - নহোন্দা অমসুং ঐহোন্দা সংসার পূম্নমক উগনি—হায়বা অসিদগী অর্জ্জুনগী আত্মা-ভগবান্দগী অতোপ্পা নত্তে হায়বা অসি খঙবা ঙম্মি)। "আত্মজ্ঞান অসিবু ফংগদুনা ভগবান্না হায়রি—

"নহি জ্ঞানেন সদৃশং পবিত্রমিহবিদ্যতে" (গীঃ ৪। ৩৮)

"আত্মাজ্ঞান অসিগা মান্ননা অশেংবা পোৎ সংসার অসিদা লৈত্তে।

মসিদা কনা কনাগুম্বগী পুক্লিংদা চিংনবা য়াই—থৌরাঙ্গ লিল ওইনা ভ্রম তৌরুরবা তুংদা ‘মসি থৌগ্রীনি, লিল নত্তে” হায়না খঙবমক্তুদা লিল অদু মাঙখি। অদুবু মক্ষম অসিদদি (সংসারগী ভ্রমদদি) অধিষ্ঠান ওইবা আত্মাবু ব্রহ্মগী মশক ওইনা জ্ঞানীশিংনা সাক্ষাৎকার তৌদুনা খঙলবস্তু সংসার অসি মাঙদে। জ্ঞানীশিংস্তু ঐশ্বোয়গী মতৌগুম্না চাবা, থকপা, তূম্ব-নচিংবা থবক পূম্নমক তৌদুনা লৈ, মরম অসিনা আত্মজ্ঞানদগী সংসার মাঙই হায়বসি চুমদে; নত্রগা সংসার মাঙদবদগী হৌজিক ক্ষাওবা জ্ঞানী অমত্তা ওইদ্রি হায়বা তাই। হৌজিক ক্ষাওবা জ্ঞানী অমত্তা ওইদ্রবদি, ঐশ্বোয়না হোৎনরবদি জ্ঞানী ওইগনি হায়বসিদা থাজক্ষম করি লৈগনি।

মতৌ অসুম্না চিংনবা অসিবু কোক্লনবা পাউখুমদি অসিনি, ভ্রম অসি নিরুপাধিক অমসুং সোপাধিক হায়না মখল অনি থোক্লা খায়রি। মনাক্তা লৈবা পোত্তা মশাগী মতৌক মগুণবু আরোপ তৌহনবা ভম্বা অমসুং খঙহনবা ভম্বা পোৎপু উপাধি কৌই। মতুদি য়াম্না অশেংবা অমসুং অঙৌবা স্ফটিক মণিগী মনাক্তা অঙাঙবা লৈ জবাকুসুম থমলবদি মহাক্কী মগুণ অঙাঙবা মচু অদু অঙৌবা স্ফটিক মণিদা তাদুনা স্ফটিক মণি অদু য়াম্না ঙাঙনা উই; অদুগা জবাকুসুম মনাক্তা লৈবা মতম অদুক্কী মখে স্ফুটিক মণি ঙাঙনা উগনি; জবাকুসুম লৈত্রবা মতমদা মণি অদু মাগী অশেংবা অঙৌবা মওংদা উগনি। মরম অসিনা মক্ষম অসিদা জবাকুসুমবু উপাধি হায়না কৌগনি।

মসিগুম্বা উপাধি য়াওদনা (লৈতনা) ওইবা ভ্রমবু নিরুপাধিক ভ্রম কৌই। অদুগা উপাধি য়াওনা (লৈনা) ওইবা ভ্রমবু সোপাধিক ভ্রম কৌই। থোরৌদা লিলগী ভ্রম অসি নিরুপাধিক ভ্রমনি, মরমদি থোরৌগী মনাক্তা থোরৌবু লিল ওইনা উহনবা ঙম্বা পোৎ অমত্তা লৈতে। মরম অসিদগী অধিষ্ঠান ওইবা থোরৌগী জ্ঞান ওইবনক্তদা লিল অদু মাঙই। অদুগা সোপাধিক ভ্রম ওইবা মফমদদি অধিষ্ঠানগী জ্ঞান ওইরবস্থ উপাধি লৈরিবা মতম অদুক্তী মরম ভ্রমগী বিষয় (Object) অদু উদুনা লৈগনি। মসিগী খুদমদি—মরুভূমিদা (লৈতোইগী পাক-চাউরবা লমদমদা) কালেনথানচিংবগী অয়াকপা নুমিংকী মড়াল তাবা মতমদা লৈতোইশিং অদু শাগৎলক্তুনা মতুদগী মথকলোমদা নুমিংকী মৈশা অদু হনগত্তুনা চৎলি। হনগত্তুনা চৎলিবা মৈশাশিং অদুদা তপ্পা তপ্পা শিংলিবা নুংশিৎ য়েবদগী অথাপ্পদগী য়েংলকপা মীগী মমিত্তা য়াম্না পাক-চাউবা ঈশিংদা ঈথক হৌদুনা লৈবগুম উই। খুঙদবা মীদি মদুবু ঈশিংমক্কি হায়না লৌই। মরম অসিদগী শক্তিশিংনা ঈশিং অদুবু উরগা ঈশিং খোরাংবগী থক্কে হায়বগীদমক মায়কৈ অদোমদা চেনশিল্লি, অদুগা ঈশিং অদুস্থ শক্তিশিংগী মমাঙ মমাঙদা থাপ্পা চৎথোক্তুনা হান্নগী মতৌগুম্না উদুনত্তা লৈ। মতৌ অসুম্না ঈশিংগীদমক চেম্ন-চেম্না শক্তিশিং অদু অশাবা লৈতোইশিংদুনা চাক্তুনা শি; মরম অসিদগী ঈশিং অদুবু মৃগতৃষ্ণাগী ঈশিং হায়নস্থ কৌনৈ। লৈতোইগী লমদমদা মতম অদুমক্তদা ঈশিং লৈতে, ঈশিং ঙাক্তনি—হায়না ঈশিং

ভ্রম্‌গী অধিষ্ঠান ওইবা লৈঙোইগী লমদম অদুবু নীংথিনা খঙ-লবস্তু উপাধি ওইবা মুমিংকী অকনবা মৈশা লৈরিবা মতম অদুক্কী মখৈ ঈশিং উদুনা লৈ, ঈশিং মাঙদে। মতৌ অসুম্না জ্ঞানীশিংস্তু মশাগী মশক ওইবা অমস্তুং জগৎ ভ্রমগী অধিষ্ঠান ওইরিবা ব্রহ্মবু সাক্ষাৎকার তৌদুনা নীংথিনা খঙলবস্তু মপোক অসিবু পীরিবা অমস্তুং উপাধি ওইদুনা লৈরিবা প্রারব্ধ কর্ম্ম লৈরিবা মতম অদুক্কী মখৈ জগৎ অসিবু উদুনা লৈ ; জগৎ-মতম অলুম্নক্কা লৈতে হায়না খঙলবস্তু জগৎ মাঙদে। চাবা, থকপা, তুম্বনচিংবা থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈরবস্তু জ্ঞানী অমস্তুং অজ্ঞানীদা খেন্নবদি জ্ঞানীশিংনা জগৎপু মিথ্যানি হায়না খঙই, অদুগা অজ্ঞানীশিংদি জগৎ অসিবু সত্যনি হায়না খঙদুনা লৈ।

মসিদা নত্তনা মিথ্যা ওইবা পোৎশিং অসি প্রতিভাসিক অমস্তুং ব্যাবহারিক হায়না অনি থোক্কা খায়রি। উবা মতমতদা লৈবগুম তৌবা অমস্তুং মতুং মমাঙদা লৈতবা পোৎশিং প্রাতি-ভাসিকনি; মদুদি থৌরৗদা উবা লিল অসি প্রাতি-ভাসিকনি; মরমদি উরিবা মতম অদুগী মতুং মমাঙদস্তু থৌরৗদা লিল লৈতে। অদুগা উরিবা মতম অদুগী মতুং-মমাঙদস্তু লৈবা মিথ্যা ওইবা পোৎশিং অসি ব্যাবহারিকনি। মদুদি—য়ুম-কৈ, লৈপাক্কুচিংবা জগৎ অসি ব্যাবহারিকনি; মরমদি মখোয় অসি মিথ্যা ওইরবস্তু উরিবা মতমদগী মতুংদস্তু মমাঙদস্তু লেঙদবগুম তৌনা য়াম্না কুইনা লৈ। মসিগী মরমস্তু অসিনি—ঈশ্বরনা আনন্দ ওইবা (মশীং নাইদবা) জীবশিংগী কর্ম্মগী মতুংইন্না মখোয়বু অরা-মুংঙাইবা পীনবগীদমক মখোয় পুম্নমক্কী অজ্ঞান পুনশিন্দুনা

লৈবগী মশক ওইবা মায়াদগী জগৎ অসি শাই ; জীব অমগী অজ্ঞানদগীদি জগৎ অসি শাদে। অজ্ঞান অসি মায়াগী য়াম্না পীকপা শরুক অমনি হায়বসি মথক্তা ঙাকখ্রে। মরম অসিনা মায়া মাত্রনা মরম ওইদুনা লৈরিবা জগৎ অসি জ্ঞাণী অমগী জ্ঞানদগী মাঙবা য়াদে। মদুদগী জগৎপু ব্যাবহারিক মিথ্যা ওইবা পোৎনি হায়বনি। অদুগা প্রাতিভাসিক লিললনচিংবদি জাব অমগী, পৌরীনচিংবগী অজ্ঞানদগী অদুগা অজ্ঞান অদুগা লোয়ননা থজিক্লুং মম্বনচিংবা অতোপ্পা দোষশিংদগী উবা মরম্না উদুনা লৈরিবা মতম অদুগী মথুং-মমাংদা লৈতে। মতৌ অসুম্না খেন্নরবস্তু প্রাতিভাসিক অমসুং ব্যাবহারিক পোৎশিংগী মিথ্যা ওইবদা—হায়বদি উব্রবস্তু মতম অহুমক্তা লৈতবা পোৎনি হায়বসিদা করিস্তু খেন্নবা লৈতে। মরম অসিনা জ্ঞাণীশিংনা জগৎপু মিথ্যা ওইনা খল্লুনা মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমত্তবু উদে, মাগী মীৎয়েংদা ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমত্তা লৈতে। অসিগুম্না জ্ঞাণীগী মরমদা শ্রুতিনা অসুম্না হায়—

"তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষ্যেঽথ সম্পৎস্যে"

(ছাঃ উঃ ৬ | ১৪ | ২)

"জ্ঞাণী অদুগী প্রারব্ধ কর্ম লোইবা ফাওবদা কুই, হায়বদি, মহাক প্রারব্ধ লোইদ্রিফাওবা হিংদুনা লৈ, মদু লোইবমক্তদা ব্রহ্মস্বরূপ ওই।"

ব্রহ্মবু জগৎকী উপাদান কারণনি হায়রবদি, জগৎ-ব্রহ্মগী পরিনাম ওইগনি : অদুগা ব্রহ্ম মশা পূম্নমক পরিণাম ওইরগা

মশক ওস্লোক্তুনা লৈরবদি মূলকারণ মাতংনি ; অদুগা শরুক লৈতবা ব্রহ্মগী শরুক অমা মশক ওন্দুনা জগৎ ওইনা লৈ হায়বস্ন য়াদে ; ব্রহ্ম অমসুং জগৎকী মশক মতৌ য়াম্না খেন্নবা মরমদগী, ব্রহ্ম-জগৎকী উপাদান কারণ ওইবা য়াদে ; নিমিত্ত কারণস্ন মাবুনি হায়রবদি—করিগুম্বা কানা অমগী উপাদান অমসুং নিমিত্ত কারণ পোৎ অমত্তনি হায়বসি করিগুম্বা মফম অমদা কদোইদস্ন উদে, অসিনচিংবা চিংনখিবা রাবন পুন্নমক লৌদুনা ঐখোয়না বিচার তৌরসি—

বেদান্তদর্শণদা বেদব্যাসনা ব্রহ্মবু অসুম্না তাকই—"জন্মা-দ্যস্য যতঃ" (ব্রঃ সূঃ ১ | ১ | ২) "জগৎ অসিগী সৃষ্টি (Creation), স্থিতি ( Preservation ) অমসুং প্রলয় (Destruction), মদুদগী ওইবা অদু ব্রহ্মনি।" মসিদগী ঐখোয়না ব্রহ্ম জগৎকী নিমিত্ত কারণ ( Efficient cause ) নি হায়বা অসি নীংথিনা খঙবা ঙম্মী, উপাদান্নি হায়বসিদি নীংথিনা খঙদে ; মরম অসিনা মতুংদা তাকলি—"প্রকৃতিশ্চ" (ব্রঃ সূঃ ১ | ৪ | ২৩ ) "ব্রহ্ম জগৎকী উপাদান কারণ ( Material cause ) সুনি।" মসিদগী জগৎকী উপাদান কারণ ব্রহ্মনি হায়বস্ন নীংথিনা খঙবা ঙম্মী। মসিবু শ্রুতিনস্ন অসুম্না তাকলি—নোংমা বরুণগী মচা ভৃগু ঋষিনা মপাগী মফমদা অসুম্না হংই—"হে ভগবান ! ঐ পরব্রহ্মবু খঙ-নীংই ; মরম অসিনা নহাক, ঐঙোন্দা ব্রহ্মগী উপদেশ পীবিয়ু।" মসিদা বরুণনা অসুম্না তাকই—

"যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি, যৎপ্রয়ন্ত্যভিসম্বিশন্তি, তদ্বিজিজ্ঞাসস্ব, তদ্ব্রহ্মেতি"
(তৈ: উ: ভৃ: বল্লী ৩।১)

"মতুদগী লেংলি পাল্লিবা তাইবঙপানবা অসি পোক্লকই, মতুনা মরম ওইদুনা মখোয় পূম্নমক হিংদুনা লৈ, অদুগা প্রলয়গী মতমদা মতুদা অমুক হন্না তাইবঙপানবা পূম্নমক অসি তিল্লি। মতুবু খঙনবা হোৎ, মহাক ব্রহ্মনি।"

মসিদা ব্রহ্ম অসি জগৎকী উপাদান অমসুং নিমিত্তকারণনি হায়বা অসি তাকলি। মরমদি মন্ত্র অসিদা, "প্রলয়গী মতমদা মহাক্তান্দা তাইবঙপানবা পূম্নমক তিল্লি" হায়রি। কাম্য মাঙবা মতমদা উপাদান কারণতদা তিল্লি, অতোপ্পা অমদা তিন্দে, অদুগা পোকপসু উপাদান অমসুং নিমিত্তকারণদগী ওই। মরম অসিনা ব্রহ্ম অসি জগৎকী উপাদান অমসুং নিমিত্তকারণ অনিমক ওই হায়বা অসি লেপ্পী।

কাম্যগী মশা পূম্নমক্তা মনুং চন্দুনা লৈবা কারণবু উপাদান কৌই। লৈপাক অসি চফুগী মশা পূম্নমক্তা মনুং চন্দুনা লৈ; মরম অসিনা লৈপাক চফুগী উপাদান কারণনি। উপাদান নত্তবা চফু শাবা-মীনচিংবা কারণ পূম্নমকপু নিমিত্তকারণ কৌই। উপাদান কারণ অসিসু বিবর্ত্ত উপাদান অমসুং পরিণামী উপাদান হায়না অনী থোক্লা খায়রি। অনী অসিগী মনুংদা "পূর্ব্বরূপমপরিত্যজ্যান্যথাভাবো বিবর্ত্তঃ।" মাগী অহানবগী মশক মওং মতৌ অদু করি অমতা থাদোকপা তৌদনা অতোপ্পগী মওং

ওইনা লৈরবদি মতুবু বিবর্ত্ত কৌই। মদুদি—থৌরী অসি মাগী অহানবগী মশক মওং মতৌ অদু করি অমতা থাদোক্তনা লিলগী মওং ওইনা লৈ, মরম অসিনা থৌরী, লিলগী বিবর্ত্ত উপাদাননি। অদুগা "পূর্ব্বরূপং পরিত্যজ্যান্যথাভাবঃ পরিণামঃ" হায়বদি মাগী অহানবগী মওং মতৌ অদু থাদোক্লগা অতোপ্পা মওং ওইনা লৈরবদি মদু পরিণামনি। মদুদি - লৈপাক অসি মাগী অহানবগী মওং মতৌ থাদোক্লগা চফু ওইনা লৈ ; মরম অসিনা লৈপাক-চফুগী পরিণামী উপাদাননি। পরিণাম অসি অনী থোক্লা ওইবা য়াই। শঙ্গোমগী পরিণাম শঙ্গোম অফম্বনি, মরম অসিনা শঙ্গোম অসি শঙ্গোম অফম্বগী পরিণামী উপাদানি, অদুবু শঙ্গোম, অফম্বদগী অমুক হন্না মশাগী অহানবা ফীবম শঙ্গোমদা লাকপা ঙমদে। অদুগা ঈশিংগী পরিণাম উননি, মরম অসিনা উনগী পরিণামী উপাদান ঈশিংনি: অদুবু মহাক অমুক হন্না মশাগী মওং-ঈশিং ওইনা লাকপা ঙম্মী।

জগৎ অসি মিংকুপ মিৎরূপ থুদিংদা মওং ওন্তোকপা মরমদগী ঐখোয়না মসিবু পরিণামনি হায়বা অসি নীংথিনা খঙই। মরম অসিনা মসিগী উপাদান কারণ পরিণামী ওইবা পোৎ অমা শোয়দনা ওইগনি। ব্রহ্মদি লেঙদনা লৈবা পোৎ অমা ওইবা মরমদগী জগৎকী পরিণামী উপাদান ওইবা য়াদে। মসিদগী জগৎকী পরিণামী উপাদান করিনো হায়বা অসি শ্রুতিনা তাকলি—"মায়াংতু প্রকৃতিং বিদ্যাৎ মায়িনন্তু, মহেশ্বরম্" (শ্বেতঃ উঃ ৪ | ১০) "মায়াবু জগৎকী পরিণামী উপাদাননি খঙউ,

অদুগা মায়াগী আশ্রয় ( অধিষ্ঠান ) পরমাত্মা'বু মায়ীনি খঙউ — হায়বদি জগৎকী বিবর্ত্ত উপাদাননি খঙউ।"

মায়াদা আবরণ শক্তি অমসুং বিক্ষেপ শক্তি কৌবা শক্তি অনি লৈ। করিগুম্বা পোৎ অমবু কুপ্পুনা থম্ববা শক্তিবু আবরণ শক্তি কৌই। অদুগা মশক ওন্দুনা থবক তৌননবা শক্তিবু বিক্ষেপ শক্তি কৌই। মায়া পরব্রহ্মদা চঙজদুনা লৈরগা আবরণ শক্তিদগী মাবু ( ব্রহ্মবু ) কুপ্পুনা থমই ; মরম অসিদগী পরব্রহ্মগী অশেংবা মশক অদু অজ্ঞাগী ওইবা মীশিংনা খঙবা ঙমদে। মহাপ্রলয়গী মতমদা মায়া অসিদা জীব পুম্নমক্কী অফ-ফত্তু থবক পুম্নমক্কী পাপ-পুণ্য ওইবা সংস্কার পুম্নমক লৈ। মদুগী মতুং পানবা মতম লাক্লবদা মায়াগী বিক্ষেপ শক্তিদা অকনবা নুংশিৎ শিৎপাগী মতৌগুম্না আক্কী লাকই। মদুদগী মায়া অসি জীব-শিংবু মখোয়গী পাপ-পুন্যগী মতুং ইন্না মহৈ পীবা য়াবা মফম জগৎ ওইনা মশক ওন্থোকপা ( পরিণাম ওইবা ) হৌই। মতৌ অসুম্না তপ্প-তপ্পা মশক ওন্থোক্লুনা মায়া অসি জগৎ ওইনা মপূং ফানা মশক ওন্থোকই। মায়া সত্ব, রজ, তম, গুণ অহুমগী মশক্তি : মরম অসিনা মতৌন্দা পরিণাম ওইবসিদি স্বাভাবিকনি। মহাপ্রলয়গী মতমদা মায়া অসি অমুক হন্না তপ্প-তপ্পা উনদগী ঈশিং ওইবগুম্না মাগী হান্নগী মশক্তা লাকই। মরম অসিনা মায়া অসি জগৎকী পরিণামী উপাদাননি। মায়াগী আশ্রয় ওইবা পরব্রহ্মদি মায়াগী পরিণাম ওইদুনা লৈরিবা জগৎকী অধিষ্ঠান ওইনা লৈবা মরমদগী লিলগী অধিষ্ঠান থৌরাগী

মতৌগুম্না লেঙদনা লৈ। মরম অসিনা ব্রহ্ম-জগৎকী বিবর্ত্ত উপাদাননি। ব্রহ্মদা থৌরাংগী মতৌগুম্না খজিক্কুং ফাওবা পরিণাম লৈতে। মরম অসিদগী ব্রহ্ম-জগৎকী উপাদান ওইরবদি মশক ওন্থোক্কনি হায়না চিংনবা চুমদে। অদুগা ব্রহ্ম জগৎকী মশক ওইনা উবা মরমদগী সাক্ষাৎ প্রত্যক্ষ ওইবা মরম্না মোক্ষশাস্ত্রদমক মাবু খণ্ডননবা হোৎনবা অরেম্বনি হায়বা অসিস্তু চুমদে। মরমদি থৌরাংবু লিল ওইনা উবা মরমদগী থৌরাং উরে হায়বা য়াদে। লিল উবা মতমদা থৌরাংবু অজ্ঞান্না কুপ্‌শিন্দুনা থম্লগুম্না জগৎ উবা মতমদা ব্রহ্মস্তু মায়ানা কুপ্পুনা থম্বা মরমদগী মহাকপু কনা অমতনা খঙবা অমসুং উবা ঙমদে। জ্ঞাণীশিংদনা মাবু খঙবা ঙম্মী। মরম অসিনা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু খণ্ডননবা হোৎনবা অসি চুম্মি।

মসিদা অমুক হন্না অস্তুম্না চিংনবা য়াই। মায়া জগৎকী পরিণামী উপাদান কারণ ওইরবদি মহাক ব্রহ্মদগী অতোপ্পা পোৎ সিদ্ধ ওইগনি, অদ্বিতীয় ( অনিশুবা পোৎ লৈতবা ) ব্রহ্ম-সিদ্ধ ওইবা ঙম্মোই। মদুদগী "একমেবাদ্বিতীয়ং ব্রহ্ম" হায়না তাক্লিবা শ্রুতি অরেম্বদা তাগনি।

মতৌ অস্তুম্না চিংনবা অসিস্তু চুমদে ; মরমদি মায়া লৈরবস্তু ব্রহ্মদি অদ্বিতীয় ওইতুনতা লৈ। মায়া স্বতন্ত্র ওইবা (মনীং তম্বা) পোৎ নত্তে ; ব্রহ্মদা আশ্রিত ওইদুনা ( চঙজদুনা ) লৈবা পোৎ অমনি। ব্রহ্মগী সত্তা ( Being ) দগী মায়াস্তু লৈ হায়না উবতনি। মাগী স্বতন্ত্র সত্তা লৈতে। খুদমগী মশক ওইনা অঙাংবা

থম্বাল—হায়বদা অভাউবা মচ্ অমসুং থম্বালবু লৌদুনা পোং অনীনি হায়নদে, থম্বাল অনতনি হায়নে। মরমদি অভাউবা মচুগী আশ্রয় থম্বালগী সত্তাদগী অতোপ্পা সত্তা-অভাউবা মচ্ অদুনা লৈতে, মুপ্পা থম্বালগী সত্তাদগী অভাউবা মচু লৈ হায়না উবতনি, থাইঙ্গশংবদি অভাউবা মচু থম্বালদগী অনীশুবা পোং নত্তে। মতৌ অসুম্না মায়াগীসু ব্রহ্মগী সত্তাদগী অতোপ্পা স্বতন্ত্র সত্তা লৈতবা মরমদগী মহাক ব্রহ্মদগী অনীশুবা অতোপ্পা পোং অমনি হায়বা য়াদে। মরম অসিনা ব্রহ্ম-অদ্বিতীয়নি হায়বদা করি অমত্তা কায়দে।

করিগুম্বা পোং অমা থবক অমগী উপাদান অমসুং নিমিত্ত-কারণ অনীমক ওইবা য়াদে হায়বা অসিসু লেপ্তদবা নিয়ম নত্তে। মরমদি মিনা ফক্লাংদা মিরাং শাই; মিরাং অদুগী উপাদান অমসুং নিমিত্ত কারণ মিমরি, মদুদগী অতোপ্পা অমা লৈতে। মদুদা মিদা লৈবা আত্মা—নিমিত্তকারণনি, অদুগা মিগী হকচাং—উপাদান কারণনি, মরম অসিনা উপাদান অমসুং নিমিত্তকারণ খেন্নে হায়বসু য়াদে। মরমদি হকচাং য়াওদনা আত্মা মতোমদ নিমিত্তকারণ ওইবা ঙমদে; মরম অসিনা আত্মাগা লোয়ননা মিগী হকচাংসু নিমিত্তকারণ শোয়দনা ওইগনি; অদুগা মিগী হকচাংদা আত্মা লৈত্রবদি মাগী হকচাং অদুসু মিরাংগী উপাদান কারণ ওইবা ঙমদে; মরম অসিদগী মিরাং ওইবা থবক্কী উপাদান অমসুং নিমিত্তকারণ মি ওইবা পোৎ অমতনি। অদুগা অরা-পুংভাইবনচিংবগী নিমিত্তকারণ অমসুং উপাদান কারণ আত্মানি, মদুদগী অতোপ্পা অমা কারণ ওইদে হায়না গৌতম অমসুং কণাদ

ঋষিশিংগী মতুং ইন্না চৎপা দার্শনিকশিংনা য়াই। মতৌ অদুগুম্না জগৎ ওইবা থবক্তস্ত ব্রহ্মমাত্র উপাদান অমস্ত নিমিত্তকারণ ওইবদা করিস্ত কায়বা লৈতে।

জগত্তি অচেতননি অদুগা ব্রহ্ম-চেতননি। মতৌ অসুম্না থেন্নবদগী জড় জগৎকী উপাদান কারণ চেতন ব্রহ্ম ওইবা য়াদে হায়বা অসিস্ত চুমদে ; থেন্নরবদি উপাদান-উপাদেয় ওইদে হায়বা নিয়ম লৈতে। উপাদানদগী শাগদোরিবা পোৎপু উপাদেয় কৌই। উপাদানগী উপাদেয় কার্য্য থেন্নরবওদা উপাদান-উপাদেয় ওই ; করি অমগা থেন্নদ্রবদি উপাদান-উপাদেয় ওইবা স্তকচুম ওমদে। খুদমদি, চকদগী চফু শাদে। মরম অসিনা উপাদানগী-উপাদেয় শোয়দনা থেন্ন-গনি : থেন্নদ্রবদি চফুদগী তৌগদবা ঈশিং পুরকপা, ঈশিং হাপ্না থম্না অসিনচিংবা থবক পুম্নমকস্ত মাগী উপাদান কারণ লৈপাক্নি তৌবা ওম্না তারিবা : মদুদি য়াদে। অদুগা ব্রহ্মদি পরিণামী উপা-দান কারণ নত্তে, মাদি বিবর্ত উপাদান কারণনি হায়বা অসি মথক্তা হায়খ্রে। মরম অসিনা মসিদা দোষ অমগা লৈতে। অদুগা কার্য্য উপাদান কারণদগী থেন্নদে হায়বগী অভিপ্রায়দি-উপাদান কারণগী সত্তাদগী অতোপ্পা সত্তা কার্য্যগী লৈতে হায়বনি। মরম অসিনা বেদান্তদর্শনদস্ত অসুম্না হায়রি—

"তদনন্যত্বমারম্ভণশব্দাদিভ্যঃ" (ব্রঃ সূঃ ২ | ১ | ১৪)

"জগৎ অসি সৎ পরমাত্মাদগী অতোপ্পা অমা নত্তে ; মরমদি "সদেব সোম্য" অসিনচিংবা শ্রুতিনা জগৎপু সৎ পরমাত্মাদগী পোকই হায়না তাকলি।" মতৌ অসুম্না বিচার তৌদুনা য়েংলবদি

**ব্রহ্ম—জগৎকী** উপাদান অমসুং নিমিত্ত কারণনি হায়বা **অ**সিদা দোষ অমত্তা লৈতে।

**অদুগা জগৎকী পরিণামী** উপাদানগী মরমদা **"অসদেবেদমগ্র আসাৎ"** (ছাঃ উঃ ৬ ২ । ১) **"অসদ্বা ইদমগ্র আসীৎ"** (তৈঃ উঃ ২ । ৭ । ১ " সৃষ্টিগী মমাঙদা উরিবা জগৎ অসি অসৎ ওইনা লৈরম্মী" অসিনচিংবা শ্রুতিবু লৌরগা মাধ্যমিক শূন্যবাদী বৌদ্ধশিংনা শূন্যদগী সৎ ওইবা জগৎ ওইরকই হায়না লৌই। মসিবু শ্রুতি মশামক্না অস্রুন্না ককথংলি—**"কথমসতঃ সজ্জায়েতেতি। সত্বেব সোম্যেদমগ্র আসাৎ"** (ছাঃ উঃ ৬ । ২ । ২) "মতৌ করম ওইনা শূন্যদগী সৎ জগৎ পোকপা ঙমগনি? হে সোমা! জগৎ অসি সৃষ্টিগী মমাঙদা সৎ ওইনা লৈরম্মী।"

বৌদ্ধশিংনা শ্রুতি অসিগী অভিপ্রায় নীংথিনা খঙদদুনা "অসৎ" কী অর্থ শূন্য হায়না লৌই। শ্রুতিগী অভিপ্রায়দি— "জগৎ **অসি** সৃষ্টিগী মমাঙদা অসৎ হায়বদি অব্যক্ত। Unmenifest ) ওইনা ( ফোঙদোক্তনা ) লৈরম্মী" হায়বনি। অদুগা গৌতম-কণাদগী মতুং ইন্না চৎপা দার্শনিকশিংনা জগৎকী উপাদান কারণবু পরমাণুশিংনি হায়না লৌই। পরমাণু কারণবাদ অসিবুসু বেদান্তদর্শনদা **"উভয়থাপি ন কর্ম্মাতস্তদভাবঃ"** (ব্রঃ সূঃ ২ । ২ । ১২) অসিনচিংবনা যুক্তি পীদুনা নীংথিনা ককথংলি। হৌজিক পরমাণু যুগ অসিদা পরমাণুশিং অসি নিত্য নত্তে, অনিত্যনি হায়বা অসিসু নীংথিনা খঙলে। মরমদি বৈজ্ঞানিকশিংনা পরমাণু ( Atom ) শিংবু থুগাইরগা মখোয়বু শক্তিগী ( Euergy ) মশক ওইনা লৌদুনা শাজিন্নরি। শক্তি

অদুদি পরমাত্মাগী অনির্বচনীয় শক্তি ওইবা মায়া নওনা অংেম্না অমা নত্তে। মতৌ অসুম্না কপিল ঋষিগী সাংখ্যদর্শনগী মতুং ইন্না চৎপা দার্শনিকশিংগী প্রকৃতি পরিণামবাদপুস্ত—"ঈক্ষতের্না-শব্দম" (ব্রঃ সূঃ ১ | ১ | ৫) "রচনানুপপত্তেশ্চ নানুমানম্" (বঃ সূঃ ২ | ২ | ১) অসিনচিংখনা বেদান্তদর্শনদা নাংথিনা কক-থৎলি। মসি পুন্নমক অসি শুগাইনা ইরবদি লাইরিক অসি য়াম্না চাউখিবা ওারে, অদুগা জ্ঞানগী লম্বীদস্ত মদুনা থোইনা কান্নবা লৈরোই হায়না খন্দুনা ইজদ্রে।

মী পুন্নমকী পূক্লিংদা জগৎ-সত্যনি হায়না খঙদুনা লৈবা মরমদগী জগৎ মিথ্যানি, মতম অহুম্মক্তা লৈতে—হায়বা বা অসি ওইথোক্তবগুম থোক্তুনা লৈ। জ্ঞানগী লম্বীদা জগৎ-সত্য ওইনা খঙদুনা লৈরবদি কদোইদদস্ত মীশিনা মশাগী (আত্মাগী) অশেংবা মশক ওইবা অদ্বিতীয় ব্রহ্মবু খঙবা ঙম্মোই। মরমদি "দ্বৈতামথ্যাত্বসিদ্ধি পুর্ব্বিকা অদ্বৈতাসিদ্ধিঃ" হায়বদি-- দ্বৈত জগৎ মিথ্যানি হায়না নীংথিনা খঙলবা মতুংদা অদ্বৈত ব্রহ্মবু নীংথিনা খঙবা ঙম্মী, নত্রবদি নীংথিনা খঙবা ঙমদে। মরম অসিনা জগৎ মিথ্যানি হায়বা অসি নীংথিনা খঙনবগীদমক মসিগী মরমদা খরা শুগাইনা অমুক হন্না বিচার তৌসি। যুক্তিদগী জগৎ মতম অহুম্মক্তা লৈতে হায়বা অসি সিদ্ধ ওইরবদি মীনা থাজগনি।

ব্যাবহারিক বিচার অমসুং পারমার্থিক বিচার হায়না, বিচার অসি অনী থোক্না খায়বা য়াই। ব্যবহারদা চৎনবিবা পোং

অমসুং থবরুচিংবগী মরমদা অফ-ফত্ত, অরাল-অচুইনচিংবা খঙ-ননবগীদমক তৌরিবা বিচারবু ব্যাবহারিক বিচার কৌই। অদুগা ব্যবহারদা চৎনরিবা পোৎশিং অসিগী অশেংবা তত্ত্ব করিনো হায়না থিদুনা মদু খঙননবা তৌরিবা বিচারবু পারমার্থিক বিচার কৌই। মরম অসিনা অপোবা ব্যাবহারিক মীৎয়েংদা য়েংদুনা বিচার তৌরবদি কদৌইদসু করিগুম্বা পোৎ অমগী অশেংবা তত্ত্ব ( Reality ) ঐখোয়না খঙবা ঙমলোই। মতুম তৌনা খঙবা ঙমলবদি হৌজিক কালগী বৈজ্ঞানিক ওইবা মীশিংনা চৎ-নরিবা পোৎশিং অসিগী মরু ওইবা তত্ত্ব খঙননবগীদমক শোধশালা ( Laboratory ) শারগা মদুদা ফম্লগা মখল মখা অয়াম্বা বিচার তৌদুনা যন্ত্রশিংগী মতেংদগী হোৎনবা অদু তৌরোইদবনি। মরম অসিনা অশেংবা তত্ত্বু খঙনিংবা মীশিংনা ব্যাবহারিক মীৎয়েংদা য়েংদুনা বিচার তৌবা থাদোক্লগা পারমার্থিক মীৎয়েংদা য়েংদুনা বিচার তৌগদবনি। মদুতদা অশেংবা তত্ত্ব খঙবা ঙমগনি। উদাহরণগী মশক ওইনা, ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী অতিং-নুংথিল নাইদনা শীজিন্নরিবা ঈশিং অসিবু লৌসি। ঐখোয়না উরিবা অমসুং শীজিন্নরিবা ঈশিং অসিগী অশেংবা তত্ত্বদি আক্সিজন গ্যাস ( Oxygen Gas ) অমসুং হাইদ্রোজেন গ্যাস ( Hydrogen Gas ) নি। আক্সিজন গ্যাস মশক মচু লৈতবা অমসুং মহাও-মনম লৈতবা অদুগা মীৎনা উবা ঙমদবা য়াম্না কুপ্পা তত্ত্ব অমনি, মতৌ অদুগুম্না হাইদ্রোজেনসু য়াম্না য়াঙবা মৈগী তত্ত্বনি। মসিবু শীজিন্নবদা চেকশিন্দ্রবদি ইখঙ

খওহৌদনা মডুদা মৈ হৌই, মডুনা চাক্কুনা মনাক্তা লৈবা মী শিবস্তু য়াই। মরম অসিনা মসিবু য়াম্না চেকশিন্না শীজিন্নৈ। গ্লাস অমদা হাইদ্রোজেন থম্লগা মডুবু থাগত্তুনা, চাক্লক্লিবা হাইদ্রোজেন অডুদা আক্সিজন গ্যাস য়ানশিন্লবদি মতম অডুমক্তদা ঈশিং ওই, গ্লাস থল্লা ঈশিং উগনি। ঈশিং অসি অমুক হন্না হাইদ্রোজেন অমস্তুং আক্সিজন গ্যাস ওইনা খাইদোকপস্তু য়াই। অশেংবা ঈশিংদা শরুক মাপল খায়রগা (থোক্লগা) শরুক অমা হাইদ্রোজেন লৈ অডুগা শরুক নীপাল আক্সিজন লৈ। মরম অসিনা বৈজ্ঞানিকশিংনা ঈশিংবু হাইদ্রোজেন অমস্তুং আক্সিজনদগী অতোপ্পা পোৎ অমনি হায়না লৌদে। মখোয়গী মীৎয়েংদা মতম অকুম্ভক্তা ঈশিং কৌবা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে। ঈশিং ওইদ্রিঙৈগী মমাঙদস্তু গ্যাস অনী অসিদ লৈ, ঈশিং ওইনা লৈবা মতমদস্তু গ্যাস অনীসিদ লৈ, মতুংদস্তু গ্যাস অনী অসিদমক লৈগনি। মরম অসিনা উরবস্তু অমস্তুং বাবহারদা শীজিন্নরবস্তু ঈশিং কৌবা গ্যাস অনী অসিদগী অতোপ্পা পোৎ মতম অকুম্ভক্তা লৈতে। মতৌ অস্তুম্না নুংশিৎ অসিস্তু নাইট্রোজন গ্যাস (Nitrogen Gas) অমস্তুং আক্সিজন নত্তনা অতোপ্পা পোৎ অমা নত্তে। অশেংবা নুংশিত্তা শরুক চামা খায়রগা (থোক্লগা) শরুক ২১ আক্সিজন লৈ অডুগা শরুক ৭৯ নাইট্রোজন লৈ। অরাংবা মফমদা নুংশিত্তা আক্সিজন খরা য়াংনা লৈ; মডুদগী অরাংবা মফমদা মুংশাস্বর হোনবা য়াম্না রানা থোকই। মরম অসিদগী অরাংবা চীং কাবনচিংবা মতমদা মীনা আক্সিজন পুডুনা

চৎলি। মতৌ অস্তম্না হায়রিবা তত্ত্ব অনী অসি নত্তুনা মুংশিং কৌবা অতোপ্পা পোৎ অমা মতম অহুম্মক্তা লৈতে।

পাঁরিবা উদাহরণ অনী অসি য়াম্না কূপ্পা রা ওইবদগী সাধারণ ওইবা মীনা নীংথিনা খঙদবস্তু য়াই। মরম অসিনা লৌকিক অপোবা উদাহরণ অমা লৌদুনা য়েংসি ঐখোয় মী খুদিংমক্লা অহিং-মুংথিল নাইদনা ফি হায়না কৌবা পোৎ অমা শীজিন্নদুনা লৈ; মদু হকচাংদা শেন্দ্রবদি মপাল থোকপা ফাওবস্তু তৌনদে। ফি অসিবু ঐখোয়না লৈ হায়নদা খঙই, লৈতে হ য়না কদৌ হৈউদস্তু খঙদে। অদুবু অশেংবা মিৎয়েংদা য়েংলবদি ফি অসি মতম অহুম্মক্তা লৈতে। ফিদা ঐখোয়না মুন্না য়েং-শিল্লবদি মযুং মফেল ওইনা লৈরিবা লংশিং অদুদগী অতোপ্পা ফি কৌবা পোৎ অমা উবা ফংলোই। মযুং মফেল ওইবা লংশিং অদুবু ঐখোয়না ফিনি হায়না শীজিন্নৈ। শীজিন্নবা মতমদা ঐখোয়না ফি উই, ফি লৈ হায়না খঙই, লং উদে, লং লৈ হায়না খঙদে। অদুবু অশেংবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা বিচার তৌরবদি অজ্ঞানবদস্তু লং ঙাক্লা ( লং তমক ) লৈরমই, ফি লৈরমদে, ফি উদুনা লৈবা মতমদস্তু মযুং মফেল ওইনা লৈবা লং নত্তুনা ফি কৌবা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে, মতুংদস্তু লং নত্তুনা ফি লৈরোই। মরম অসিনা ফি অসি উরবস্তু অমস্তুং ব্যবহারদা শীজিন্নরবস্তু থাঙ্গশেংনমক্তি মতম অহুম্মক্তা লৈতে। মদুদি উপাদান কারণ ওইবা লংশিংদা আরোপ তৌদুনা ঐখোয়না ফিনি হায়না খঙনৈ অমস্তুং শীজিন্নৈ। অসিগুম্বা পোৎশিং অসিবু বেদান্তদা

মিথ্যা হায়না কৌই। মিথ্যা ওইবা পোৎ মাবু আরোপ তৌদুনা থম্লিবা আশ্রয় হায়বদি অধিষ্ঠান ( Substratum ) ওইবা পোৎ নত্তুনা অতোপ্পা পোৎ অমা নত্তে। অধিষ্ঠানগী সত্তা (being) লৌদুনা মাস্ত লৈ হায়না উবদনি। মতোন্দা অধিষ্ঠান সত্তা নত্তুনা অতোপ্পা সত্তা লৈতে। অমরোমদা হায়রগা উপাদান কারণগী সত্তা নত্তুনা কার্য্যগী অতোপ্পা সত্তা লৈতে। মরম অসিনা কার্য্য মিথ্যানি, অদুগা উপাদান কারণ সত্যনি। লেঙলি পাল্লিবা সংসার অসিদা থবক ওইনা পরিণাম ওইদুনা লৈরিবা পোৎ পূম্নমক অসিদা অমনা অমগী উপাদান-উপাদেয় ওইদুনা লৈরবস্তু মখোয় পূম্নমক অসি থবক ( কার্য্য ) ওইবা পরিণাম ওইবা মরমদগী মখোয় পুম্নমক্কী মূলতত্ত্ব ওইবা উপাদান কারণ অমা শোয়দনা লৈগনি। অসিগুম্বা মূলতত্ত্ব উপাদান কারণবু বেদান্তদা ব্রহ্ম কৌই। মতোন্দা আরোপ তৌদুনা উবা মরমদগী মাগী সত্তাদগী লেঙলি-পাল্লিবা জগৎ অসি লৈ হায়না থঙনৈ। থাঙ্গৎশেংবমক্কি মূলতত্ত্ব ব্রহ্ম নত্তুনা জগৎ মতম অতোপ্পা লৈতে। হায়রিবা মূলতত্ত্ব ওইবা ব্রহ্ম অসি জীবগী অশেংবা মশক্কি: সংসারদা অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা অন্তঃকরণ উপাধি লৈবা মরমদগী মীনা ব্রহ্মদগী মশাবু অতোপ্পনি হায়না খঙবনা লৈবতনি। জ্ঞান লৈরবা মতমদদি মহাক কদোম্নুংদস্তু ব্রহ্মদগী অতোপ্পনি হায়না খঙলোই।

ছান্দোগ্য উপনিষৎতা হায়রিবা মূলতত্ত্ব ব্রহ্ম অসিবু য়াম্না নীংথিনা তাকলি। উদ্দালক ঋষিগী মচা শ্বেতকেতুনা গুরুকুলদা

চহী ১২ লৈদুনা বেদ-শাস্ত্রনচিংবা ধর্মগী লাইরিক পুম্নমকপু নীং-থিনা তম্লগা চহী ২৪ শুবা মতমদা মযুমদা হল্লকই। মহাক্না মশামকপু লাইরিক-লাইশু য়াম্না খঙবা মীনি হায়না খন্দুনা লাই-গুরু, অহল-লমন, মনা-মপানচিংববু য়াম্না উশিংদুনা চাউ-থোক্লুনা লৈ। মদু উরগা নোংমা উদ্দালক ঋষিনা মচা-নুপান্দা অসুম্না হায়—

**"শ্বেতকেতো যন্নু সোম্যেদং মহামনা অণূচানমানী স্তব্ধোঽসি, উত তমাদেশ—মপ্রাক্ষ্যঃ? যেনাশ্রুতং শ্রুতং ভবতি, অমতং মতম, অবিজ্ঞাতং বিজ্ঞাতমিতি"।**

(৬।১।২, ৩)।

"হে য়েংবদা নুংশিবা শ্বেতকেতু' নহাক বেদনচিংবা লাই-রিক-লাইশু য়াম্না খঙবা, পূক্নিং চাউবা অমসুং য়াম্না চাউথোকপা অমা ওইনা উই। নহাক্না গুরুদগী অসিগুম্বা উপদেশ অম পংলম্বরা? মদুদগী নাকোংনা তাদবা পোৎসু তাবা ওই, পূক্নিংনা নীংদবা পোৎসু নীংবা ওই, অদুগা খঙদবা পোৎসু খঙবা ওই।"

মসিদা শ্বেতকেতুনা মসি করম ওইনা ওইবা য়াগনি হায়না হংলবদা উদ্দালকনা দৃষ্টান্ত পীদুনা অসুম্না হায়—

**"যথা সোম্যৈকেন মৃৎপিণ্ডেন সর্বং মৃন্ময়ং বিজ্ঞাতং স্যাৎ বাচারম্ভণং বিকারো নামধেয়ং মৃত্তিকেত্যেব সত্যম্।"** (৬।১।৪)।

"মতুদা দৃষ্টান্ত অসিনি হে সোম্য! লৈপাক মপৈ অমা খণ্ডলগা লৈপাক্কা শাবা পোৎ পুম্নমক খণ্ডবা উম্মী, মরমদি লৈপাক্কা শারিবা পোৎ পুম্নমক অদু লৈপাক ওাক্তনি, লৈপাক্তগী অভোপ্পা নত্তে, মখোয়গী মওং-মভৌ অমস্তুং মিং অদুদি মীনা হায়-নবদনি, অশেংবদি লৈপাকমক্তনি।"

মতৌ অসুম্না মখল মথা অয়াম্বা দৃষ্টান্তনা উদ্দালক্কা মচাবু তাক্লবদা শ্বেতকেতুনা অসুম্না হায়—"হে ইপা! ঐখোয়গী গুরুশী অদু বিদ্যা অসিবু খঙদমাল্লে হায়না নীংই; মহাক্কা খঙলবদি ঐবু শোয়দনা বিদ্যা অসিবু তাকপীরমগদবনি, অদুবু মহাক্কা তাক-পীরমদে। মরম অসিনা নহাক্কা ঐবু বিদ্যা অসি তাকপীয়ু। হা অসি তারগা উদ্দালক্কা অসুম্না হায়বা হৌই—

**"সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেকমেবাদ্বিতীয়ম্। তদ্ধৈক আহুরসদেবেদমগ্র আসীদেকমেবাদ্বিতীয়ম্, তস্মাদসতঃ সজ্জায়ত। কুতস্তু খলু সোম্যৈবং স্যাদিতি হোবাচ কথমসতঃ সজ্জায়েতেতি। সত্ত্বেব সোম্যেদমগ্র আসীদেক মেবাদ্বিতীয়ম্।** (৬।২।১, ২)।

"হে সোম্য! ঐখোয়না উরিবা জগৎ অসি সৃষ্টিগী মমাঙদা অনীশুবা লৈতবা অমতা ওইবা সৎ ওইনা লৈরম্মী। মসিদা কনা কনাগুম্বনা অসুম্না হায়—জগৎ অসি সৃষ্টিগী মমাঙদা অনী-শুবা লৈতবা অমতা ওইবা অসৎ ওইনা লৈরম্মী, অসৎ অদুদগী সৎ জগৎ অসি পোকই। অদুবু হে সোম্য! মসি করম্না ওইবা য়াগনি? করম তৌনা অসৎতগী সৎ পোক্তনি? মরম

অসিনা জগৎ অসি সৃষ্টিগী মমাঙদা অনীশুবা লৈতবা অমতা ওইবা সৎ ওইনা লৈরম্মী।"

**"তদৈক্ষত বহু স্যাং প্রজায়েয়েতি, তত্তেজোঽসৃজত....."**

(৬ | ২ | ৩)।

"সৎ অদুনা ( মায়া উপাধি লৌদুনা লৈরিবা পরমাত্মানা ) ঈক্ষণ ( সংকল্পগী মশক ওইবা বিচার ) তৌই—ঐ ময়াম ওইদুনা প্রজাশিং ওইগে। মতুদগী মহাক্না মৈবু শেম্মী। মৈ ওইদুনা লৈবা মহাক্না ঈশিং শেম্মী ...... ঈশিং ওইদুনা লৈবা মহাক্না পৃথিবীবু শেম্মী।"

হায়রিবা মৈনচিংবা অসি মাম্না কুপ্না তম্মাক্নশিংনি। মরম অসিনা মখোয়বু উরিবা জগৎ ওইনা শেমগে হায়বগীদমক মায়া উপাধি লৌদুনা লৈরিবা সৎ পরমাত্মানা অমুম্না সংকল্প তৌই -

**"তাসাং ত্রিবৃতং ত্রিবৃত মেকৈকং করবাণীতি।**
**সেয়ং দেবতে মাস্তিস্রো দেবতা অনেনৈব**
**জীবেনাত্মনাঽনুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরোৎ।"**

(৬ | ৩ | ৩)।

"মৈনচিংবা অহুম অসিগী অমমমদা অতোপ্পা অনী অনীদগী শরুক থরা থরা য়ানশিন্দুনা অমমমবু অহুম অহুম ওইহনগে। মতুদগী অহুম অহুম তিন্দুনা লৈরিবা মৈনচিংবা অহুম অসিগী মনুংদা সৎ পরমাত্মানা জীব অসিগী মশক ওইনা চঙলগা মিং অমসু মওং লৈবা জগৎ অসিবু শাই।"

মতৌ অসুম্না সৎ পরমাত্মাদা মায়ানা মরম ওইদুনা জীৎ-নচিংবা জগৎ পূম্নমক অসিবু আরোপ তৌরগা, উদ্দালকনা মচাবু অসুম্না হায় –

"সোম্যাহন্নেন শুঙ্গেনাপো মূলমান্বিচ্ছ, অদ্ভিঃ
সোম্য শুঙ্গেণ তেজো মূলমন্বিচ্ছ, তেজসা
সোম্য শুঙ্গেণ সন্মূলমন্বিচ্ছ, সন্মূলাঃ সোম্যেমাঃ
সর্ব্বাঃ প্রজাঃ সদায়তনাঃ সৎপ্রতিষ্ঠাঃ॥ স য
এষোহণিমা, ঐতদাত্ম্যমিদং সর্ব্বম্, তৎ সত্যং
স আত্মা, তত্ত্বমসি শ্বেতকেতো ইতি॥"

(৬।৮ ৮, ৭

"হে য়েংবদা নুংশিবা শ্বেতকেতু! পৃথিবী ওইবা কার্য্য (থবক) অসিদগী নহাক (না), মহাক্কী উপাদান কারণ ঈশিংবু থিয়ু (ঈশিং নত্তনা পৃথিবী লৈতে হায়না খন্ডু), ঈশিং ওইবা কার্য্যদগী মাগী উপাদান কারণ মৈবু থিয়ু, অদুগা মৈ ওইবা কার্য্যদগী মাগী উপাদান কারণ সৎপু থিয়ু। হে সোম্য! প্রজা পুম্নমক অসিগী মূলকারণ (Fundamental Cause) সৎনি। সৎতা চঙজত্তুনা মখোয় লৈরিবনি, সৎ মখোয় পুম্নমকী আধার (অধিষ্ঠান) নি। হায়রিবা সৎ পরমাত্মা অসি মশা কুপ্না পোৎনি, লেপ্তলি পাল্লিব। পুম্নমক অসি সৎ স্বরূপনি (সৎতগী অতোপ্পা নত্তে), সৎ অদু সত্যনি (মতম অতোপ্পগা মাওবা লৈতে), মদু আত্মানি, হে শ্বেতকেতু! সৎ অদু নহাকমক্নি।"

মতৌ অস্তুম্না উদ্দালকনা মথল মথা অয়াম্বা উপায় লৌদুনা অমস্তুং দৃষ্টান্ত পীদুনা শ্বেতকেতুবু সৎ অদ্বিতীয় ব্রহ্মবু খঙহনবদা ছান্দোগ্য উপনিষৎকী ৬ শুবা প্রপাঠক লোই। মানা মাপল্লক অদুদা শ্বেতকেতুবু "তত্ত্বমসি" গী উপদেশ পী। মসিদা উদ্দালকনা পোৎ পূম্নমকপু আরোপ তৌদুনা থম্নবা অধিষ্ঠানদি সৎনি হায়না হাকই। ভ্রম ওইবা মফমদা অধিষ্ঠানগী সামান্য ( General ) ওইবা শরুক ভ্রমগী বিষয় ( Object ) ওইনা উবা অমস্তুং খঙবা অসি নিয়মনি। খুদম ওইনা মাঙদা উরিবা পোৎশিংগী সামান্য ওইবা শরুক "মসি" সর্বনাম ( Pronoun ) নি; মরমদি—মসি লাইরিকনি, মসি চক্নি, মসি শঙ্গোমনি—অসিনচিংবা মাঙদা উরিবা পোৎ পূম্নমকীদমক "মসি" সর্বনাম শীজিন্নৈ। মরম অসিনা মাঙদা উরিবা থোরীবু "মসি থোরীনি" হায়না খঙদ্রবস্তু মতুগী সামান্য ওইবা "মসি" সর্বনামবু খঙদুনা অমস্তুং উদুনা "মসি লিলনি" হায়না ভ্রম ওই। মতৌ অস্তুম্না জগৎ ভ্রমগী অধিষ্ঠান ওইদুনা লৈরিবা সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী সামান্য ওইবা শরুক 'সৎ' ( Being ) অসি ভ্রমগী বিষয় জগৎকী পোৎ পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা মরমদগী ঐখোয়না লাই-রিক সৎনি ( লাইরিক লৈ ), ফি সৎনি ( ফি লৈ ) চক্ সৎনি ( চক্ লৈ ) অসিনচিংবা শীজিন্নৈ : লৈরিবা পোৎ অদুবু অসৎনি ( লৈতে ) হায়দে। মরম অসিনা পোৎ পূম্নমক্তা অধিষ্ঠান ওইনা চঙদুনা লৈরিবা সৎপু খঙবা ঙম্মী। পোৎ অদুদগী ঐখোয়না সৎপু থাইদোক্কুনা য়েংলবদি পোৎ অদু মতম অহুম্মক্তা লৈতে।

মরম অসিদগী সৎতা আরোপ তৌডুনা উরিবা জগৎ অসি মিথ্যানি হায়বসি ঐখোয়না নীংথিনা লেপ্পা ওস্মী।

তৈত্তিরীয় উপনিষৎতস্তু ম'য়া উপাধি লৌডুনা লৈবা পরমাত্মাদগী জগৎ পোকই হায়বা অসি তাকলি—

"তস্মাদ্বা এতস্মাদাত্মন আকাশঃ
সম্ভূতঃ আকাশাদ্বায়ুঃ, বায়োরগ্নিঃ, আগ্নেরাপঃ,
অদ্ভ্যঃ পৃথিবী।" (তৈঃ উঃ ২।১)।

"জীব অসিদগী অতোপ্পা অমা নত্তবা পরমাত্মাদগী অহানবদা আকাশতত্ত্ব (শব্দ তন্মাত্র) পোকই, আকাশদগী নুংশিংকী তত্ত্ব (স্পর্শ তন্মাত্র) পোকই, নুংশিংগী মৈগী তত্ত্ব (রূপতন্মাত্র) পোকই, অদুগা ঈশিংদগী পৃথিবী তত্ত্ব (গন্ধতন্মাত্র) পোকই।"

হায়রিবা তত্ত্ব (Element) মসিং অসি য়াম্না কুপ্পা পোৎশিংনি। মরম অসিনা ছান্দোগ্য উপনিষৎতা তাকপা পোৎ অহুম তিন্নবগী (ত্রিবৃৎকরণগী) মতৌগুম্না মফম অসিদস্তু পঞ্চীকরণ—হায়বদি মসিং অসিগী অমমমদা অতোপ্পা মরি মরিদগী শরুক খরা খরা লৌডুনা তিনশিল্লগা উরিবা জগৎ অসি ওইরকই। মথক্তস্তু নাইট্রোজন অমসুং আক্সিজন তিন্নগা নুংশিৎ ওই, অদুগা হাইড্রোজন অমসুং আক্সিজন তিন্নগা উরিবা ঈশিং ওই হায়বা অসি তাকখ্রে। হায়রিবা আকাশনচিংবা মসিং অসি মায়া (প্রকৃতি) গী অতোপ অতোপ্পা ফীবমগী পরিণামনি। মরম অসিনা মসিং অসি মখোয়গী পরিণামী উপাদান কারণ মায়াদগী অতোপ্পা

নত্তে। মায়াস্তু ব্রহ্মদা আশ্রিত ওইবা মরমদগী মাগী অতোপ্পা। সত্যা নৈতবা মরম্না অনীশুবা পোং অমা ওইদে। মতৌ অসুম্না লেইলি-পান্রিবা সংসার অসি উরবস্তু অমসুং ব্যবহারগী মতমদা নৈ হায়না খঙদুনা শীজিন্নরবস্তু, অসেংবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা বিচার তৌরবদি মতম অসুম্বক্তা নৈতবা মিথ্যা ওইবা পোংনি, অদুগা মাগী অধিষ্ঠান ওইবা ব্রহ্ম সুপ্পা অশেংবা পোৎনি হায়বা অসি শোয়দনা খঙবা য়াই।

---

## জ্ঞানগী উপায় অহুম

অশেংবা জ্ঞান অসি পরোক্ষ অমসুং অপরোক্ষ থেন্নবদগী অনীথোক্না খায়রি। অনী অসিগী মনুংদা অহানবদা, খঙদবা অমসুং মাঙদা নৈ হায়না উদবা পোংকী অশেংবা জ্ঞানবু পরোক্ষ জ্ঞান কৌই ; মতুদি—'ব্রহ্ম নৈ' অসিনচিংবা জ্ঞান অসি অশেংবা পরোক্ষ জ্ঞাননি। অনীশুবদা খঙলবা অমসুং মাঙদা নৈ হায়না উরিবা পোংকী অশেংবা জ্ঞানবু অপরোক্ষ জ্ঞান কৌই ; মতুদি "ব্রহ্ম ঐমক্কি" অসিনচিংবা জ্ঞান অসি অশেংবা অপরোক্ষ জ্ঞাননি। ব্রহ্ম ঐমক্কি হায়না অশেংবা অপরোক্ষ জ্ঞান ওইবা অসি নিব্বাণ মোক্ষ ফংনবগী হেতু ( মরম ) নি। জ্ঞান অসি ওইদ্রবদি নিব্বাণ মোক্ষ ফংবা য়াদে। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না তাকলি —

"তমেব বিদিত্বাঽতি মৃত্যুমেতি, নাঽন্যঃ পন্থা বিদ্যতেঽয়নায়।" (শ্বেঃ উঃ ৬। ১৫ )।

"ব্রহ্ম অদুবু ঐমক্লি হায়না খঙলগা অরা-অনা অমসুং শিথ-পোকপা নাইবা সংসার অসিদগী লাম্ভোকপা ঙম্মী, মসি নত্তা মোক্ষ ফংনবা অংংগাপ্পা লম্বী অমা লৈতে।" মরম অসিনা শ্রুতিনা জ্ঞান অসিবু ফংননবা উপায়সু অস্তুম্না তাকলি—

**"আত্মা বা অরে দ্রষ্টব্যঃ শ্রোতব্যো মন্তব্যো নিদিধ্যাসিতব্যো মৈত্রেয়্যাত্মনো বা অরে দর্শনেন শ্রবণেন মত্যা বিজ্ঞানেনেদং সর্ব্বং বিদিতম্।"**

(বৃহঃ উঃ ২।৪।৫)।

"যাজ্ঞবল্ক্যনা মাগী নুপী মৈত্রেয়ীদু অস্তুম্না হায়—অরে মৈত্রেয়ী! ঐ ব্রহ্মমক্লি হায়না আত্মাবু অশেংবা অপরোক্ষ জ্ঞান ওইদুনা শোয়দনা খঙগদবনি। মতুগী দমক আত্মাগী মরমদা শ্রবণ তৌগদবনি (তাগদবনি), মনন তৌগদবনি (পূক্লিংদা খল্লুনা বিচার তৌগদবনি), অদুগা নিদিধ্যাসন তৌগদবনি (আত্মাবু পূক্লিংদা ধ্যান তৌগদবনি)। অরে মৈত্রেয়ী! আত্মাগী অপ-রোক্ষ জ্ঞান ওইবদগী, আত্মাগী মরমদা তাবদগী, মাগী বিচার তৌবদগী অমসুং মাবু নীংথিনা খঙবদগী লেঙলি-পাল্লিবা সংসার পুম্নমক অসি খঙবা ঙমগদবনি।"

মসিদা আত্মাগী অশেংবা অপরোক্ষ জ্ঞান ওইননবগী দমক শ্রবণ, মনন অমসুং নিদিধ্যাসন অহুম অসিবু উপায় ওইনা তাক্লি। মরম অসিনা অহুম অসি করিনো হায়বা অসি খঙসি।

## জ্ঞানগী অহানবা উপায়—শ্রবণ

আত্মজ্ঞান ফংননবা খ্বাইদগী অথোইবা উপায় শ্রবণনি। অহানবদা আত্মা করিনো হায়বসি তাদনা কনাগুম্বা মী অমতনা আত্মাগী অশেংবা মশক মওং খঙবা ঙম্মোই। মপূক্লিং শেংবা অমসুং পুণ্য য়াম্না তৌরকপা মরমদগী লাইবক ফবা মীদি অতোপ্পা উপায় অমা তৌদ্রবসু শ্রবণ তৌবমক্তদগী অশেংবা আত্মজ্ঞানবু ফংবা ঙম্মী। মতুদগী মাগী জীবন অদু মহৈ য়াম্দুনা শিববা মতুংদা মতম পূম্নমক্কীদমক পরমব্রহ্মদা মহাক তিল্লী; পোকপা-শিবা নাইবা সংসার অসিদা অমুক হন্না লাক্তে—হায়বা অসি শাস্ত্রগী সিদ্ধান্তনি। শ্রবণ করিনো হায়বা অসিগী মরমদা—আত্মাগী মরমদা রা তাববু শ্রবণ কৌই, হায়বা অসি হায়দনা অথূপ্পা ৪া লৌদুনা শ্রবণগী মওংবু শাস্ত্রকারশিংনা অস্তুম্না হায়—

"অশেষবেদান্তানামদ্বিতীয়ে ব্রহ্মণি তাৎপর্য্যাবধারণং শ্রবণম্"—

"উপনিষৎ পূম্নমক অনীশুবা লৈতবা ব্রহ্মবু থাকপা নত্তনা অতোপ্পা বিসয় অমবু াক্তে—হায়না পূক্লিংদা নীংথিনা লেপ্পা অমসুং খঙবা ঙম্বা অসি শ্রবণনি।" উপনিষৎশিংগী মতুংদা সৃষ্টি, উপাসনা অমসুং কম্মনচিংবগী মরমদা য়াম্না ইরি। মতু পূম্নমক অদু অদ্বিতীয় ব্রহ্মবু খঙবা ঙম্নবা উপায় ওইনা ইবনি, মতুদা উপাসনা-নচিংবদা মখোয়গী অশেংবা অভিপ্রায় লৈতে—হায়না খঙবা অসি শ্রবণনি। মসি অফবা গুরু ফংদ্রবদি কনা অমতনা নীংথিনা গঙবা ঙমদে। নীংথিনা খঙবা অফবা গুরুনা তাক্লবতদা উপনিষৎকী অভিপ্রায় মীনা খঙবা ঙম্মী, অতুগা

আত্মাবু অদ্বিতীয় ব্রহ্মনি হায়বা অসিসু নীংথিনা খঙবা ঙম্মী। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না তাক্লি— **"আচার্য্যবান্ পুরুষো বেদ"**— "গুরু লৈবা মীনা আত্মাবু খঙই।" **"আচার্য্যাদ্ধৈব বিদ্যা বিদিতা"** — "গুরুদগী ব্রহ্মবিদ্যা খঙবা ঙম্মী।" মরম অসিদগী গুরুগী মফমদা আত্মজ্ঞানগীদমক চঙজো হায়বা অসি ংশেং-ংশেংনা শ্রুতিনা হায়রি— **"তদ্বিজ্ঞানার্থং স গুরুমেবাভিগচ্ছেৎ সমিৎপাণিঃ শ্রোত্রিয়ং ব্রহ্মনিষ্ঠম্"** (মুণ্ডঃ উঃ ১।২।১২)— "আত্মজ্ঞানবু ফংনীংবা মীনা খুত্তা অথেনপোং লৌদুনা (পুদুনা) শ্রোত্রিয় (উপনিষৎনচিংবা বেদান্ত শাস্ত্রবু নীংথিনা খঙবা) অমসুং ব্রহ্মনিষ্ঠ (ব্রহ্মবু সাক্ষাৎকার তৌদুনা লৈবা) গুরুগী মনাক্তা (মফমদা) চৎকদবনি।"

শ্রুতি অসিনা মসিবুসু তাক্লি—শুপ্না শ্রোত্রিয় অমসুং ব্রহ্মনিষ্ঠ ওইবা গুরুদনা অধিকারী ওইদুনা লাকইবা শিষ্য অদুগী আত্মাগী মরমদা চিংনবা পুম্নমকপু কোকহন্দুনা মাবু আত্মজ্ঞান পীবা ঙম্মী। মরমদি শ্রুতি অসিদা করম্বা গুরুগী মফমদা চঙজগদগে হায়বা অসি তাক্লবগীদমক "শ্রোত্রিয় অমসুং ব্রহ্মনিষ্ঠ" বিশেষণ (Adjective) অনী অসি গুরুগী পীরি। উপনিষৎ নচিংবা বেদান্ত শাস্ত্রবুদি নীংথিনা খঙদবা অদুগা অহানবদা তৌখিবা পুণ্যনা মরম ওইদুনা মপোক অসিদা ব্রহ্ম সাক্ষাৎকার তৌদুনা (ব্রহ্মনিষ্ঠ ওইদুনা) লৈবা গুরুনা লাকইবা শিষ্যবু মখল মখা অয়াম্বা প্রমাণ অমসুং যুক্তিশিং পীদুনা চিংনবা পুম্নমকপু কোকহল্লগা আত্মজ্ঞান পীবা ঙমদে; মরম অসিদগী গুরুগী

"শ্রোত্রিয়" বিশেষণ পীরিবনি। গুরুনা শ্রোত্রিয় ওইরবদি মখল মখা অয়াম্বা প্রমাণ অমস্তং যুক্তিশিং পীডুনা শিষ্যগী চিংনবা পুম্নমক কোকহনবা ঙমগনি। অদুগা শ্রোত্রিয় ওইরবস্তু ব্রহ্ম সাক্ষাৎকার তৌডুনা লৈবা গুরু নত্তবদি মহাক্না মশামক চিং-নবা লৈতনা শিষ্যবু আত্মাগী মরমদা নীংথিনা তাকপা ঙম্মোই। মরম অসিনা গুরুগী "ব্রহ্মনিষ্ঠ" বিশেষণস্তু পীরিবনি।

মফম অসিদা মসিস্তু খংবনা চম্মী—লৌকিক কালগী মীশিংনা সিদ্ধ গুরুবু থিডুনা লৈ। থাঙ্গশেংবমক্তি অসিগুম্বা মীশিং অসি আত্মজ্ঞানগীদমক সিদ্ধ গুরু থিবা নত্তে, মখোয়না গুরুগী সিদ্ধিদগী মানা পাম্বা, ফংদ্রিবা সংসারগী পোৎশিংবু পাম্মী, অদুগা অসিগুম্বা গুরুদগী মদুগী উপায় হংবা পাম্মী। অসিগুম্বা মীশিং অসি থাঙ্গশেংনমক আত্মজ্ঞানগী মতিকচাবা অধিকারী নত্তে। অদুগা সিদ্ধ ওইবা মী অদুস্তু শোয়দনা জ্ঞানীনি, নত্তগা জ্ঞানী ওইবা মী শোয়দনা সিদ্ধ ওইবা মীনি হায়বা অৱেপ্পা নিয়মস্তু লৈতে। মরমদি জ্ঞানগী লম্বী অমস্তং সিদ্ধি ফংনবা লম্বীদা য়াম্না খেন্নবা লৈ। জ্ঞানগী লম্বীদি জগৎপু অনিংবা অমস্তং মিথ্যানি হায়না লেপ্লগা অদ্বিতীয় ব্রহ্মবু মশা-মক্না খঙডুনা চৎকদবা লম্বীনি: মরম অসিনা সংসারগী পোৎ-শিংদা মিতৌবা লৈতে। অদুগা সিদ্ধি ফংনবা লম্বীদি জগৎপু সত্যনি হায়না লেপ্লুনা মদুগী মনুংদা লৈবা পোৎশিংবু ফংননবা অমস্তং খঙনবা চৎকদবা লম্বীনি। মরম অসিনা জ্ঞানগী লম্বীদা চৎনীংবা মীশিংগী মরমদা শ্রুতিনা অস্তুম্না হায়রি—

"পরীক্ষ্য লোকান্ কর্ম্মচিতান্ ব্রহ্মণো
নির্বেদমায়ান্নাস্ত্যকৃতঃ কৃতেন।"

(মুণ্ডঃ উঃ ১। ২। ১২)।

"কর্ম্ম তৌদুনা মতুগী মহৈ ওইনা ফংলিবা স্বর্গনচিংবা লোক পুম্নমক্কী পরিক্ষা তৌদুনা য়েংলগা (মখোয় অসি অনিত্য অমস্তং অরা অনা। য়াম্না নৈবা মফমনি, স্বর্গগী নিংথৌ ওইদুনা লৈবা ইন্দ্রনচিংবা পুম্নমকস্থ মতম মতমদা য়াম্না রানা লৈ—অসিনচিংবা বিচার তৌদুনা য়েংলগা), অদুগা নিত্য ওইবা মোক্ষ (অমৃতঃ) অসি অনিত্য কর্ম্মদগী (কৃতদগী) ফংবা য়াদে—হায়বা খঙদুনা ব্রহ্মজ্ঞান ফংনীংবা মীনা সংসারগী পোৎশিংবু পাম্মোইদবনি।"

অসিগুম্বা মীগীদমক শ্রুতিনা শ্রোত্রিয় অমস্তং ব্রহ্মনিষ্ঠ গুরুগী মনাক্তা চৎননবা তাক্লিবনি, সংসারগী পোৎশিংবু পামদুনা, মত ফংননবা হোৎনদুনা লৈবা মীশিংবু অসিগুম্বা গুরুগী মফমদা চৎলু হায়না তাক্তে। শ্রুতিগী অভিপ্রায় মসিস্থ নত্তে—"মখোয় য়ূম-কৈ, নচা-নশু, অহল-লমন, নুপী-নহা পুম্নমকপূ থাদোক্কুনা ব্রহ্মজ্ঞানী গুরুগী মনাক্তা চত্নুনা শিবা ফাওবা লৈয়ু।" মাগী অভিপ্রায়দি সংসারগী পোৎশিংদা থাজ্জশেংনমক "ঐগীনি" হায়বা ব্রাখল অসি থাদোক্কুনা নশাগী তৌফম থোকপা থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈরগা নশাগী "মশক" খণ্ডননবস্থ হোৎনৌ হায়বনি। ঐখোয়না ব্রাখল তৌরবদি নীংথিনা খণ্ডবা উমগনি—ঐখোয়না তৌজবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না সংসার অসিদা পোকপা মতমদা ঐগীনি হায়না কৌবা য়াবা পোৎ অমত্তা পুরক্তে, অদুগা

ফিংজুনা। লৈবা মতমদা "ঐগীনি ঐগীনি" হায়না। য়াম্না নুংশিজুনা খইনবা ঙমদনা থম্লিবা পোৎ অতুবু শিবা মতমদা ঐখোয়না পুত্না চৎপা ঙমদে। ফীবম অসিদা পোৎ অতু "ঐগীনি" হায়বা য়াগদরা? মরম অসিনা ঐখোয়না "ঐগীনি" হায়না লৈরিবা পোৎ পুম্নমকপু ব্যবহারগীদমক "ঐগীনি" হায়রবস্থ, থাক্লেশেংনমক "ঐগীনি" হায়বা অসিদি খল্লোইদবনি। মসিগী মরমদা মহাভারতকী অশ্ব-মেধ পর্বগী মনুংদা যুধিষ্ঠিরবু তাক্লুনা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা অস্তুম্না হায়রি—

**দ্ব্যক্ষরস্থ ভবেন্মৃত্যুঃ ত্র্যক্ষরং ব্রহ্ম শাশ্বতম্।**
**মমেতি চ ভবেন্মৃত্যুর্ন মমেতি চ শাশ্বতম্॥**

( অঃ ১৩। ৩ )।

"হে মহারাজ! ময়েক অনীদি মৃত্যু ( যম ) নি, অহুম ময়েক অহুমদি লেঙদনা লৈবা ব্রহ্মনি। "মম" (ঐগী) হায়বা ময়েক অনী অসি মৃত্যুনি, অহুমগা "ন মম" (ঐগী নত্তে) হায়বা ময়েক অহুম অসি লেঙদনা লৈবা ব্রহ্মনি।"

**ব্রহ্মমৃত্যু ততোরাজন্নাত্মন্যেব ব্যবস্থিতৌ।**
**মমত্বং যস্য নৈব স্যাৎ কিং তয়া স করিষ্যতি॥**

( অঃ ১৩। ৬ )।

"মরম অসিনা হে-রাজন! ব্রহ্ম অমসুং মৃত্যু অনী অসি মীগী পুক্নিংদা থুপ্পুনা লৈরিবনি। মী অতুগী পুক্নিংদা মমত্ব ( ঐগীনি হায়বা বাখল অসি ) লৈত্রবদি, মী অতুনা লেঙলি পাল্লিবা পৃথিবী অসিবু ফংলগা মপু ওইতুনা লৈরবসু, ফংতুনা

লৈরিবা পৃথিবী অহুনা মঙোন্দা করি তৌনগনি? হায়বদি পৃথিবী অহুদগী মহাক্কী অপূনবা করি অমতা লৈতে।"

**অথবা বসতঃ পার্থ বনে বন্যেন জীবতঃ।**
**মমতা যস্য দ্রব্যেষু মৃত্যোরাস্তে স বর্ত্ততে॥**

(১৩।৭)

"হে পার্থ যুধিষ্টির! মসিগী ওন্ন-তৈননা, মী অহুনা উমংদা লৈহুনা উমংদা ফংবা উনা-শীংনানচিংবা চারগা হিংহুনা লৈর-বস্যু সংসারগী পোংশিংদা মাগী মমতা (ঐগীনি হায়বা রাখল) লৈরবদি মৃত্যু (যম) গী মচিন্দা লৈরিবনি।"

শ্রীভগবান্না তাক্লিবা রাহৈশিং অসিদগী ঐখোয়না নীংথিনা খঙবা ওম্মী, মহুদি—মপালথোংগী থাদোকপা অসি অশেংবা থাদোকপা নত্তে, অশেংবা থাদোকপদি সংসারগী থবক পুম্নমক তৌহুনা যূম পান্দুনা লৈরবস্যু সংসারগী পোৎশিংদা ঐগীনি হায়বা রাখল থাদোকপা অসি অশেংবা থাদোকপনি। নিয়ম কায়দনা মাগী তৌগদবা থবক পুম্নমক তৌহুনা লৈরবস্যু পূক্নিং শেংবা মরমদগী মী অদু জ্ঞানগী লম্বীদা নীংথিনা চৎপা ওম্মী। মমাঙৈদা হৌখিবা মুণি ঋষিশিংগী মনুংদস্যু অয়াম্বদি যূম-কৈ পান্দুনা মচা-মশূ পোক্নুনা লৈরম্বা ঙাক্তনি। উপনিষৎকী মনুংদা জ্ঞানগী উপদেশ পীরিবা উদ্দালক, যজ্ঞবল্ক্যনচিংবা ঋষি পুম্নমক অসি যূম পান্দুনা লৈরম্বা ঙাক্তনি। নারদ, দুর্বাসা, সনৎকুমারনচিংবা খরদংদদি যূম-কৈ পান্দুনা লৈরমদে। মিথিলাগী নিংথৌ জনক জ্ঞানীশিংগী মনুংদা অথোইবা, জ্ঞানী অমা

ওইরম্মী। মহাক হিংদুনা লৈরবস্থ বিদেহ (হকচাং লৈতবা) জনক হায়না ফাওখি। মহাক, নিংথৌ ওইবগী মরমদগী লৈবাক শাকপনচিংবা থবক পুন্নমক তৌদুনা লৈরবস্থ অমসুং কোন্নংদা মহারাণী কয়ামুক থমদুনা যুনবানবগী থবক পুন্নমক তৌদুনা লৈরবস্থ করিগুম্বা সংসারিক পোৎ অমদা ৎগীনি হায়বা রাখল তৌরমদে অদুগা মশাবু (আত্মাবু) অকর্তা অভোক্তানি হায়না নীংথিনা খঙদুনা লৈরম্মী।

মরম অসিদগী মখোয়গী মতুং ইন্দুনা মীগী কান্নবগী অফবা থবক তৌদুনগা লৈরগা অমসুং ফজবা থবক থাদোক্লগা যুম-ংক পান্দুনা লৈবা অসি জ্ঞানগী লম্বীদা চৎনীংবা মীশিংগী করিমত্তা লায়দে। জ্ঞানগী লম্বী অসি বিচার প্রধাননি—হায়বদি মরু ওইনা আত্মাবু খঙননবা বিচার (অচুম অরান রাখল) তৌবনি। বিচার অদু নীংথিনা তৌবা ঙম্নবগীদমক শ্রোত্রিয় অমসুং ব্রহ্মনিষ্ঠ গুরুগী মনাক্তা চত্তুনা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী মরমদা চিংনবা কোক্লনবা শ্রবণ তৌবা অসি অথোইবা উপায়নি হায়না শ্রুতি মাথানা তাকপনি।

---

## জ্ঞানগী অনীশুবা উপায়—মনন্।

আত্মাবু নীংথিনা খঙনবা অথোইবা উপায়, শ্রবণনি হায়বা অসি মথক্তা তাকখ্রে। হৌজিক অনীশুবা উপায় মনন করিনো হায়বা অসি খঙসি। শাস্ত্রকারশিংনা মননগী মওং অসুম্না হায়—

"শ্রুতস্য অদ্বিতীয়বস্তুনো বেদান্তাহনুগুণ
যুক্তিভিরনবরতমনুচিন্তনং মননম্।"

"গুরুগী মচীন্দগী তাদুনা লৈরিবা অনীশুবা পোং লৈংবা অমস্তুং আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী মরমদা বেদান্ত প্রমাণগা মতুং ইন্না চৎপা যুক্তিশিংনা বিচার তৌদুনা লৈবা অসি মনন্নি।

মসিদা যুক্তিশিং অদু বেদান্ত (শ্রুতি) প্রমাণগী মতুং ইন্না চৎপা থিদুনা অদ্বিতীয় ব্রহ্মগী বিচার তৌগদবনি হায়রি। মসিগী মরমদি প্রমাণ য়াওদনা শুপ্না যুক্তিশিংদগী করিগুম্বা পোং অমগা নীংথিনা খঙবা ঙমদে। পোং অদুগী প্রমাণ ফংলবদা পোং অদুবু খঙনবা নত্রগা ফংনবা যুক্তি থিদুনা বিচার তৌবা অসি ব্যবহারদসু চৎনরিবনি। পোং অমা লৈ হায়বা প্রমাণ ফংদনা যুক্তিদনা পোং অদু ফংনবা অমস্তুং খঙনবা হোৎনববদি লৈদোইঙদসু মহৈ য়ানবা ঙমদে। মরম অসিদগী কনাগুম্না মরৈ য়েংপা হৈবা অমনা মাগী মরৈদগী প্রমাণ লৈতবা করিগুম্বা বা অমা সিদ্ধ তৌরবসু মঙোন্দগী থোইনা হেন্না মরৈ লৈংবা অমা লাকলবদি মাগী অহানবগী মরৈ অদু ককথত্তুনা অরেস্পদা তাহল্লি, অকোনবগী মরৈ অদু চুম্বগুম উই। মসি প্রমাণ য়াওদবা

মরৈ পূন্নমক্কী মওংনি। মরম অসিনা ব্রহ্মসূত্রকার বেদব্যাসনা অসুম্না হায়রি—

"তর্কাপ্রতিষ্ঠানাদপি" (ব্রঃ সূঃ ২।১।১১) "প্রমাণ য়াওদনা তর্ক তৌবা অসি (মরৈ য়েৎপা অসি) মতীক লৈতবা মরমদগী বেদান্ত প্রমাণনা তাকপা ব্রহ্ম জগৎকী কারণনি হায়বা অসি সিদ্ধ ওই।" মরম অসিনা শ্রুতি প্রমাণগী মতুং ইন্না চৎপা যুক্তিশিংনা শ্রুতিনা তাকপা রাদগী ওন্ন-তৈনবা রাশিংবু কনথত্তুনা মশাগী মশক ওইবা অদ্বিতীয় ব্রহ্মবু খঙননবা হোৎনবা অসি মোক্ষ পান্না মীশিংনা শেম্বদনা তৌগদবনি। মতৌ অসুম্না তৌদুনা লৈরবদি অদ্বিতীয় ব্রহ্মগী মরমদা মাগী থাজবা অদু নোংম-নোংমগী হেনগৎলত্তুনা নোংমদি শোয়দনা আত্মাগী অশেংবা জ্ঞান ফংবা ঙমগনি। মনুনসু মসিগী মরমদা অসুম্না তাকলি—

**আর্ষং ধর্ম্মোপদেশঞ্চ বেদশাস্ত্রাঽবিরোধিনা।**
**যস্তর্কেণাঽনুসন্ধত্তে স ধর্ম্মং বেদ নেতরঃ॥**

(অঃ ১২।১০৬)।

"মী অদুনা ঋষিশিংনা তাকপা রা অমসুং ধর্ম্মগী উপদেশশিংবু বেদগী অবিরোধী মতুং ইন্না চৎপা তর্কনা বিচার তৌরগা থিদুনা লৈ, মহাক্না অথূপ্পা ধর্ম্মবু খঙবা ঙম্মী, অতোপ্পা মীদি খঙবা ঙমদে।

মরম অসিনা হৌজিক বেদান্তনা তাকপা আত্মতত্ত্বগী মরমদা বিচার তৌদুনা মনন করমনা তৌবা হৌনৈ হায়বসি খঙসি। বেদান্তনা অনীশুবা পোৎ লৈতবা অশেংবা পরমব্রহ্মমক আত্মতত্ত্বনি হায়বা অসি "তৎত্বমসি" নচিংবা রাহৈশিংদগী তাকই। পরব্রহ্মদি

তাইবঙপানবা পুম্নমক্কী অধিষ্ঠান ওইদুনা মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈ। মশাক ঐখোয় পুম্নমক্কী আত্মা ওইরবদি আত্মাস্থ মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈ, ঐখোয় অমমমদা তোপ্প-তোপ্পা আত্মা লৈতে, ঐখোয় পুম্নমক্কী আত্মা অমতনি, ময়াম নত্তে হায়বা অসি শ্রুতি প্রমাণনা সিদ্ধ ওই। অদুবু সাধারণ ওইবা মীশিংনা আত্মাবু তোপ্প-তোপ্পা খণ্ডনরি, অদুগা হকচাংগী রাংবা চাউবা অদুদা আত্মাগীস্থ রাংবা চাউবনি লেপনরি; আত্মা, হকচাং খুদিংদা তোপ্প-তোপ্পা লৈবদগী অরা-মুংঙাইনচিংবস্থ তোপ্প-তোপ্পা ওই হায়বা অসিস্থ খণ্ডনরি। আত্মা মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা অমতা ওইনা লৈরবদি অরা-মুংঙাইনচিংবদা খেন্নরিবসি কৈদৌ-কৈদস্থ ওইবা য়াদে। সাধারণ ওইবা মীশিংদা নত্তনা লৌশিং শিংবা অমস্থং দার্শনিক ওইবা মী কয়ামুক্তা (রামানুজ সম্প্রদায়গী বৈষ্ণব কয়ামুক্তা) আত্মাবু অণুনি হায়বদি অণু (Atom) গা মান্নবা পীকপনি অদুগা অনন্তনি (মশীং লাকপা ঙমদবনি) হায়না য়াদৈ। মসিদা মখোয়না শ্রুতি প্রমাণশিংবুস্থ অস্থম্না পীরি—

"এষোঽণুরাত্মা চেতসা বেদিতব্যঃ" (মুণ্ডঃ উঃ—(৩।১।৯)

"অনুগা মান্নবা পীকপা আত্মা অসিবু পুক্লিংনা খঙগদবনি।"

"বালাগ্রশতভাগস্য শতধা কল্পিতস্য চ। ভাগো জীব স বিজ্ঞেয়ঃ" (শ্বেতঃ উঃ ৫। ৯) "শম মতোনবু শরুক চামা থোক্লা খায়রগা শরুক অমমুক্তা চাউবা জীবনি হায়না খঙগদবনি।"

অস্থুক য়াম্না পীকপা জীব অসি হকচাংগী করম্বা মফমদা লৈ হায়বসিদস্থ শ্রুতিগী প্রমাণ পীদুনা মখোয়না হায়রি—

**"হৃদি হ্যেষ আত্মা"** (প্রশ্ন উঃ ৩।৬) "আত্মা অসি থম্মোয়দা লৈ।" **"স বাত্রষ আত্মা হৃদি"** ( ছাঃ উঃ (৮।৩।৩) "আত্মা হৃদয়দা লৈ।" অদুগা জৈন দার্শনিকশিংদি জীববু হকচাংগী ৱাংবা-চাউবগা চপ মান্ননা ঙাকই। ঐখোয়গী আস্তিক-দার্শনিক-নৈয়ায়িক, বৈশেষিক, সাংখ্য অমসুং পাতঞ্জলশিংদি জীববু বিভু ( ব্যাপক ) অমসুং অনন্তনি ( মশীং লাকপা ঙমদে ) হায়না য়াই। মরম অসিনা অশেংবদা জীবগী মওং করিনো হায়বা অসি নীংথিনা বিচার তৌবা তাই।

সংসার অসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্কী পাক চাউবা অসি চাউরাক্কা অহুম থোক্কা খায়বা য়াই—অণুপরিমাণ, মধ্যমপরিমাণ অমসুং ব্যাপকপরিমাণ। অহুম অসিগী মনুংদা—অণুগা মান্নবা পাক-চাউববু অণুপরিমাণ কৌই। মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা পাক-চাউববু ব্যাপক পরিমাণ কৌই। অদুগা অণুপরিমাণ অমসুং ব্যাপকপরিমাণ অনী অসিগী মরক্তা লৈবা পাক-চাউবা পুম্নমকপু মধ্যমপরিমাণ কৌই। পরিমাণ অহুম অসিগী মনুংদা জীবগী পাক-চাউবা মওং অণুপরিমাণনি হায়রবদি জীব শোয়দনা অনিত্য ( মাঙবা লৈবা পোৎ ) ওইগনি, মাবু নিত্যনি হায়বা য়ারোই মরমদি—"যৎ **পরিচ্ছিন্নম্, তৎ অনিত্যম্ যথা ঘট**ঃ" হায়বদি মফম অমদা লৈবা ( মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈতবা ) পোৎ অনিত্যনি ( মাঙগদবা পোৎনি ), মদুগী খুদমদি চফুনচিংবা অসিনি— হায়বা নিয়ম অসি লেঙদবনি। জীববু হকচাংগী মচেৎ থম্মোয়দা অণু পরিমাণ ওইদুনা লৈ হায়বসি য়ারবদি নিয়ম অসিগী

মতুং ইন্না মহাক শোয়দনা অনিত্য ওইগনি। অণু অনিত্যনি হায়বা অসি হৌজিক্কী মতমদা বৈজ্ঞানিকশিংনা অণুশিংবু থুগায়-রগা শক্তি ওইনা লৌবা অসিদগী নীংথিনা খঙবা ঙম্মী। মসিদা নত্তনা অণু ওইবা জীব থম্মোয়দা লৈবা মরম্না হকচাং থন্না লৈতবা মরমদগী হকচাং পূম্নমক্তা ওইবা অরা-অনা-নচিংবশিংবু মহাক্না (জীবনা) করম্না খঙবা ঙমগনি।

মসিদা জীববু অণুনি য়াবা মীশিংনা অসুম্না হায়—হরিচন্দনবু নৃঙদা তক্লগা লাইবক্তা নত্রগা লরাই লেমফৃদা তৈদুনা থমলবদি মত্র হকচাং পূম্নমক্তা শীন-থুংনা লৈবা ত্বক (উনশা) ইন্দ্রিয়গা লোয়ননা শম্নবা মরমদগী হকচাং পূম্নমকপু ঈংহল্লি, মতৌ অসুম্না অণু ওইবা আত্মা অসি থম্মোয়দা লৈরবসু হকচাং পূম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা ত্বক ইন্দ্রিয়গা লোয়ননা শম্নবা মরমদগী হকচাং পূম্নমক্তা ওইবা অরা-অনা পূম্নমক মহাক খঙবা ঙম্মী। নত্রগা থাউমৈ থানগৎতুনা য়ুমগী মচী অমদা থমলবসু মাগী মাগী মঙাল ওইবা গুণনা য়ুম পূম্নমক থুংনা ঙালহনবগী মতৌগুম্না থম্মোয়দা লৈবা আত্মাসু মাগী চৈতন্য গুণনা হকচাং পূম্নমক শীনথুংনা ঙালহন্দুনা হকচাং পূম্নমক্কী অরা-অনা খঙই অদুগা আত্মাগী চৈতন্য ওইবা গুণসু মনম মুংশিবা লৈনচিংবদগী মুংশিবা মনম চৎথোকপগুম্না আত্মাদগী চৎথোকপা য়াই; গুণ লৈবা পোত্তগী গুণ চৎথোকপা য়াদে হায়বা নিয়ম লৈতে।

মতৌ অসুম্না জীববু অণুনি হায়না য়াবা মীশিংনা হায়-রিবা পূম্নমক অসি, বিচার তৌহনা য়েংলবদি অচুম্বা অমতা

য়াওদে। মরমদি হরিচন্দনগী দৃষ্টান্তগী মতুং ইন্না হকচাং শিন্না লৈবা ত্বক ইন্দ্রিয়গা লোয়ননা শম্নদুনা থম্মোয়দা লৈবা আত্মাবু খোঙদা ৎিংখং য়ূদুনা অনাবা খঙবা অদু শুপ্না খোঙদদা খঙদনা হকচাং পূম্নমক্তা খঙবনা চুম্মী, মরমদি ত্বক ইন্দ্রিয় হকচাং পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈ, অদুবু খঙদে। মরম অসিদগী ত্বক ইন্দ্রিয়গা শম্নদুনা অনাবা খঙই হায়বসি চুমদে। অদুগা থাউমৈগী দৃষ্টান্ত লৌদুনা আত্মাগী চৈতন্য গুণ হকচাংদা শীনবা থুংনা লৈ হায়বা অসিসু চুমদে। মরমদি আত্মা মশামক চেতনগী (জ্ঞানগী মশক্তি), চৈতন্য মাগী গুণ ওইদুনা মতোন্দগী অতোপ্পা নত্তে। চৈতন্যবু আত্মাগী গুণনি হায়না লৌরবসু গুণ ওইবা মরমদগী আত্মাদগী অতোপ্পা মফমদা চৈতন্য-গুণ অসি চৎপা ঙম্মোই। গুণীবু (গুণ লৈবা পোৎপু) থাদোক্লুনা গুণনা মনীং তমনা অতোপ্পা মফমদা চৎপা অমসুং লৈবা ঙমদে। থাউমৈদগী চৎথোক্লিবা মঙাল অদুসু গুণ নত্তে, মদুদি থাঙ্গৈশেংবা তৈজস ওইবা (মৈদগী ওইরকপা) পোৎ অমনি। মরম অদুদগী ঐখোয়না মঙালদগীসু মৈদা লৈবা গুণ অশাবা ফংবা ঙম্মী। মঙাল মৈগী গুণ ওইরবদি মদুদা ঐখোয়না অশাবা ফংবা ঙম্মোই। মরমদি গুণদা গুণ লৈতে (গুণ অমদা অতোপ্পা গুণ অমা লৈতে) হায়বা অসি দার্শনিক পূম্নমক্না মত অমতা ওইনা য়ানরবনি। অদুবু মঙালদা মৈগী গুণ অশাবা ফংই, মরম অসিনা মঙাল অসি মৈ ওইবা পোৎনি, গুণ নত্তে। মনম নুংশিবা লৈদগী নুংশিবা মনম গুণ চৎথোকই হায়বা অসিসু চুমদে। মসিগী মরমদি গুণীদগী গুণ

চৎথোকপা ঊমদে হায়বা অসি তাকপ্রে। লৈগী অকুপ্পা কায়াৎ (Limbs) ম্নুংশিৎ য়েবদগী লৈদগী পাইথোকই। পাইথোক্লিবা মনম লৈবা কায়াৎশিং অদুগা লোয়ননা নাতোনগা থেংনবদগী ঐথোয়না মনম ফংবনি। লৈদগী শুপ্পা মনম থোক্লে। মরম অসিনা মনম ম্নুংশিবা ম্নুংশিৎ, মনম ম্নুংশিবা ঈশিং অসিনচিংবা হায়নবা অসি, মনম ম্নুংশিবা পৃথিবীগী অকুপ্পা শরুক মখোয়দা য়ানশিন্দুনা (তোংশিন্দুনা) লৈবা মরমদগী ভ্রম তৌদুনা হায়নবনি। মনম শুপ্পা পৃথিবীতদা লৈ। মরম অসিদগী বেদব্যাসনা অস্নুম্না হায়রি—

উপলভ্যাপ্সু চেদ্ গন্ধং কেচিদ্ ব্রূয়ুরনৈ পুণাঃ
পৃথিব্যামেবতং বিদ্যাদপো বায়ুঞ্চ সংশ্রিতম্ ॥

( মহাভারত শান্তি পর্ব্ব ২৩১/৩১ )

"ঈশিংদা মনম ফংলগা অপংবা মীশিংনা ঈশিংদা মনম লৈ হায়বনি, অশেংবমক্তি মনম পৃথিবীমাত্রদা লৈ, ঈশিং অমসুং ম্নুংশিত্রা মনম যংবদি পৃথিবী য়ানশিন্দুনা লৈবদগীনি।"

মতৌ অসুম্না বিচার তৌদুনা য়েংবদা জীব অসি অণুপরিমান ওইবা য়াদে। মরম অসিনা শ্রুতিনা—"**এষোঽণুরাত্মা চেতসা বেদিতব্যঃ**" অসিনচিংবা তাকপা অসি জীব অণুনি হায়বা নত্তে। আকাশ মফম পুম্নমক্তা লৈরবসু—আকাশ য়াম্না কুপ্পা পোৎনি হায়বগুম্না "আত্মা অসি য়াম্না কুপ্পা পোৎনি, মপান্থোংগী ইন্দ্রিয়-শিংনা উবা খঙবা য়াবা পোৎ নত্তে, মসিদি পুক্লিংদনা খঙগদবনি" তাকপনি। অদুগা "হৃদি হ্যেষ আত্মা" অসিনচিংবা হায়রিবা

অসিস্থ থম্মোয়দা আত্মা ফমদুনা লৈ হায়বা নত্তে; থম্মোয়দা মাবু নীংলবত্তদা পূক্লিংনা নীংথিনা খঙবা ঙম্বা মরমদগী থম্মোয়দা আত্মা লৈ হায়বনি।

জীব অণু ওইরবদি মথক্তা হায়খ্রিবা যুক্তিগী মতুং ইন্না শোয়দনা মাঙবা য়াবা পোৎ ওইগনি। অদুবু শ্রুতিনদি মাগী মরমদা অসুম্না হায়রি—"**জীবহপেতং বাব কিলেদং ম্রিয়তে ন জীবো ম্রিয়তে**" (ছাঃ উঃ ৬। ১১। ৩)—"জীবনা থাদোক্রবা হকচাং অসি শি, জীবদি শিদে।" "**ন জায়তে ম্রিয়তে বা বিপশ্চিৎ**" (কঠঃ উঃ ২। ১৮)— "জ্ঞান স্বরূপ আত্মা অসি পোক্তে অমস্তুং শিদে। "**তৎ সষ্ট্বা তদেবানুপ্রাবিশৎ**" (তৈঃ উঃ ২। ৬। ১)—"হকচাং অসিবু শেম্লগা পরমাত্মা মশামক হকচাং অসিগী মনুংদা চংখ্রে।" "**স এষ ইহ প্রবিষ্ট আনখাগ্রেভ্যঃ**" (বৃহঃ উঃ ১। ৪। ৭) "পরমাত্মা অসি হকচাং অসিগী মনুংদা খোঙদগী তোন ফাওবা (কোক ফাওবা) চঙহুনা লৈখ্রে।" "**স বা এষ মহানজ আত্মাহ জরোহ মরোহ মৃতোহভয়ো ব্রহ্ম**" (বৃহঃ উঃ ৪। ৪। ২২)– "অচৌবা (ব্যাপক ওইবা) অমস্তুং পোক্তবা, আত্মা অসি অরা-অনা লৈতবা, মাঙবা লৈতবা, শিবা লৈতবা অমস্তুং অকিবা লৈতবা ব্রহ্মনি।" মরম অসিদগী জীববু অণুনি হায়বা অসি চুমদে; মাগী অশেংবা মশক্তি মফম পূম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা ব্রহ্মনি।

জীববু মধ্যম পরিমাণনি (হকচাংগী রা-চাউবগী মতুং ইন্না চাউই) হায়বা অসিস্থ চুমদে। মসিদস্থ মথক্তা হায়খিবা অনিগা

ওইগদবা দোষ শোয়দনা লাক্কনি ; মরমদি শীনবা থুংনা লৈতবা মফম অমদা লেঙদনা লৈবা পোৎ অনিত্য ( মাঙগদবা ) ওই— হায়বা নিয়ম অসি মধ্যমপরিমাণ ওইবা পোৎতস্তু লৈ। মসিদা নত্তনা জীববু হকচাংগা মান্নবা রাং-চাউবনি হায়রবদি হকচাং অসিদি পোকপদগী শিবা ফাওবা অমত্তা ওইবা মওংদা লৈতবা মরম্না রাং-চাউবস্তু খেন্নবদগী আত্মাগী রাং-চাউবস্তু শোয়দনা মীৎকূপ মীৎকূপ খূদিংদা খেন্নগনি। অঙাং ওইরিবৈঙগী আত্মা অমত্তুং অহল ওইবা মতমগী আত্মা অমত্তনি হায়বা অসি য়ারোই। মসি মপোক অসিমক্তগী রা নত্তে, কর্ম্মগী মতুং ইন্না মপোক মপোক খূদিংদা অতোপ-অতোপ্পা হকচাং লৌডুনা আত্মা লৈবা মরমদগী করিগুম্বা কর্ম্ম অমগী মহৈ ওইনা মী অমা শিরবা মতুংদা শামুগী মপোক ফংবা থোকলবদি, শামুগী হকচাংদা মাগী আত্মা অদু থম্না লাকলোই, অদুগা অপীকপা ককচেংগী মপোক ফংলবদি মী অদুগী আত্মা অদু ককচেংগী হকচাংদগী মপান্দা লৈহৌবা তাই। দোষ অসিবু ঙাক্লনবগীদমক আত্মাগী মশীং লৈতনা কায়াৎ লৈ, মখোয় অদু রবড়গী মতৌগুম্না চাউথোকপা-পীকশিনবা ( Elastic ) ওইবা মরমদগী অচৌ-অপীক হকচাং ফংবদা অমত্তুং মত্তুদা চঙবদা করিমত্তা দোষ লৈতে। মদুগী খুদমদি— থাউমৈ অমা চফুগী মনুংদা থমলবদি চফু অদুগী মনুংতদা ঙান্দুনা লৈ, মদুগী মপান্দা ঙান্দে, অদুগা থাউমৈ অদু য়ুম অমগী মনুংদা থমলবদি মঙাল অদু য়ুম থম্না লৈ, মতৌ অদুগুম্না আত্মাসু অচৌ-অপীক হকচাং পূম্নমক্তা থম্না লৈ।

অদুবু মতৌ অমুম্না হায়রিবা মধ্যমপরিমাণবাদীগী যুক্তি অসিদা আত্মাগী মশাং নাইদনা লৈরিবা কায়াৎশিং অদুগী চাউ-থোকপা অমসুং পীকশিনবা অদু রবড়গী মতৌগুম্না ঙমথৈ লৈবরা নত্রগা লৈত্তবরা? ঙমথৈ লৈরবদি য়াম্না পীকপা হকচাং অমদা কায়াৎ পূম্নমক অদু করম তৌনা লাকপা ঙমগনি? অদুগা ঙমথৈ লৈতে হায়রবসু কায়াৎ অমতং লৈবা হকচাং অমদা চঙদুনা লৈবা আত্মাগীসু কায়াৎ অমতা ওইগনি, আত্মা অদুগী কায়াৎ য়াম্না লৈ হায়বা অসি য়াৰোই। কায়াৎ অমতা লৈবা আত্মা অদুগী অতোপ্পা মপোক অমদা অচৌবা হকচাংদা করম তৌনা কায়াৎ ময়াম ওইবা য়াগনি? হৌজিক্কী মতম অসিদা বৈজ্ঞানিকশিংনা কায়াৎ অমতা লৈবা জীবশিংবু সূক্ষ্মনিরীক্ষণ যন্ত্র (Microscope) না য়েংদুনা নীং-থিনা খঙলে। মসিগুম্বা জীব অসিবু মখোয়না অমেবা (Amoeba) কৌই। ঐখোয়না অশেংবনি হন্দুনা থকলিবা ঈশিং অসিদা মশাং নাইদনা অমেবা কৌবা জীব অসি লৈ। মদু মাইক্রোসকোপ্পা য়েংলবতদা নীংথিনা উবা ফংই। মখোয় অদুদা ঐখোয়গী মতৌগুম্না অতোপ-অতোপ্পা থবক্কীদমক অতোপ-অতোপ্পা কায়াৎশিং লৈতে; কায়াৎ অমত্তনা চাবা-থকপা চৎপা-ফায়বনচিংবা থবক পূম্নমক তৌই। মসিগুম্বা কায়াৎ অমতা লৈবা হকচাংদা লৈরিবা আত্মা অদু অচৌবা হকচাংদা চঙলগা করম তৌনা কায়াৎ য়াম্না লৈবা আত্মা ওইগনি? আত্মাগী কায়াৎশিং অদু লাকথোক-লাকশিন তৌদুনা লৈ হায়রবসু মখোয় অদু কদায়দগী লাকই অমসুং কদায়দা চৎখি হায়বা অসিগী পাউখুম শোয়দনা

পীবা তাই। অদুবু মসিগী পাউখুম পীবা ঙম্মোই ; মরমদি আত্মা ভৌতিক নত্তে (পৃথিবী-ঈশিং-মৈনচিংবদগী শাবা পোৎ নত্তে) ভৌতিক ওইরবগদা কায়াংশিং অদু লাকথোক-লাকশিন তৌবা ঙমগনি। মসিদা নত্তনা চফ্ অমস্তং যুমদা থম্বা থাউমৈগী দৃষ্টান্তগী মতুং ইন্না চফ্‌দা থম্বা থাউমৈ চফ্ মনুংবু য়াম্না ঙাম্বোক্লা থম্মী, অদুগা যুম মনুংদা থম্বা থাউমৈদি যুম মনুং অদুবু নীংথিনা ঙাম্বোক্তুনা থম্বা ঙমদে। মতৌ অদুগুম্না আত্মাসু অপীকপা হকচাংবু য়াম্না ঙাম্বোকনা থম্বা মরমদগী অপীকপা হকচাং ফংবা আত্মা খাইদগী হেন্না লৌশিং শিংবা ওইগনি, অদুগা মীনচিংবগী অচৌবা হকচাংদা লৈবা আত্মা অদুক-হাক্লা লৌশিং শিংবা ওইরোই—অসিনচিংবা দোষ য়াম্না লৈবদগী আত্মাগী পাক-চাউবা মওং মধ্যমপরিমাণনি হায়বা অসি লৌবা য়াবা রা নত্তে।

মতৌ অসুম্না অণু অমস্তং মধ্যমপরিমাণ আত্মাগী পাক-চাউবা মওং ওইবা য়াদে হায়বা অসি সিদ্ধ ওইরবদা লেমহৌরিবা ব্যাপক পরিমাণ (মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা পাক-চাউবা মওং) আত্মাগীনি হায়বা অসি সিদ্ধ ওইগনি। অদুবু ন্যায়-বৈশেষিক, সাংখ্য অমস্তং যোগদর্শনবু লৌদুনা চৎপা দার্শনিকশিংনা আত্মাবু বিভু (ব্যাপক) নি হায়না য়ারবসু বিভু আত্মা অনস্তনি (মশীং লাকপা ঙমদনা লৈ), হকচাং পুম্নমক্তা বিভু আত্মা অমত্তং লৈ হায়বা অসি য়াদে ; হকচাং অমমমদা তোপ্প-তোপ্পা বিভু আত্মা অমমম লৈ হায়না য়াই। মসিদা মখোয়না যুক্তি অসুম্না পী—হকচাং পুম্নমক্তা শুপ্পা ব্যাপক আত্মা অমত্তা লৈ

হায়না য়ারবদি অরা-মুংঙাইবনচিংবগী তোপ্প-তোপ্পা ব্যবস্থা তৌবা য়ারোই। মসিগী ব্যবস্থা তৌননবগীদমক বিভূ আত্মাবু অনন্তনি হায়না য়াবা অসি চুম্মী।

মখোয়গী যুক্তিশিং অসি য়াম্না ফজ্জে, তাবদস্ সৌগী পুক্নিংদা থাজবা পোকই। অদুবু বিচার তৌদুনা য়েংলবদি বিভু ওইবা জীব মশাং নাইদনা লৈ হায়বা অসি সিদ্ধ ওইবা য়াদে। মখোয়গী মতকী মতুং ইন্না— মূর্ত্ত ওইবা পোৎ পূম্নমক্না শম্নদুনা লৈববু বিভু কৌই। মূর্ত্ত ওইবা পোৎি—পৃথিবী, মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ অমস্তুং মন ( পুক্নিং ) মশা অসিনি। মফম পূম্নমক্কা মশা অসিগা শম্নদুনা লৈবা পোৎ বিভুনি; মদুদি - আকাশ, কাল ( মতম ), দিক ( মায়কৈ ) অসিনচিংবা অসিনি। শম্নদুনা লৈ হায়বা অসিদগী মূর্ত্ত ওইবা পৃথিবীনচিংবা পোৎশিংগী মনুংদদি বিভু ওইবা পোৎ লৈতে ( পৃথিবীগী পরমাণুনচিংবা মনুংদা অহাংবা লৈতবা পোৎশিংগী মনুংদা বিভু ওইবা পোৎ চঙদুনা লৈতে), মথক্কা শম্নদুনা লৈ হায়বা অসি সিদ্ধ ওই। বেদান্তগী মতুং ইল্লবদি—পৃথিবীনচিংবা তাইবঙপানবা পূম্নমক্কী মনুং-মপাল শীনবা থুংনা লৈবা পোৎপু ব্যাপক ( বিভু ) কৌই। মদুদি—তাইবঙ-পানবা পূম্নমক অসিগী অধিষ্ঠান ওইদুনা লৈরিবা অমস্তুং মহাক নত্তনা অনীশুবা পোৎ লৈতবা নম্নানি। অদুবু মথক্কা হায়খ্রিবা দার্শনিকশিংনা অরা-মুংঙাইনচিংবগী ব্যবস্থা তৌনবগীদমক জীব বিভু ওইরবস্ অনন্তনি ( মশাং নাইদনা লৈবা ) য়াগদবনি হায়বা অসি চুমদে। মরমদি অনন্ত বিভু জীবনি হায়বা য়ারবস্,

হায়রিবা অরা-নুংঙাইগী ব্যবস্থা অসিদি তৌবা য়াদে। মতম খরগীদমক মসিবু য়ারগা বিচার তৌসি। দীনমণি কৌবা মী অমগী আত্মা মাগী হকচাংদা শম্নহুনা লৈ, অদুগা মাগী আত্মা অদু বিভু ওইবা মরমদগী (পোৎ পূম্নমক্কা শম্নহুনা লৈবদগী) সংসারদা লৈরিবা থরায় পানবা পূম্নমক্কী হকচাংশিংগসু শম্নহুনা লৈ, অদুগা দীনমণিগী হকচাংদসু মশীং নাইদনা লৈরিবা থরায়-পানবা পূম্নমক্কী আত্মাশিং অদুসু বিভু ওইবা মরমদগী শম্নহুনা লৈ। মতৌ অসুম্না দীনমণিগী হকচাংদা অনন্ত বিভু জীব শম্নহুনা লৈবা মরম্না আত্মাশিং অদুগী মনুংদা দীনমণিগী আত্মা কনানো, দীনমণিগী হকচাংদা ওইবা অরা-নুংঙাইশিং অদু মহুদা চঙহুনা লৈবা অনন্ত জীবশিংনা করি মরমদগী খঙদ্রিবনো, অমসুং দীনমণি অনন্ত আত্মাশিং অদুগী মনুংদা করম্না আত্মাবু মহাক্কী অরা-অনা খঙবা আত্মানি হায়না খঙগনি—অসিনচিংবা ৱাহং-শিংগী কনানা পাউখুম পীগনি? হকচাং অমনমদা বিভু ওইবা অনন্ত জীব লৈবা মরম্না হকচাং অদুদা ওইবা অরা-নুংঙাই পূম্নমক অনন্ত জীবশিংবু খঙবনা চুম্মী। হায়রিবা ৱা অসি দীনমণিগীদা নত্তে, হকচাং লৌহুনা লৈবা থরায়পানবা জীব পূম্নমক্কী ৱানি। মতৌ অসুম্না হকচাং অমমমদা অনন্ত বিভু আত্মাশিং চঙহুনা লৈরবদি হকচাং অদুদা করম্না আত্মাগী অরা-নুংঙাই ওইগনি অদুগা করম্না আত্মাশিংগী ওইরোই হায়বা ব্যবস্থা করম্না তৌগনি? মসিদা কনাগুম্বনা (ন্যায়বৈশেষিকনচিংবা দার্শনিকশিংনা) অসুম্না পাউখুম পী—অনন্ত-আত্মাশিংগী অনন্ত মন লৈ, মন বিভু নত্তে অণুনি।

আত্মা অমমনগী মন অমমমনি। দীনমণিগী মন দীনমণিগী হকচাংদা লৈ, অতোপ্পশিংগী মন অতোপ্পশিংগী হকচাংদা লৈ। দীনমণিগী আত্মা মাগী হকচাংদ, লৈবা মনগা লোয়ননা শমনবদগী দীনমণিগী আত্মানা হকচাং অদুদা ওইবা অরা-মুংঙাই থঙই, অতোপ্পা আত্মাশিংদি থঙদে। মতৌ অদুম্না অরা-মুংঙাইগী ব্যবস্থা তৌবা য়াগনি।

অদুবু অসিগুম্না পাউথুম অসিস্তু চুমদে ; মরমদি দীনমণিগী হকচাংদা লৈবা মনগা লোয়ননা হকচাং অদুদা চঙদুনা লৈরিবা অনন্ত জীবশিংস্তু শম্নদুনা লৈ, দীনমণিগী আত্মা মাত্র শম্নদুনা লৈ হায়বা য়াদে। মরম অসিনা আত্মাশিং অদুগী মনু দা দীনমণিগী আত্মা করম্বনো, করম্বা আত্মাবু অরা-মুঙাই ফংলিবনো হায়বা অসি থঙবা ঙমদে। মনগা লোয়ননা শম্নবদগী আত্মাবু অরা-মুঙাই থঙলবদি হকচাং পুম্নমক্তা লৈরিবা মনশিংগা লোয়ননা আত্মা পুম্নমক শমনদুনা লৈবা মরমদগী আত্মা পুম্নমকপু হকচাং খুদিংমক্তা অরা-মুংঙাই থঙবা অসি চুম্মী। মরম অসিনা অরা-মুঙাইগী ব্যবস্থাগীদমক অনন্ত বিভু-আত্মাবু য়াবনি হায়বা অসি য়াম্না অরানবা রানি।

মসিদ নত্তনা বিভু ওইবা পোৎ য়াম্না লৈ হায়বা অসিস্তু চুমদে ; মরমদি— বিভু ওইবা পোৎ য়াম্না লৈ অমস্তুং মফম অমত্তদা মখোয় তিন্নদুনস্তু লৈ হায়বা অসিদা প্রমাণ অমতা লৈতে। মরম অসিনা আকাশ, দিক-কাললনচিংবা বিভুশিং মফম অমত্তদা তিন্নদুনা লৈ অমস্তুং নিত্যনি হায়বা অসি কল্পনা মাত্রনি। দিক ( মায়কৈ )

অসি আকাশ নত্তনা অতোপ্পা পোৎ নত্তে। ঐখোয়না মদোমদগী নুমিৎ থোক্লকপা আকাশবু নোংপোক মায়কৈনি হায়, অদুগা মদোমদা নুমিৎ তাখিবা আকাশবু নোংচুপ মায়কৈনি হায়। নুমিৎ থোক্লকপা আকাশরোমদা মায় ওন্দুনা লৈরগা মেৎ থংবা অমসুং ওই থংবা আকাশবু, ঐখোয়না মখা অমসুং অরাং থংবা মায়কৈনি হায়। মসি পুন্নমক অসি ঐখোয়না ব্যবহার চৎননবগী-দমক কল্পনা তৌবিবনি। অরব লৈবাক্তা লৈবা মীনা ভারতপু নোং-পোক্তা লৈ হায়, অদুগা বর্মা, সুমাত্রানচিংবা লৈবাক্তা লৈবা মীনা ভারতপু নোংচুপ্তা লৈ হায়। থাঙ্গশেংবদি ভারত নোংপোক্তসু লৈতে নোংচুপ্তসু লৈতে; মরমদি—নোংপোক কৌবা করিগুম্বা পোৎ অমা থাঙ্গশেংনা লৈরবদি মদু কৈদৌইদসু নোংচুপ ওইবা য়ারোই, অদুগা নোংচুপ কৌবা পোৎ অমা লৈরবদি মদু নোং-পোক ওইবা য়ারোই; মফম অমখক্তবু নোংপোক-নোংচুপ হায়বা অসি বিরোধ ওইবা রানি। মরম অসিনা মায়কৈ কৌবা পোৎ লৈত্তে। মীনা ব্যবহারগীদমক কল্পনা তৌদুনা শীজিন্নবা মায়কৈনি।

মতৌ অসুম্না কাল মতম) বুসু মীনা কল্পনা তৌদুনা শীজিন্নবনি। নুমিৎ থোকপদগী তাবা ফাওবা নুংথিলগী মতম, অদুগা নুমিৎ তাবদগী থোকপা ফাওবা অহিংগী মতম অসিনচিংবা মীনা হায়নৈ। নুমিৎ লৈত্রবদি কনানসু অহিং-নুংথিল হায়রোই। নুমিৎনা মরম ওইদুনা মীনা ব্যবহার চৎনবগীদমক পুং, নুমিৎ, থা, চহিনচিংবা কল্পনা তৌরিবনি। অদুগা অহিং-নুংথিলনচিংবা অসিসু মফম পুন্নমক্তা চপ মান্নদে; মফম খেন্নবগী মতুং ইন্না

য়াম্না খেন্নদুনা লৈ, এখোয়গী নুংথিল অমেরিকাদা অহিং ওই। পৃথিবী অসিগী অৱাং থংবা ভমখৈ ( North Pole ) অমসুং মখা থংবা ভমখৈ ( South Pole ) দা এখোয়গী থা তরুক মখোয়গী নুংথিল অদুগা থা তরুক অহিং ওই, এখোয়গী চহি অমা মখোয়গী নোমনি অদুগা অৱাং থংবা ভমখৈদা নুংথিল ওইরবদি, মখা থংবা ভমখৈদা অহিং ওই।

মসিদ নতুনা কাল ( মতম ) মফম পুন্নমক্তা চপ মান্নবা চত্তে; করিগুম্বা মফমদদি য়াম্না থুনা চৎলি, অদুগা অতোপ্পা মফম অমদদি য়াম্না তপ্না চৎলি। মসিগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবতকী মাপলশুবা স্কন্দগী অহুমশুবা অধ্যায়দা ৱারী অমা য়াওরি— রেবত নিংথৌগী মচা ককুদ্মীনা নোংচুপ থংবা সমুদ্রগী মপান্দা কুশস্থলীদা কোন্নুং শাগা আনর্ত্তনচিংবা লৈবাকশিংবু ভাক্তুনা লৈরমই। মাগী রেবতী কোবী মচানুপী অমা লৈরমই। মচানুপী অসিগী মতৌক চাবা বর (মরা) হংগে হায়বগীদমক মহাক্না রেবতীবু পুদুনা ব্রহ্মলোক্তা ব্রহ্মাগী নাক্তা চৎখি। মতম অদুদা ব্রহ্মাগী রক্ষ সভাদা সামবেদগী ঈশৈ শকলমই। ঈশৈ অদু লোইরবা মতুংদা ককুদ্মীনা মচানুপীগীদমক মতৌক চাবা বর অমা ব্রহ্মাগী মফমদা হংই। মদু তাৱগা ব্রহ্মানা নোক্তুনা অসুম্না হায়—"হে রাজন! নহাক্না নচা নুপী পীগে হায়না খল্লম্মিবা নিংথৌ মচা পুন্নমক অদুদি লোইনা শিত্রে, হৌজিক্তি মখোয়গী মচা-মশু শাগৈ নাতৈ ফাওবা লৈত্রে। নহাক্না নদুম ম্নৌবা মতমদা ২৭ চতুর্যুগ লোইপ্রগনি ( বৈদিক কালদা চহী ৫ না যুগ অমা ওইনা চৎনরম্মী।

মরম অসিনা চতুর্যুগ ১ ( যুগ মরি )=৪ × ৫ = ২০ চহীগা মাগৈ, অদুগা ২৭ চতুর্যুগ=২৭ × ২০ = ৫৪০ চহীগা মাগৈ )। মরম অসিনা হে রাজন! মফম অদুদা মতম অসিদা দেব-দেব বিষ্ণুগী অংশাবতার ওইবা বলদেব লৈ। মডোন্দা নচান্নুপী পীয়ু। মসি তারগা ককুদ্মীনা মচান্নুপীগা লোয়ননা হল্লকপা মতমদা মাগী কুশস্থলী নগর উবা ফংদে, মতুগী মহুত্তা মশাক্তা দ্বারকা নগরবু উই, অদুগা বলদেবদা মচান্নুপী রেবতীবু পী।

মতমগী মরমদা হায়রিবা রা অসি মহর্ষিশিংনা কল্পনা তৌদুনা হায়রম্বা নত্তে। মসিবু হৌজিক কালগী বৈজ্ঞানিক-শিংনসু অশেংবনি হায়না য়াই। পরমাণু যুগকী প্রবর্তক আইন্-ষ্টিননা মাগী "সাপেক্ষবাদ" ( Relativity ) কৌবা সিধান্তদা মসিবু নীংথিনা সিঙ্ক তৌরম্মী হায়বা অসি বৈজ্ঞানিক পুন্নমক্তা য়ানরি। মখোয়গী সিদ্ধান্তগী মতুং ইন্না মঙাল অসি সেকেণ্ড খুদিংদা ১৮৬০০০ মাইল ( কিলোমিটর লাখ অহুম ) য়াঙনা চৎলি। মরম অসিনা নুমিত্তগী নুমিৎকী মঙাল পৃথিবী ফাওবা ৯,২৫,০০,০০০ মাইল লাকপদা মিনিট ৮ সেকেণ্ড ১৫ চঙই। অরাং থংবা মায়কৈদা থোকপা ধ্রুব কৌবা থরাম্নিচাকী মঙাল পৃথিবী ফাওবা লাকপদা সেকেণ্ড খুদিংদা কিলোমিটর লাখ অহুম য়াঙনা চৎলগা চহী ৪০০ দগী হেন্না চঙই। ধ্রুব অসি ঐখোয়দগী কয়ামুক য়াম্না লাপ্পগে হায়বা অসি মসিদগী খন্দুনা য়েংবা য়াই। মঙালনা লেপ্পা লৈতনা সেকেণ্ড খুদিংদা কিলোমিটর লাখ অহুম চত্তুনা চহী অমদা য়৷বা মফম অদুগী অরাপ্পবু বৈজ্ঞানিকশিংনা

মঙালগী চহী ( Light year ) কৌই। মঙালগী চহীদগী অৱব অৱব ( মশীং লাকনবা মমিং ) হেন্না লাপ্পা থৱাম্মিচাক মশীং নাইদনা ব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈ হায়না মখোয়না তাকলি। পরমাত্মাগী মায়ানা শারিবা ব্রহ্মাণ্ড কয়ামুক পাক চাউবগে হায়বা অসি খন্দুনা য়েংলগা অঙকপগী মশকনী। সামপেক্ষবাদ কৌবা সিদ্ধান্তগী মতুং ইন্না বৈজ্ঞানিকশিংনা অঙম্না হায়—য়াম্না থুনা চৎপা পোৎকীদমক মতম অসি য়াম্না তপনা চৎলি অদুগা তপনা চৎপা পোৎকীদমক মতম য়াম্না থুনা চৎলি, মতম চৎপগী অহেপ্পা নিয়ম লৈতে। মসিগী খুদম ওইনা মখোয়না কন্থনা তৌদুনা তাকই—কনাগুম্বা মী অমা সেকেণ্ড খুদিংদা কিলোমিটর লাখ অহুম য়াঙনা চৎপা রোকেট অমদা ফমদুনা নুমিৎ নীনিগীদমক আকাশকী অৱাংবা মফমদা কোয়বা পাম্মী। মহাক্না নুমিৎ নীনি নীথিনা চৎপা ঙম্বা ঘড়ী অমা চাবী থারগা পুদুনা যাত্রা তৌবা হৌই; অদুগা ঘড়ী অদুদা পুং ৪৮ হায়বদি নুমিৎ নীনি শুবমক্তদা পৃথিবীদা হল্লকই। অদুবু পৃথিবীদদি মতম অদুদা মানা চৎখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা নুমিৎ ৮০ নি হৌরে হায়বা অসি মহাক্না ল'ক্লগা খঙই।

মরম অসিদগী মতম অসি লেঙদনা অমম্তুং লেপ্তুনা লৈতবা মরমনা নিত্য অমম্তুং বিভু ওইবা পোৎ নত্তে। লেঙদ-কায়দনা লৈবা পোত্তনা নিত্য অমম্তুং বিভু ওইনা লৈ হায়বা অসি নিয়মনি। মতমগী মরমদা মসি হায়বা য়াদে। আকাশম্ভু নিত্য অমম্তুং বিভু ওইবা পোৎ নত্তে। "যৎ বিভক্তং, তৎ অনিত্যম্" হায়বদি

পোং অমদগী পোং অমা তোপ্পা লৈরবদি, পোংশিং অদু অনিত্যনি—হায়বা নিয়ম অসি কায়দবনি। সংসারদা লৈরিবা পৃথিবী ঈশিংনচিংবা পুম্নমক অসি তোপ্প-তোপ্পা লৈবা মরমদগী অনিত্যনি, বিভূস্ত নত্তে; মতৌ অদুগুম্না আকাশ কাল-নচিংবা অসিস্থ তোপ্প-তোপ্পা লৈবা মরমদগী শোয়দনা অনিত্য ওইগনি অদুগা বিভূস্ত ওইরোই। ব্রহ্মাদি পোং পুম্নমক্কী অধিষ্ঠান ওইদুনা মতোন্দগী অতোপ্পা পোং অমা লৈতবা মরমনা নিত্য অমস্তুং ব্যাপকনি। আকাশ পোকই—অনিত্যনি হায়বা অসিদি "তস্মাদ্বা এতস্মাদাত্মন আকাশঃ সম্ভূতঃ" অসিনচিংবা শ্রুতিনা তাকই। মরম অসিনা বিভূ ওইবা পোং ময়াম তিম্নদুনা লৈ হায়বা অসি লৌবা য়াবা রা নত্তে। জীবগী অশেংবা মওং ব্যাপক ওইবা অমস্তুং অনীশুবা পোং লৈতবা পরমব্রহ্মমকনি। মহাক্কি ময়াম নত্তে, অমত্তনি। সংসার অসিদা আকাশ ময়াম নত্রবস্ চক্কু মনুংগী আকাশ, য়ুম মনুংগী আকাশ অসিনচিংবা খায়দোক্লুনা মশীং নাইদনা ময়াম ওইবগুম্না মফম পুম্নমক্তা লৈবা আত্মা অমত্তবু অন্তঃকরণ ওইবা মশীং লাকওমদবা উপাধিশিংনা ময়াম ওইনা খণ্ডনবনি। অদুগা অরা-মুণ্ডাইবনচিংবস্থ অন্তঃকরণশিং খেন্নবদগী মখোয়দা চেতন আভাস ওইনা লৈরিবা অমস্তুং অরা-মুণ্ডাইবনচিংববু খণ্ডবা বিশেষ চেতনশিং অদু খেন্নবদগী অমনা অমগী অরা-মুণ্ডাই খণ্ডদে হায়বা অসি মথক্তা হায়খ্রে। মরম অসিনা আত্মা অমত্তা ওইরবস্থ অরা-মুণ্ডাইগী ব্যাবস্থা তৌবদা করি অমত্তা কায়দে। আত্মাগী উপাধি ওইদুনা লৈরিবা

অন্তঃকরণশিং অদুস্থ পৃথিবীনচিংবা সূক্ষ্ম ( অকূপ্পা ) পঞ্চভূতকী সত্বগুণশিংদগী শাবা মরম্না মখোয়গী কায়াংশিং অদু চৎথোকপা অমসুং লাব-পোকপা ( পিকশিনবা অমসুং চাউথোকপা ) য়াবদগী অপাক-অচৌ হকচাং পুন্নমক্তা পাক্লা অমসুং চাউনা লৈবা য়াই। সুষুপ্তিনচিংবদা ( তুমখুন হুন্না তুম্বা ) অন্তঃকরণশিংনা মখোয়গী উপাদাণ কারণ অবিদ্যাদা ত্তিন্দুনা লৈরবস্থ মখোয়গী বীজ (মরূ) ওইবা সংস্কারশিং নাংদবদগী কর্ম্মগী মতুং ইন্না অমুক হন্না জাগ্রৎ-নচিংবা অবস্থাদা লাকপা মরমনা হান্নগী মওৌগুন্না মখোয়-মখোয়গী থবক পূন্নমকস্থ কায়দনা চত্তুনা লৈ। মখোয় অসি অনাদি অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) গী কায় ওইবা মরমদগী ব্রহ্মবিদ্যা ( ব্রহ্মজ্ঞান ) ওইদ্রিবা ফাওবা মাংবা লৈতনা লৈ। অজ্ঞান জ্ঞান্দগী মাংই অমসুং জ্ঞান লৈত্রিবা ফাওবা অজ্ঞান লৈ হায়বা অসিদি মী পূন্নমক্লা খংনরিবনি ; মসিদা করিস্থ চিংনফম লৈতে। ব্রহ্মসূত্রকার ব্যাসনস্থ অসুম্না ওাকলি— "যাবদাত্মভাবিত্বাচ্চ ন দোষঃ তদ্দর্শনাৎ" ( ব্রঃ সূঃ ২। ৩। ৩০ ) "আত্মা সংসারী ওইদুনা লৈরিবা মতম অদুক্কী মথৈ অন্তঃকরণ অসিস্থ লৈ, মরম অসিনা প্রলয়, সুষুপ্তি অবস্থানচিংবদা করিমত্তা দোষ লৈতে, সংসারী ওইদুনা লৈবা মতমদা আত্মা অন্তঃকরণগা লোয়ননা অমত্তা ওইনা লৈ হায়বা অসি শ্রুতিগী মনুংদা এখোয়না উবা ফংই ; মদুদি— "স সমানঃ সন্নুভৌ লোকাবনুসঞ্চরতি" ( বৃঃ উঃ ৪। ৩। ৪ ) "আত্মা অসি জাগ্রৎ অমসুং স্বপ্ন অবস্থাগী মতমদা, নত্রগা ইহলোক্তগী পরলোক চৎপা মতমদা অন্তঃকরণগা লোয়ননা অমত্তা

ওইদুনা চৎলি।" "বিজ্ঞানময়ো মনোময়" অসিনচিংবনস্থ ব্যবহারগী মতমদা আত্মা অসি বুদ্ধিগী মওং ওই, মনগী মওং ওই—হায়বা অসি শ্রুতিনা তাকই। মরম অসিনা আত্মাবু ময়ামনি হায়না খঙবসি চুমদে। অশেংবদি আত্মা অমত্তনি হায়না পুক্কিংদা লেপকদবনি।

মথক্তা ইরিবা রা খরদং অসি মনণ করম্না ভৌবা হৌনৈ—হায়বা অসিদা খুদম অমা ওইনা উৎপদনি। মতৌ অসুম্না অমত্তা ওইবা আত্মাগী মরমদা পুক্কিংদা চিংনবা পোকপা পুম্নমকপু শ্রুতি প্রমাণগী মতুং ইন্না চৎপা যুক্তিশিং থিরগা মদুদগী কোরবা হোৎনগদবনি। মদুত্তদা চিংনবা লৈতনা আত্মজ্ঞান নীংথিনা ওইবা ঙমগনি।

---

## জ্ঞানগী অহুমশুবা উপায় নিদিধ্যাসন।

আত্মজ্ঞান ফংননবা উপায় শ্রবণ অমসুং মনণ অনী অসি খঙলবগী মতুংদা হৌজিক অহুমশুবা উপায় নিদিধ্যাসন কৌরিনো অমসুং মদু করম্না ভৌগদগে হায়বা অসি খঙসি। নিদিধ্যাসন কদায়বু কৌই হায়বা অসিগী মরমদা শাস্ত্রকারশিংনা অসুম্না হায়রি— "বিজাতীয়দেহাদি প্রত্যয়রহিতাঽদ্বিতীয়াত্ম-বস্তু বিষয়ক প্রত্যয়প্রবাহো নিদিধ্যাসনম্।"

"অহানবা উপায় শ্রবণনা পরোক্ষ ওইনা খঙলিবা অদুগা অনীশুবা উপায় মননচিংনবা লৈত্রবা অমসুং অনীশুবা পোৎ

লৈতবা আত্মতত্ত্ববু মহাক নওবা হকচাংনচিংবা অমতা খন্দনা ঈশিংগী ঈচেলগুম্না মতম কুইনা নীংদুনা লৈবা অসি নিদিধ্যাসননি। অমরোমদা হায়রগা সংসারগী পোৎশিংদগী মনবু ফাজিন্দুনা থমলগা আত্মতত্ত্বদা ওম্বা মখৈ মতম কুইনা থিংজিন্দুনা থম্বা অদু নিদিধ্যাসননি। মরম অসিনা সংসারগী পোৎশিংদগী মনবু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমদ্রিবা ফাওবা নিদিধ্যাসন তৌবা ঙম্লোই। মনবু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমলবতদা নিদিধ্যাসন (ধ্যান) নীংথিনা তৌবা ঙমগনি। মসিদা অহানবদা মনবু ফাজিন্দুনা থম্নবা উপায় খঙদ্রবদি মাবু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙম্বা অসি ওইথোক্তবনি। মরম অসিদগী ঐখোয়না অহানবদা মন (পূক্নিং) ফাজিন্নবা উপায় তৌবা তাই। মতুদস্থ মন কয়িনো, মপাঙ্গল কয়া চাউই (কল্লি) কদায়দা লৈ, কদায়দা চৎলি—অসিনচিংবা অসি খ্বাইগী অহানবদা খঙদ্রবদি মাবু ফাবা অসি ওইথোক্তবনি। ব্যবহারদস্থু য়েক্নবা নিংথৌ অমবু ফাননবা উপায় তৌগে হায়রবদি, অহানবদা—মহাক পাঙ্গল কয়া চাউই (কল্লি), মফম কদায়দা লৈ, অদুগা কদায়দা চৎলি অসিনচিংবা মাগী মরমদা খঙলবতদা, ফাননবা উপায় তৌদুনা মাবু ফাবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না নিদিধ্যাসন তৌবা অসিদস্থু য়াম্না য়েক্নবা লৈবা অমস্তুং মপাঙ্গল চাউবা মন অসিবু ফাদুনা মাগী মথক্তা বিজয় তৌগদবনি। মরম অসিনা অহানবদা মাগী মওং মতৌ ফীবম্নচিংবসি খঙসি।

বেদান্তবু নীংথিনা খঙবা মীশিংনা মাগী মরমদা অসুম্না হায়—মন অসি মানা তৌবা থবক থেন্নবদগী মমিং মরিদা

হায়রৈন— চুম্না মাগী মওংদা লৈরবদি মসিবু অন্তঃকরণ কৌই ; মসি মাগী অশেংবা মশক্তি, ফীবম অসিদা মহাক করিমত্তা তৌদে। ফীবম অসি ওন্থোক্লুনা সংকল্প বিকল্প তৌরক্লবদি ( তৌসিরা-তৌনুসিরা অসিনচিংবা রাখল খল্লক্লবদি ) মদুবু মন কৌই ; অবেপ্পা জ্ঞান তৌদুনা ( ওইনা ) লৈরবদি বুদ্ধি কৌই ; য়াম্না চাউথোক্লা ( নাপাল তৌনা ) লৈরবদি চিত্ত কৌই ; অদুগা "অহম্" হায়বদি "ঐ" হায়না খণ্ডলবদি অন্তঃকরণবু অহংকার কৌই। মাবু ফাদুনা থম্বা হায়বসি মাগী অশেংবা মওং অন্তঃকরণ ওইনা থম্বনি। অন্তঃকরণ অসি অমোৎপা সত্বগুণনা মকোক ওইনা লৈবা মায়াগী কার্য্যনি ( মায়াদগী শাবনি )। মায়া অসিবু প্রকৃতি অবিদ্যা অমসুং অজ্ঞান হায়নসু হায়রৈ। মায়া অসি সত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ কৌবা গুণ অহুম তিন্দুনা লৈবা পোৎ অমনি। গুণ অহুম অসি চপ মান্নয়া লৈবা মতমদা মায়া অসি করি-মত্তা তৌদে। মরম অসিনা মতম অদুবু মহাপ্রলয় কৌই। জীবশিংগী কর্ম্মগী মতুং ইন্না মায়া অদুদা লৈরিবা সংস্কারশিংনা মরম ওইদুনা পরমাত্মাগী সংকল্পদগী মতুদা ঈথক হৌরক্লুনা গুণশিংদা অথোই অহেন নাইরকই ; মদুদগী জগৎ অসি ওইরকলিবনি। সত্বগুণ য়াম্না য়াঙ্‌বা অমসুং মঙাল পীবা ওম্বা পোৎনি, রজোগুণ থবক্তা থৌজিনবা ইনশিনবা ওম্বা ক্রিয়াশীল ওইবা পোৎনি ; অদুগা তমোগুণ কূপশিন্দুনা থম্বা ওম্বগী শক্তি লৈবা অরুম্বা পোৎনি। মন অসি অমোৎপা সত্বগুণনা মকোক ওইবা মায়াগী পরিণাম ওইরবসু মতুদা রজোগুণ অমসুং তমোগুণগী শরুকসু

লৈবা মরমদগী ঐখোয়না চারি-থকলিবা পোৎশিংগী মতেংদগী মতম পূম্নমক্তা অমনা অমবু নমতুনা থম্নবগীদমক কোংনতুনা লৈবা মরমনা, মখোয় অথোই-অহেন নাইনা লৈ। মখোয়গী অমম্না অথোই-অহেন নাইনা লৈবা অসিদগী মনস্তু মতম পূম্নমক্তা বিচিত্র পরিণাম ওইদুনা মওং তোপ-তোপ্পা লৈ। মাগী অতোপ-অতোপ্পা মওংশিং অদুবু মনগী ভূমিকা ফীবম কৌই। মনগী অবস্থা (ফীবম) অসি মশাং নাইদনা লৈরবস্তু শাস্ত্রকারশিংনা মকোক ওইবা ফীবম মতাদা লৌদুনা বিচার তৌই: অদুগা ফীবমশিং অদুবু ক্ষিপ্ত, মূঢ, বিক্ষিপ্ত, একাগ্র অমস্তুং নিরুদ্ধ হায়না কৌই। তৌক্তিক মখোয় নত্তা অসিবু মথং মনাও নাইনা খণ্ডনবা হোংনসি।

১। মন অসি প্রকৃতিগী সাত্বিক পরিণাম ওইবা মরমদগী, অতোপ্পা পোৎশিংদগী শেংবা অমস্তুং তপ্পা ওইরবস্তু ঐখোয়গী চাবা-থকপা অমস্তুং তৌবা থবক্কী মতুং ইন্না তমোগুণ খরা য়ান্দুনা লৈবা রজোগুণনা অথোইবা ওইনা য়াম্না লৈবা অদুগা সত্বগুণ খজিক্তা লৈবা মতম লাকই। মতম অদুদা তমোগুণ খরা য়ান্নদুনা লৈবা অকনবা রজোগুণ অদুদগী মন অসি সংসারিক বিষয় ভোগতা চংদুনা লৈ, থবক-ইনখাং তৌদুনা সংসারিক পোৎশিংবু ফংবা য়াম্না পামই। অসিগুম্বা ফীবম ওইবা মনবু "ক্ষিপ্ত" কৌই।

২। ক্ষিপ্ত ওইবা ফীবম অদুদা লৈবা মনদা তামোগুণ মকোক ওইরক্লুনা সত্ব অমস্তুং রজোগুণ শোম্না (য়ামদনা চাং কম্লুনা) লৈরবদি অধর্ম্ম, অজ্ঞান, অতনবা অসিনচিংবা লাকই,

অদুগা মহাক তুমিন্না তূমদুনা লৈনৈংই, থবক তৌবা করিমত্তা পামদে। অসিগুম্বা ফীবমদা লৈবা মনবু "মূঢ়" হায়না কৌই।

৩। হায়রিবা কূপ্পনা থম্নবগী শক্তি লৈবা অমস্তুং অরূম্বা তমোগুণ অসি শোম্থরক্তুনা রজোগুণ খরা য়ানশিন্দুনা লৈবা সত্বগুণনা মকোক ওইদুনা ( হেন্না ) লৈবা মতমদা মায়কৈ মরিমক ঈঙাল ঙাম্মোরকপগুম তৌই। মতম অদুদা মন অসি ধর্ম্ম, জ্ঞান বৈরাগ্য ঐশ্বর্য্যনচিংবগী মরমদা চঙদুনা লৈ। মরম অসিনা ফীবম অসিদা লৈবা মনবু ক্ষিপ্ত ওইদুনা লৈবা ফীবমদগী হেন্না ফবা ওইবা মরমনা "বিক্ষিপ্ত" হায়না কৌই। মনগী বিক্ষিপ্ত ওইবা ফীবম অসিদা মথক্তা হায়খিবা মনন অসি নৌংথিনা তৌবা য়াই; অদুগা ক্ষিপ্ত অমস্তুং মূঢ় ওইবা ফীবমদদি মনন তৌবা য়াদে।

৪। বিক্ষিপ্ত অবস্থাদা লৈবা মন অসি মদুদা য়ানশিন্দুনা লৈবা রজোগুণ চৎথোকখিবদগী য়ামনা শেংবা সত্বগুণদা লৈবা মতমদা বিবেক জ্ঞান্দা ( আত্মা অমস্তুং অনাত্মাগী বিচারদা ) লূপ্পনা লৈ। মতম অদুদা "ধর্ম্মমেঘ" কৌবা সম্প্রজ্ঞাত সমাধিদা মন লেঙদনা লৈ। মরম অসিনা ফীবম অসিদা লৈবা মনবু "একাগ্র" হায়না কৌই। সম্প্রজ্ঞাত সমাধিবু ধর্ম্মমেঘ হায়না কৌরিবা অসিগী মরমদি ব্যবহারদা অরাবা পূম্নমক ঙাক্তুনা মুঙাইবা ফংহনবা কর্ম্মবু ধর্ম্ম কৌই। অদুগা চাইরিবা (ঈশিং চাইবগুমনা) পোৎপূনা মেঘ কৌই। আকাশতা লৈদুনা ঈশিং চাইবা মরমদগী নোং মংববু মেঘ হায়না কৌনরিবনি। মতৌ

অদুগুম্বা মফম অসিদসু অনাত্মা ওইবা (আত্মা ওইদবা) পোৎশিংগী আত্মাবু তোপ্পা খাইদোক্লুনা থমলিবা বিবেকজ্ঞান অসিবু অরাবা পুম্নমক ভাক্লুনা মুডাইবা ফংহনবা মরমদগী থম্ম কৌই। মতৌ অসুম্না সংসারিক পোৎ পুম্নমকপু কাউ-থোক্লুনা বিবেকজ্ঞান অসিদগী মুডাইবগী মশক ওইবা আত্মাবু নীংথিনা খঙনবগীদমক তৌরিবা সমাধি (নিদিধ্যাসন) অসিসু ভলমেঘগী (নোংমংবগী) মতৌগুমনা বিবেকজ্ঞানগী মশক ওইবা ধম্মবু ওতুনা চাইহনা লৈ। মরম অসিদগী সম্প্রজ্ঞাত সমাধি (নিদিধ্যাসন)বু ধর্ম্মমেঘ হায়না কৌরিবনি। সংসারগী করিগুম্বা অপাম্বা পোৎ অমা ফংননবগীদমক নীংনিংবা লাই অমা নীংদুনা সমাধি তৌবদি ধম্মমেঘ সমাধি কৌবা য়াদে। ধম্মমেঘ সমাধিদি শুপ্পা আত্মসাক্ষাৎকার তৌদুনা আত্মাগী মশক ওইবা মুডাইবা অদু ফংননবগীদমকনি।

মরম অসিনা মনগী একাগ্র ওইবা ফীবমতদা নিদিধ্যাসন তৌবা য়াগনি ; ক্ষিপ্ত, মূঢ় অমসুং বিক্ষিপ্তগী ফীবমদা নিদিধ্যাসন তৌবা য়ারোই। মনগী একাগ্র ওইবা ফীবমদা তৌরিবা নিদিধ্যাসন অসিবু সম্প্রজ্ঞাত নত্রগা সবিকল্প সমাধি হায়নসু কৌই। মরমদি সমাধি অসিদা সংসারগী অতোপ্পা পোৎ অমা উদ্রবসু ধ্যান, ধেয় অমসুং ধ্যাতা অহুম অসিগী জ্ঞান লৈ। মফম অসিদা চিদাত্মাবু নীংদুনা লৈরিবা অন্তঃকরণগী, পরিণামগী মশক ওইবা জ্ঞানদি ধ্যাননি, চিদাত্মা জ্ঞান অদুগী ধ্যেয়নি, অদুগা চেতন আভাসপু লৌদুনা লৈরিবা অন্তঃকরণ ধ্যাতানি।

মতৌ অসুমনা হায়রিবা সম্প্রজ্ঞাত সমাধি অসি নিদিধ্যাসনগী অহানবা মওংনি। মসি মনন তৌদুনা লৈবা মতুংমক্তদা লৌংথিনা অমসুং লায়না তৌবা য়াই।

৫। মথক্তা হায়রিবা সম্প্রজ্ঞাত সমাধি অসিদা ধ্যেয়গী মওং ওইনা বিবেকজ্ঞানগী বিষয় ওইদুনা লৈরিবা চিদাত্মা অসিদি পরিণাম লৈতবা, লেঙদনা লৈবা করিগুম্বা ধর্ম অমতা লৈতবা অমসুং মুঙাইবগী মশক ওইবনি, অদুগা চিদাত্মা অসিবু বিষয় ওইনা লৌদুনা লৈরিবা বিবেকজ্ঞান অসিদি অন্তঃকরণগী সাত্বিক পরিণামনি। মরম অসিনা মহাক মাঙবা লৈবা মরমদগী সংসারগী পোৎশিংগী মন্নুং চন্দুনা লৈ। মতৌ অসুমনা আত্মসরূপ নত্তবদগী মহাকপুম্ থাদোক্লবা হোৎনগদবনি ; সম্প্রজ্ঞাত সমাধিদা পেন্দুনা লৈরোইদবনি। হোৎনবা অদুদা বিবেকজ্ঞান (চিদাত্মাবু ধ্যান তৌরিবা জ্ঞান) অসিবু লৈত্রবদি— মদুবু অসম্প্রজ্ঞাত সমাধি কৌই। মসি মনগী নিরুদ্ধ ওইবা ফীবমনি। ফীবম অসিদা মন শুপ্পা সংস্কার ওইনা লৈ, মাগী মওং খঙদে। মরম অসিনা চিদাত্মা ওইবা ধ্যেয় মাত্র মতম অদুদা ঙান্দুনা লৈ। মসিবু আত্মসাক্ষাৎকার কৌই। হায়রিবা আত্মসাক্ষাৎকার ওইবা ফীবম অসিবু মিংকুপ অমত্তংগী ওইরবসু মী অদুনা ফংলবদি মাবু কৈবল্য মোক্ষ ফংবা শোয়দবনি। মরমদি অমুক্তং আত্মসাক্ষাৎকার ওইরবদি আত্মাগী মরমদা অমুক হন্না চিংনবা অমসুং ভ্রম ওইবা জ্ঞান লৈতে; মতম পুম্নমক্তা আত্মাগী অশেংবা জ্ঞান মী অদুদা লৈ। থৌরাংদা লিল উদুনা ভ্রম ওইরবগী

মতুংদা মিৎকুপ অমত্তংগী ওইরবস্তু মী অত্তুনা "মসি থোৌরীনি" হায়না সাক্ষাৎকার তৌরবদি পুন্সিচুপ্পা অতোপ্পা থবকশিং তৌদুনা লৈরবস্ত "মদু লিললনি" হায়না কৈদোৌঙদস্তু অমুক হন্না খংদে, থোৌরীনি হায়না খঙদুনত্তা লৈ। মতৌ অস্তুম্না আত্মসাক্ষাৎকার ওইবা মফম অসিদস্তু প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না মখল মখা অয়াম্বা থবক তৌদুনা লৈরবস্তু মী অদুদা পুন্সী চুপ্পা অমুক হন্না আত্মাগী মরমদা চিংনবা অমস্তুং ভ্রম ওইবা জ্ঞান লৈতে। মরম অসিদগী শ্রুতিনা—"তস্য তাবদেবচিরং যাবন্ন বিমোক্ষে, অথ সম্পৎস্যে" (ছাঃ উঃ ৬। ১৪। ২) "আত্মসাক্ষাৎকার তৌদুনা লৈরিবা মী অদুদি প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা ফাওবত্তা ঙাইদুনা লৈবনি, প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবমক্তদা মহাক পরমব্রহ্মদা অমত্তা ওই" হায়না তাক- লিবনি। মতৌ অস্তুম্না মনগী নিরুদ্ধ ওইবা যীবনদা তৌরিবা নিদিধ্যাসন অসিবু নির্ব্বীজ সমাধি কৌই, মরমদি সংসারগী বীজ (মরু) ওইবা অজ্ঞান সমাধি অসিদগী মতম পুম্নমক্তৌদমক মাঙখি। সমাধি অসিবু অসম্প্রজ্ঞাত নত্রগা নির্বিকল্প সমাধি কৌবগী মরমদি সমাধি অসিদা চিদাত্মা নত্তনা অতোপ্পা পোৎ অমত্তা উদে। অদুগা সমাধি অসিগী মতুংদা চিদাত্মা অসি অমুক হন্না অন্তঃকরণগা লোয়ননা অমত্তা ওইবগুম তৌদুনা লৈ। মতৌ অস্তুম্না হায়রিবা নিদিধ্যাসনগী মওং অনী অসিবু যোগ- শাস্ত্রদা—"যোগশ্চিত্তবৃত্তিনিরোধঃ" (যোঃ দঃ ১। ২) সূত্র অসিদা যোগ কৌই হায়রি। সূত্রগী অর্থদি "অন্তকরণগী বৃত্তিশিংবু ফাদুনা থম্বা অসি যোগনি।" মফম অসিদা বৃত্তিগী অর্থ—

পরিণামনি। ঐখোয়না করিগুম্বা পোৎ অমগী জ্ঞান তৌবা মতমদা অন্তঃকরণ অসি পোৎ অদুগী মওং লৌদুনা লৈ। অন্তঃ-করণনা পোৎ অদুগী মওং লৌদ্রবদি ঐখোয়না পোৎ অদুগী জ্ঞান তৌবা ঙমদে। মরম অসিনা অন্তঃকরণনা পোৎশিং অদুগী মওং লৌরগা পরিণাম ওইদুনা লৈববু বৃত্তি কৌই। মুমিৎ খুদিংদা অন্তঃকরণগী বৃত্তি অসি লৌশিং-লৌশিং ওইদুনা লৈ। সংসারগী পোৎশিংগী মওং লৌদুনা লৈরিবা বৃত্তিশিং অদুবু ফাদুনা থম্লগা চিদাত্মাগী মওং ওইনা মন লেঙদনা থম্ববু যোগ কৌই।

মতৌ অসুম্না মন করিনো, মাবু ফাবা করিনো, মবু ফারগা করি কন্নগনি অসিনচিংবা রা পুম্নমক অসি ঐখোয়না খঙলে। লৌকিক মাবু করম তৌনা করম্বা উপায়শিংদগী ফাবা ঙমগনি হায়বা অসিগী মরমদা খঙসি।

যোগদর্শনদা মসিগী উপায় অসুম্না হাকলি—"**অভ্যাস-বৈরাগ্যাভ্যাং তন্নিরোধঃ**" (১। ১২)। "অভ্যাস (আত্মা অমসুং অনাত্মাগী মরমদা বিচার তৌরগা আত্মাদবু নীংননবা হত্নবা হোৎনবা) অমসুং বৈরাগ্য (সংসারগী পোৎশিংবু পামদবা) উপায় অনী অসিদগী মনগী বৃত্তি পুম্নমক ফাবা য়াই।" সংসারগী পোৎ-শিংবু পাম্বা মরমদগী ঐখোয়না মখোয়দা পূক্নিং থিজিন্দুনা অমসুং মখোয়বু ফংননবা উপায় তৌদুনা মতম পুম্নমক্তা হোৎনদুনা লৈ। অদুবু ঐখোয়না মখোয়গী অশেংবা মওং মতৌ নীংথিনা খঙননবা হোৎনরগা মখোয়বু খঙদুনা ঐগীনি হায়বা অপাম্বা লৈতনা ইথো ইনা তৌবা ঙমলবদি শোয়দনা মখোয়শিংদা পূক্নিং চঙবা অদু

থ'দোকপা ওমলক্কনি। মরমদি সংসার অসিদা লাকপা মতমদা ইথম্বা লাকই, চৎপা মতমদসু ইথম্বা চৎকনি; হৌজিক ঐগীনি হায়না লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসি ঐনা পুবা ওমদনা লৈংহৌগনি : মরম অসিনা পোৎশিং অসিবু ঐগীনি হায়না পাম্বা য়াদে। মতৌ অসুম্না মখোয়শিংদা পামলিবা অদু থাদোক্লবদি ঐগীনি হায়বা পোৎ করিনো হায়বসি পুক্নিংদা খল্লক্কনি, অদুগা সাংসারিক জীবনা চৎননবা ইথৌ ওইনা থবক তৌদুনা লৈরবসু ঐগীনি হায়বা পোৎ অদু ফংননবা মদুগীদমক মতম লৌথোক্লগা মদু ফংননবা শোয়দনা হোৎনরক্কনি ; আত্মা অমসুং অনাত্মাগী মরমদা শোয়দনা বিচার লাক্কনি। বিচার অদু লাক্লবদি অভ্যাস তৌদুনা মনবু আত্মাদা থিংজিন্দুনা বৃত্তিশিংবু ফাজিনবা শোয়দনা ওমলক্কনি।

ঐখোয়গী মন অসিবু তুরেল অমনি হায়না খল্লু। তুরেল অসিগী ঈচেল মনুং অমসুং মপাল অনীথোক্না চেল্লি। মনুংদা চেনবা ঈচেল অসি ইশাগী কান্নবগীদমকনি, অদুগা মপালদা চেনবা ঈচেলদি সংসারগী পোৎশিংদা চেনশিন্দুনা হন্না হন্না পোকপা শিবা নাইবা সংসারদা লাক্কুনা অরাবা ফংনবগীদমক্নি। তুরেলগী তিন্নবা মফম মোক্ষ ওইদুনা মদোমদা মনগী মশক ওইবা তুরেল অসি মনুংদা চেল্লবদি বিবেকবিজ্ঞান ওইবা ঈচেল ওইবা মরমদগী কল্যাণকারক ( ইশাগী কান্নবা ) ওইবা মরমনা ঈচেল অদুবু কল্যাণবহা কৌই। অদুগা তুরেলগী তিন্নবা মফম সংসার ওইদুনা মদোমদা মনগী তুরেল অসি মপালদা চেল্লবদি অবিবেক ওইবা ঈচেল ওইবদগী সংসারগী পোৎশিংদা চেনশিন্দুনা

দুঃখকারক (অৱাবা ফংনবা) ওইবা মরম্না ঈচেল অদুবু পাপবহা কৌই ; অদুগা ঈচেল অসি মপালথোংদা চেনবদগী সংসারদা মখল মখা অয়াম্বা মপোক জীববু ফংহন্দুনা লৈ। মনগী মশক ওইবা তুরেলগী ঈচেল অসিগী সংসাররোমদা চেনবসি হৌনশানি, মদোমদা চেলহন্নবগীদমক নোম্বা অরেম্বনি। অদুবু মপান্দা চেল্লিবা মাগী ঈচেল অদুবু থিংলগা মনুংদা চেলহন্নবা হোৎনবদা য়াম্না কন্না নোম্বা তাই ; অদুগা নোম্বা অদুদা মথক্তা হায়রিবা অভ্যাস (আত্মা অমসুং অনাত্মাগী বিচার তৌবদা তত্তুনা হোৎনদুনা লৈনবা) অমসুং বৈরাগ্য (সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা থাদোকপা) উপায় অনী অসি শীজিন্নগদবনি। মপালথোংগী সাংসারিক পোৎশিংগী মায়কৈরোমদা চেল্লিবা পাপবহা কৌবা মনগী ঈচেল অসি বৈরাগ্যনা থিংগদবনি, অদুগা আত্মা অমসুং অনাত্মাগী বিবেকবিজ্ঞানগী অভ্যাস তৌদুনা ঈচেল অদুবু মোক্ষরোমদা তৌরগা (মোক্ষগীদমক্তা) মনুংদা চেলহন্নবা হোৎনগদবনি। মতৌ অসুম্না তোৎনরবদি মনগী মশক ওইবা তুরেলগী ঈচেল ওইবা বৃত্তিশিংবু ফাবা অসি অভ্যাস অমসুং বৈরাগ্যনা য়াম্না লায়না (তৌবা ঙমগনি) ওইথোকই।

মসিবু দৃষ্টান্ত অমনা নীংথিনা খঙসি—ইম্ফাল তুরেলগী ঈচেল অসি লোক্তাকলোমদা (তম্না) চেন্দুনা লৈবা কৌনশানি। অদুবু ইম্ফাল তুরেলগী করিগুম্বা মফম অমদা পাক-চাউরবা অমসুং রাংলবা পল (লৈপন) অমা শারবদি ঈচেল অদু থিংদুনা থম্বা য়াই, অদুগা মফম অদুদা তুরেলগা শম্নদুনা অচৌবা অশাংবা খোংবাল (Canal) অমা তৌদুনা ঈচেল অদুবু মদোমদা পুরক্লগা লৌবুক্তা

থাদত্তুনা মহৈ-মরোং থোকপদা (থাবদা) য়াম্না কান্নবা ওই, লোক-তাক্না চংখিত্তুনা অরেম্বদা মাঙদে। মতৌ অদুগুম্না অহৌবা নাইদবা তমস্নং খঙদবা মওমদগী হৌজিক ফাওবা মনগী মশক ওইবা তুরেলগী ঈচেল অসি সংসারদা চেনশিনজুনা লৈনবগীদমক মপানথোংগী পোংশিংদা চেনশিন্দুনা লৈরক্লিবনি। মাগী মপানথোংগী পোংশিংদা চেনশিল্লিবা ঈচেল অদুবু বৈরাগ্যগী মশক ওইবা পল (লৈপন) শারগা থিংদুনা থম্বা ঙম্মী : অদুগা অাত্মা অমস্তুং অনাত্মাগী বিবেকবিজ্ঞানগী অভ্যাসকী মশক ওইবা খোংবাল তৌরগা মদুদা মনগী ঈচেল অদু পূংগা আত্মাগী মশক ওইবা লৌবুক্তা লায়না পুদুনা চংপা ঙম্মী।

মসিদগী ঐখোয়না মসিবু খঙবা ডম্লে, মদুদি মনগী বৃত্তিশিংবু ফাননবা হোৎনবদা শুপ্পা বৈরাগ্য ওইবত্তনা উপায় নত্তে, নত্রগা শুপ্পা অভ্যাস তৌবত্তনা উপায় নত্তে, তৌইগুম্বস্তুং অনীমক তিল্লগা উপায়নি। ইম্ফাল তুরেলবু পল শারগা থিংত্তুনা থম্লবস্ খোংবাল তৌদ্রবদি লৌবুক্তা ঈচেল অদু পুরকপা য়ারোই, অদুগা থিংদুনা থম্বা মরমদগী ঈশিং চাউখৎলক্তুনা পল অদুবু থুগাইরগা (নমখায়রগা) মাগী হাম্নগী হৌনশা ওইবা ঈচেল অদুদা য়াম্না কন্না চেনবা হৌগনি। অদুগা খোংবান তৌদুনা থম্লবস্তু পল শারগা ঈচেল অদু থিংদ্রবদি খোংবাল অদোমদা কদৌঙৈদস্তু ঈচেল অদু লাকপা য়ারোই। মরম অসিনা লৌবুক্তা ঈচেল পুননবগীদমক পল শাবা অমস্তুং খোং তৌবা অনী অসি তিল্লগা উপায় ওই, শুপ্পা অমমম্না উপায় ওইদে। মতৌ অস্তুম্না মনগী বৃত্তিশিংবু ফাদুনা মোক্ষগী মশক ওইবা আত্মাদা পুরকপা অসিদস্তু অভ্যাস অমস্তুং বৈরাগ্য অনী অসি

তিন্নগা উপায়নি, শুপ্পা অমমম নত্তে। বৈরাগ্য য়াওদনা অভ্যাস মাত্র তৌরবদি কদৌডৈদস্তু মনগী ঈচেল অদু আত্মারোমদা লাকপা ঙম্মোই, অদুনা অভ্যাস য়াওদনা বৈরাগ্যমাত্র ওইরবদি নোংমা শোয়দনা মনগী অকনবা ঈচেল অদুনা বৈরাগ্যবু থুগায়দুনা মখারোমদা য়াম্না কম্না চেনবা হৌগনি। মদুদগী হান্নদগী য়াম্না হেন্না মাঙবা ওইগনি। মনগী মখারোমদা চেনবা ঈচেল অসিবু থিংদুনা থম্বা অসি অরায়বা রা নত্তে। য়াম্না কন্না হোংনরবতদা মহৈ য়ানবা ঙমগদবনি। মনগী স্বভাব য়াম্না চঞ্চল ওই (নীকই লৈতাদে,) মরম অসিদগী অর্জ্জুন্না শ্রীভগবানবু অস্নম্না হায় –

**চঞ্চলং হি মনঃ কৃষ্ণ প্রমাথি বলবদ্ দৃঢ়ম্**
**তস্যাহং নিগ্রহংমন্যে বায়োরিব সুদুষ্করম্ ॥**

( গী: ৬ । ৩৪ )

"হে কৃষ্ণ! মন অসি য়াম্না চঞ্চল ওই ( য়াম্না নীকই—লৈতাদে—লাক্ল-ফানবা ঙমদে ). চঞ্চল ওইবত নত্তনা মসি প্রমাথীস্তু ওই (হকচাং, ইন্দ্রিয়নচিংবা পুম্নমকপুস্তু নৈদুনা থম্মী), মহাক মপাঙ্গলস্তু য়াম্না চাউই (মহাক্না পাম্বা পোক্তগী মুন্দুনা থম্বস্তু য়াম্না রানা থোকই), অদুগা মহাক অসি য়াম্না কল্লি (মখল-মখা অয়াম্বা পোৎশিংগী সংস্কারশিং মত্তোন্দা থম্না লৈবদগী মহাকপু পোৎশিং অদুদগী চিংথোকপস্তু ঙমদে); মরম অসিদগী চত্তুনা লৈরিবা নুংশিৎপু ফাদুনা থম্বা ওইথোক্তবগুম মনবু ফাদুনা থম্বা অসিস্তু ওইথোক্তবা অমা ওইনা থোকই হায়না নীংই। মাবু ফাদুনা থম্নবা উপায় করি লৈবগে?"

মসি তারগা শ্রীভগবান্নসু মনবু ফাদুনা থম্নবা উপায়দি অভ্যাস অমসুং বৈরাগ্য মাত্রনি হায়বা অসি তাক্কুনা হায়রি -

**"অসংশয়ং মহাবাহো মনো দুর্নিগ্রহং চলম্।**
**অভ্যাসেনতু কৌন্তেয় বৈরাগ্যেণ চ গৃহ্যতে ॥"**

( গীঃ ৬। ৩৫ )

"হে পাম্বোম চাউবা অর্জ্জুন। মন অসি য়াম্না চঞ্চল ওইবা মরমনা মাবু ফাদুনা থম্বা অসি ওইথোক্কবগুম তৌই হায়বা অসিদা করি অমত্তা চিংনফম লৈতে। অদুমক ওইদুনসু হে কুন্তিগী মচা অর্জ্জুন! অভ্যাস অমসুং বৈরাগ্য উপায় অনী অসিনা ম'বু ফাদুনা থম্বা য়াই।"

শ্লোক অসিগী অহানবা পংক্তিদা ভগবান্না মনবু "দুর্নিগ্রহ" হায়বদগী ঐখোয়না মন অসি থুনমক নমদুনা ফাবা ঙম্মোই, অদুগা অনিশুবা পংক্তিদগী অভ্যাস অমসুং বৈরাগ্য—উপায় অনী অসি তিনশিন্দুনা হোৎনরগা তপ্ন-তপ্না মাবু ফাবা ঙমগনি হায়বা অসি খঙবা ঙম্মী। উপায় অনী অসি তৌবা মতমদা অধ্যাত্মবিদ্যা ফ'বা, অদুগা অফবা মীশিংগা তিন্নদুনা লৈরগা মদুগী মরমদা বিচার তৌবা, অতোপ্পা রাখল থাদোক্কবা হোৎনবা অসিনচিংবা যুক্তিশিং অসিগী মতেং লৌগদবনি। যোগবাসিষ্ঠদা বসিষ্ঠনসু শ্রীরামদা মনবু নমদুনা ফাবা ঙমদে হায়বা অসি তাক্কুনা মথক্তা তাকখ্রিবা উপায়শিং অসি তৌদুনা ( শৌজিন্নদুনা ) লৈগদবনি হায়রি—

**সতোষ্, যুক্তিস্বেতাসু হঠান্নিয়মন্তি যে।**
**চেতস্তে দীপমুৎসৃজ্য বিনিঘ্নন্তি তমোহঞ্জনৈঃ।**

"মথক্তা হায়খ্রিবা যুক্তিশিং অসি লৈন-লৈনমক মীশিং অদুনা মনবু নমতুনা ফাগে হোংহৈন, থাঙ্গৈশেংবমক্তি অমুম্মা হোৎনরিবা মীশিংনা থাংহৈমবু থাদোক্লগা কাপ্পীনা (থাংহৈম মথক্তা কারকপা অমুবা মৈগু—তেংগালি) অমম্বু মাঙহনগে হোৎনবনি।" মরম অসিনা অভ্যাস অমসুং বৈরাগ্য মপূং ফাননবা উপায়শিংবুসু শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি। অভ্যাস কদায়দু কৌবগে হায়বা অসি তাক্লগা মতম কুইনা হোৎনরবতদা মসি নীংথিনা মহৈ য়াল্লি হায়বা অসি যোগদর্শনদসু তাকলি— "তত্র স্থিতৌ যত্নোঽভ্যাসঃ" (১। ১৩)।

মশাগী মওংদা মতম পূম্নমক্তা লৈবা অশেংবা চিদাত্মাদা বৃত্তি পূম্নমক থিংজিন্দুনা শুপ্পা চিদাত্মাগী মওং লৌদুনা মনবু থম্নবা কম্না হোৎনববু অভ্যাস কৌই। "স তু দীর্ঘকাল— নৈরন্তর্য্য সংকারঽঽসেবিতো দৃঢ়ভুমিঃ" (১। ১৪)— অদুগা হায়রিবা অভ্যাস অসি অতনবা লৈতনা মুমিং থূদিংগী য়ামনা কুইনা তত্তুনা হোৎনদুনা লৈরবতদা অমসুং নোংমদি শোয়দনা আত্ম-সাক্ষাৎকার ওইগনি হায়না থাজবগা লোয়ননা তৌরবতদা য়াম্না নীংথিনা মপূং ফাদুনা মরু চেৎকনি।

অভ্যাস অসি তৌবা মতমদা সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্নসু তৌরোইদবনি, মদুদা পূরিং চঙলবদি অভ্যাস তৌবা য়ারোই, অভ্যাস তৌদুনা লৈরবসু অরোম্বদা তাগনি হায়বা অসি অহানবদা হায়খ্রে। সংসারগী পোৎশিংবু পামদবা অদুসু পূক্লিংদা মতম পূম্নমক্তা থম্নবা হোৎনগদবনি। মসি পোৎশিং অদুদা দোস য়েংলবতদা অমসুং ঐগীনি হায়না থন্দ্রবতদা মতম পূম্নমক্তা

নীংথিনা ওইবা ঙমগনি। মতৌ অসুম্না পোৎশিং অদুদা অপাম্বা পোকহন্দবা অসি পৃক্রিংগী রাখলগী মখা পোনবনি। নীংথিনা বিচার তৌরগা খল্লদুনা য়েংলবদি সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা লৈত্রবস্ত মীশিংনা থবক পুন্নমক মখোয়গী মথৌ ওইদুনা নীংথিনা তৌবা য়াই। পাম্লবতদা সাংসারিক থবক তৌবা য়াই, নত্রবদি তৌবা য়ারোই হায়না মীনা খল্লনরি। মদু য়ামনা অরানবা রানি। মখোয়না থবকশিং অদুবু মথৌনি হায়না লেপ্পবদি পামদ্রবস্ত অপাম্বা থবক্তগী লেন্না নীংথিনা তৌবা ঙমগনি। মসিবু দৃষ্টান্ত অমনা নীংথিনা খঙবা য়াই—বৈংক ( বেঙ্ক ) অমগী মেনেজর অমনা বেঙ্ককীনি হায়না লৈরিবা লুপা, পৈশা পুন্নমকপু লল্লোনবদা অমসুং পৃথোকপদা শীঞ্জিন্নদুনা বেঙ্ক অদুগী য়াম্না চাওখৎনবা তৌই অমসুং চাওখৎহন্দুনা লৈ। মদুদা ফংলিবা লুপাশিং অদুবু মানা কৈদৌঙৈদস্ত পামদে অদুগা মশাগীনি হায়নস্ত খন্দে। অদুমক ওইদুনস্ত মহাক্না বেঙ্কপু চাওখৎনবা তৌবা অসি মথৌনি হায়না লেপ্পী, মথৌনি হায়না লেপ্পদগী নীংথিনস্ত থবক পুন্নমক য়েং-খোল্দুনা অমাঙ-অতা লৈতনবা হোৎনৈ। মহাক্না বেঙ্ককী শেল-থুম অদুবু পামদ্রবস্ত মথৌনি হায়না হোৎনদ্রবদি কৈদৌঙৈদস্ত বেঙ্ককী মেনেজর ওইদুনা লৈবা ঙম্মোই। অদুগা বেঙ্ককী থবকশিং অদুবু মথৌনি হায়না হোৎনরিবা মেনেজর অদুনা থা খুদিংগী মানা ফংগদৌবা লুপা খরদং অদুনা পেন্দুনা লৈ, মদুদগী হেনগৎনা বেঙ্ককী লাখ-লাখ লৈরিবা লুপাশিং অদুদা কৈদৌঙৈদস্ত মিৎহৌদে। মতৌ অসুম্না সংসার অসিদা লাক্লুনা

লৈরিবা মীশিংনা মখোয়-মখোয়গী থবকশিং অমসুং পোৎশিং অদুবু পামত্রবসু মথৌনি খন্দুনা নীংথিনা তৌগদবনি অমসুং মাঙদনবা হোৎনগদবনি। পরমাত্মানা মখোয়গী মনাক্তা ইমুং-মনুংগী মীওইনা অহল-লমন, ফুপী-নহা, মচা-মশূনচিংববু নীংথিনা য়োকউ-থাকউ হায়না থারক্লিবনি। মখোয়শিং অদুবু য়োক্ল-থাক্লবা অমসুং চাওখৎননবা হোৎনবা অসি মী খুদিংমক্কী মথৌনি। য়ূমদা নত্রগা মপান্দা শাগৈ-নাতৈ ওইদুনা লৈরিবা মী পূম্নমক অদু ঐখোয়গী নত্তে, পরমাত্মাগীনি। অদুবু ঐখোয়না পণ্ডদুনা ঐখোয়গীনি হায়না খল্লী অমসুং পাম্মি। মসিবু উরগা পরমাত্মানা নোক্তুনা লৈরিবনি। মীশিংনা মসিবু নীংথিনা খঙদে। মখোয়না তাল্লিবা লল-থুম অদুদগী মখোয়না ফংগদবা শরুক খরবু ফংলগা মহুদগী জীবনা চৎননবগীদমক চা-থক্তুনা পেন্না লৈগদবনি। তানশিন্দুনা থমলিবা শেল-থুম, পোৎচৈশিংবু অফবা থবক্তা শীজিন্নদুনা অমসুং মখোয়না য়োক্লি-থাক্লিবা মীশিং অদুগী চাও-খৎনবা তৌবদা শীজিন্নদুনা লৈগদবনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়গীনি হায়না খল্লুদনা অমসুং পামলুবা তৌদনা অফবা থবক পুম্নমক মথৌনি খন্দুনা তৌরবদি মখোয়গী মথক্তা পরমাত্মানা শোয়দনা পেনবিগনি, অদুগা হিংদুনা লৈবা মতম অসিদসু নুংঙাইনা লৈবা ঙমগনি, শিরবা মতমদসু অফবা মীনি হায়বা খঙদুনা পরমাত্মানা শোয়দনা মপোক অসিদগীসু হেন্না চাওখৎপা থুবম পীগনি। মসিবু শাস্ত্রদা নিষ্কাম কর্ম্ম কৌই। মসিগীদমক ভগবান্না অর্জ্জুনবু হন্ন-হন্না উপদেশ পীদুনা গীতাদা নীংথিনা তাকলি। মসিগী

ওন্ন-তৈননা তৌরবদি মখোয় অচু মপোক অসিদস্ত নুডাইনা লৈবা ডম্মোই, অদুগা অতোপ্পা মপোক্তস্ত শা-ডানচিংবা ওইত্রনা পোক্কনি। মসি পূন্নমক অসি পরমাত্মানা মীশিং অদুনা তৌবগী মতুং ইন্না মখোয়বু মদুগী মহৈ পীদুনা লৈরিবনি।

মসিদা কনা কনাগুম্বনা ঈশ্বরবু থাজদে অমস্তুং লৈতে হায়নস্ত হায়। অদুবু লৈরিবা পোংপু কনা অমনা থাজদে অমস্তুং লৈতে হায়বতদা থাঙ্গৈশেংনমক লৈতে হায়বা য়াদে। হৌজিক কালগী ফাওর-ফাওরবা বৈজ্ঞানিকশিংনা মবুক্কা লাম্বা ফাওবস্ত ফংদবা অমস্তুং শ্বনবস্ত ডমদবা অডকপগী মশক ওইবা জগৎ অসিবু শেম্বা শাবা ডম্বা অমস্তুং যোক-থাক্কুনা থমলিবা সর্ব্ব-শক্তিমাণ সর্ব্বজ্ঞ ওইবা চেতন অমবু শোয়দনা য়াগদবা ওই। অচেতন ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা মানা মনীংতম্না থবক তৌদুনা অতোপ্পা পোৎ অমত্তা শাবা অমস্তুং ওইবা ডমদে, মনীং তৌনা চৎপস্ত ডমদে। হৌজিক ফাওবা কনাগুম্বা চেতন লৈত্রবা অশিবা মীনা থবক অমা তৌই হায়বসি তাদে অমস্তুং উদে। মখোয়না মনীংতম্না করিগুম্বা পোৎ অমবু শাবা অমস্তুং চৎপা ডমলবদি ঈশ্বর লৈতে হায়বা য়াই ; মদুদি থোক্তে। হৌজিকী মতমদা থা অমস্তুং অতোপ্পা গ্রহশিংদা চৎননবা অমস্তুং থা-ননবা রোকেট্নচিংবা পোৎ পূন্নমক অসি মশা মতোমতা শেম-শাদুনা ওইবা নত্তে। মখোয়বু করম্না শাগদগে অমস্তুং থাগদগে হায়না নীংথিনা খডবা চেতন ওইবা বৈজ্ঞানিকশিংনা শারিবনি অমস্তুং গ্রহশিংদা থারিবনি, রোকেট্শিং অদুগী চৎপা মতমদা লম্বী

খরা লাল্লবস্থ পৃথিবী অসিদা ফম্ন-ফম্না চেতন ওইবা বৈজ্ঞানিকশিং অদুনা অহিং-মুংখিল নাইদনা য়েংলগা মখোয়গী লম্বী চুমথোক চুমশিন তৌরিবনি। অচেতন ওইবা রোকেট্‌শিং অদু মশা মতোমতা লম্বী চুমথোক্নুনা চত্তে অমসুং চৎপস্থ ঙমদে, চেতনগী মখা পোন্দুনা অচেতন রোকেট্‌নচিংবা পোৎ পূন্নমক অসি থবক তৌরিবনি। মতৌ অদুগুম্না অচেতন ওইবা জগৎ অসিস্থ মাবু শাবা ঙম্বা, শীজিন্নবা ঙম্বা চেতন অমগী মখা পোন্দুনা শোয়দনা লৈবা তাই; নত্রবদি অচেতন ওইবা মরমদগী মহাক করিস্থ তৌবা ঙম্মোই। চেতনগী মখা পোন্দুনা লৈরবতদা অচেতন ওইবা পোৎ থবক তৌবা ঙম্মী। মরম অসিনা অচেতন জগৎপু শীজিন্নত্নুনা থম্বা ঙম্বা সর্ব্বশক্তিমান্ অমসুং সর্ব্বজ্ঞ চেতন ওইবা ঈশ্বর লৈত্তে হায়বা য়াদে। মহাক্না শাসন তৌবা মরমদগী জড় জগৎ অসি শাসন অদুগী মতুং ইন্না চত্নুনা লৈরিবনি।

মতৌ অসুম্না লৈবা ঈশ্বরগী পোৎশিংদা ঐখোয়গীনি হায়না অভিমান তৌবা অসি চুমদে, ঈশ্বরগী পোৎশিংবু ঙাক্লনবা চৌকিদার ওইদুনা লৈ হায়না খঙবসি চুম্মি। করিগুম্বা ঐখোয়না ঐখোয়গীনি হায়না খঙনীংলবস্থ ঐখোয়না তৌরিবা পাপ পুণ্যশিংবু ঐখোয়গীনি হায়না খঙবা য়াই; মরমদি শিরবা মতুংদা ঐখোয়না মখোয়শিংবু পুদুনা চৎপা ঙম্মী অমসুং মদুগী মতুং ইন্না অমুক হন্না অরা-নুঙাইনচিংববু ফংই। মদু নত্তবা পোৎ অমত্তা ঐখোয়না ঐখোয়গীনি হায়না পুদুনা চৎপা ঙমদে। মরম অসিনা গরুড় পুরাণদা মসিগী মরমদা য়াম্না ফজবা শ্লোক অমা লাকই—

ধনানি ভূমৌ পশবশ্চ গোষ্ঠে
নারী গৃহদ্বারি জনাঃ শ্মশানে।
দেহঃ চিতায়াং পরলোক মার্গে
কর্ম্মানুগো গচ্ছতি জীব একঃ॥

"পুন্সিচপ্পা ভান্দুনা থম্লম্বা শেল-থুম পৃম্নমক অদু লৈপাক্তা ভাত্তুনা লৈহৌই, য়োক-থাক্লুনা থমলিবা শগোল-শল-নচিংবা শা পৃম্নমকস্তু শঙ্গোলনচিংবদা নল্লগা লৌবুক্তা লৈহৌই, এনা পুন্সি অসিদা নুংশিরে হায়ত্তুনা থন্দুনা থমলিবা নুপী অদুস্তু থোঙজীন মপান্দা লৈহৌই, অদুগা মরূপ-মপাংনি হায়দুনা লৈরম্বা মী পৃম্নমক অদুস্তু মোংফম ফাওবা চৎলগা লৈহৌই, হিংদুনা লৈবা মতমদা "ঐ, ঐ" হায়না অভিমান তৌরম্বা হকচাং অসিস্তু, মোংফমদা শেমদুনা থমলিবা শীং অদুগী মথক্তা চাক্লুনা উং ওইনা লৈহৌই; মতম অদুদা পরলোককী লম্বীদদি জীব মতোমদা মানা তৌজখিবা কর্ম্ম (পাপ-পুণ্য) অদুতা পুদুনা চৎলি।

অদুবু মীওইবনা মখোয়গী ওইদুনা মখোয়গা লোয়ননা চৎকদৌরিবা পোৎশিং অদুবুদি মখোয়গীনি হায়না নোংমতস্তু থন্দে; অদুগা পুদুনা চৎকদৌরিবা পোৎশিং অদুগী অফ-ফত্তগী মরমদা কৈদৌঙৈদস্তু বিচার তৌদে; মখোয়গী নত্তবা পোৎশিংবু মখোয়গীনি হায়না অহিং-নুংথিল নাইদনা খল্লি অমস্তুং পাম্মি। মসিদগী হেন্না পঙবা অসি কদায়দা ফংগনি অমস্তুং মখোয়না মশাবুস্তু য়াম্না শিংবনি হায়না থন্দুনা লৈরি। মসিদগী থোইনা ঙকপা অমা কদায়দা উগনি?

মধম অসিনা বিচার নীংথিনা তৌদুনা সংসারগী পোৎশিংবু মখোয়গীনি হায়না অপাম্বা চৌদনা মশাগী কান্নবগীদমক চিদাত্মা ওইবা মশাগী মওংবু নীংথিনা খওনবা অভ্যাস তৌ-রগা হোংনগদবনি। মস্থম তৌদুনা সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা থাদোকপা অসিবু বশীকার কৌবা বৈরাগ্যনি হায়না যোগ-দর্শনদা তাকলি—

"দৃষ্টাঽঽনুশ্রবিকবিষয় বিতৃষ্ণস্য বশীকারসংজ্ঞা বৈরাগ্যম্" (১।১৫)

"সংসার অসিদা উরিবা বিষয় ভোগকী পোৎ পূম্নমকপু অমসুং বেদ-নচিংবা শাস্ত্রনা তাক্লুনা খওলিবা স্বর্গ-নচিংবা পূম্নমকপুস্তু পামদ্রবা মী অদুগী বশীকার ( মশাগী মখা পোন্দুনা থম্বা ঙম্বা পামদবা ) কৌবা বৈরাগ্য ওই।" হায়রিবা বৈরাগ্য অসিগা লোয়ননা নিদিধ্যাসনগী অভ্যাস তৌদুনা লৈরবদি মী অদুনা শোয়দনা মনবু ফাজিনবা ঙমদুনা আত্মসাক্ষাৎকারগী লম্বীবু শেংনা থম্বা ঙমগনি। শ্রুতি মাতানসু আত্মসাক্ষাৎকারগী লম্বী অসিদা চত্নুনা মদুগীদমক নিদিধ্যাসন করম্না তৌবা হৌনৈ হায়বা অসি অস্তম্না তাকই—

"যচ্ছেদ্বাঙ্ মনসী প্রাজ্ঞস্তদ্যচ্ছেজ্জ্ঞান আত্মনি।
জ্ঞানমাত্মনি মহতি নিযচ্ছেত্তদ্যচ্ছেচ্ছান্ত আত্মনি॥"

(কঠঃ উঃ ১।৩।১৩)

"প্রাজ্ঞঃ মনসি বাঙ্ যচ্ছেৎ=বৈরাগ্যনা মরম ওইদুনা আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌগে হায়না লেপ্পুনা অভ্যাস তৌদুনা

লৈরিবা বিবেকী ওইবা মীনা খ্বাইদগী অহানবদা বাগিন্দ্রিয়নচিংবা (ভাগুনবা, য়েংনবা, তা-ননবা ইন্দ্রিয়নচিংবা) ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু মখোয় মখোয়গী বিষয়শিংদগী (রূপ, মশক-মওং খোঙ্জেম্নচিংবদগী) চিংথোক্লগা সংকল্প-বিকল্পগী মশক ওইবা ( তৌশিন্না-তৌনুশিন্নবচিংবা খন্দুনা লৈবগী স্বভাব ওইবা ) মনদা পুনশীন্দুনা থমগদবনি ( হায়বদি তুমীন্না লৈদুনা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয়শিংবু কাউথোক্লবা মননা তোংনগদবনি )। তৎ যচ্ছেৎ জ্ঞানে আত্মনি = মদুগী মতুংদা ইন্দ্রিয় পুম্নমক চিন্দুনা লৈরিবা সংকল্প-বিকল্পাত্মক মন অদুবু অডানবগী মশক অরেপ্পা বুদ্ধি ওইবা আত্মাদা পুরক্লুনা অমতা ওইহনগদবনি। জ্ঞানং মহতি আত্মনি নিযচ্ছেৎ = মন-নচিংবা পুম্নমক চিন্দুনা অমতা ওইনা লৈরিবা অরেপ্পা বুদ্ধি অদুবুসু পুন্না লৈবা বুদ্ধিশিংগী মশক ওইবা মহত্তত্ত্ব হিরণ্যগর্ভ আত্মাদা তিলহন-গদবনি ( থরায় পান্দুনা লৈবা জীব খুদিংমক্কী অরেপ্পা বুদ্ধি অসি তোঙান-তোঙান্না ওইদুনা লৈ ; অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা অরেপ্পা বুদ্ধিবু ঐগীনি হায়না অভিমান তৌদুনা লৈবা জীব খুদিংমকপু তৈজস কৌই। অদুগা থরায় পানবা তৈজস জীব পুম্নমক্কী অরেপ্পা বুদ্ধিশিংবু পুনশীল্লগা অমতা ওইনা লৈবা অরেপ্পা বুদ্ধিদা ঐগীনি হায়না অভিমান তৌদুনা লৈবা পুনশীল্লিবা তৈজস জীব পুম্নমক্কী মশকপু হিরণ্যগর্ভ কৌই। মদুদা তৈজস জীববু অমতা ওইনা থমগদবনি)। তৎ যচ্ছেৎ শান্তে আত্মনি = মদুগী মতুংদা পুনশীল্লিবা তৈজস জীব পুম্নমক্কী মশক ওইনা লৈবা হিরণ্যগর্ভবু লেঙদনা অমতা ওইবা ( অনীশুবা পোৎ লৈতবা ) অশেংবা চিদাত্মাদা তিলহনগদবনি।"

মতৌ অসুম্না মথং-মথং তিলহন্দুনা মণীং লাকচমদনা লৈবা জীব পূন্নমক অসিগী অমতা ওইবা অশেংবা মশক চিদাত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌবা ঙম্বা মী অদু মাগী পুন্সি মহৈ য়ান্দুনা আত্মতত্ত্ব করিনো হায়বা অসি নীংথিনা খঙবা ঙম্মি। অদুবু মসি অরায়বা থবক্তি নত্তে; পূক্নিং চপ য়ুংনা লেপ্তুনা নিয়ম কায়দনা অমসুং মতম চানা মুমিৎ খূদিংগী হোৎনদুনা লৈরবতদা মহৈ য়ানবা ঙমগদবনি। মরম অসিনা শ্রুতিমাতানা মচাশিংবু আত্মতত্ত্ব খঙনবা হোৎনবদা চেকশিনহন্নবগীদমক অসুম্না পাউতাক পীরি—

"উত্তিষ্ঠত জাগ্রত প্রাপ্য বরান্ নিবোধত।
ক্ষুরস্য ধারা নিশিতা দুরত্যয়া,
দুর্গং পথস্তৎ কবয়ো বদন্তি।" ( কঠঃ উঃ ১।৩।১৪ )

"লাকচমদবা মতমদগী হৌদুনা অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) গী মশক ওইবা অহিংদা তূমদুনা লৈরিবা হে ইচাশা (জীব পূন্নমক)! নখোয় হৌগৎলো, অমসুং নমিৎ পাঙথোকলো ( বুদ্ধি তাদুনা নখোয় কনানো হায়বা নশাগী শক খঙনবগীদমক ) অখঙবা মীশিংগী মনাক্তা চত্তুনা নশাবু খঙনবা হোৎনো। মসি অরায়বা লম্বী নত্তে, য়াম্না থৌবা ক্ষুরগী ময়াদা খোঙ থাদুনা চৎপগুম্না আত্মতত্ত্ববু ফংননবা অমসুং খঙনবা লম্বী অসিসু য়াম্না কল্লি ( লুই ) হায়না আত্মতত্ত্ববু নীংথিনা খঙবা মীশিংনা তাক্লি।"

মরম অসিনা মশাবু কনানো খঙনীংবা মীশিংনা শ্রুতি-মাতানা তাকপা মতুং ইন্না অখঙ-অহৈ ওইবা মীশিংদগী আত্মতত্ত্ববু নীংথিনা খঙদুনা মদুবু থাঙ্গৈশেংনা সাক্ষাৎকার তৌনবগীদমক

অভ্যাস অমসুং বৈরাগ্য উপায় অনী অসি লৌদুনা মনবু ফাজিল্লগা আত্মতত্ত্বদা থম্লগা নিদিধ্যাসন তৌদুনা লৈবদা লায়থোক-লোইদবনি।

---

## জ্ঞানগী ফীবম তরেৎ।

সৎ-চিৎ অমসুং আনন্দগী মশক আত্মা অদুগা উরিবা তাইবঙপানবা অসিগী অধিষ্ঠান ওইদুনা লৈরিবা অশেংবা ব্রহ্ম অনী অসি অমত্তনি, উপাধি লাকপা মরমদগী অজ্ঞানী ওইবা মীশিংনা খেন্নবা খঙনবত্তনি; অদুগা অনী অসি অমত্তনি হায়বা অসি শ্রুতি-মাতানা "তৎত্বমসি" (ছাঃ উঃ ৬।৮।৭) "অয়মাত্মা ব্রহ্ম" (বৃহঃ উঃ ২।৫।১৯) অসিনচিংবনা তাকই—মসি পুন্নমক অসি মথক্তা নীংথিনা বিচার তৌখ্রে। "অহংব্রহ্মাস্মি" (বৃহঃ উঃ ১।৪।১০)—"ঐ ব্রহ্মমকনি" হায়না আত্মসাক্ষাৎকার তৌদুনা ব্রহ্মজ্ঞান ফংবা অসিগী ফীবম (ভূমিকা) তরেৎ শাস্ত্রকারশিংনা তাক্লি। মদুবুসু নীংথিনা খঙলবদি জ্ঞানগী লম্বীদা চৎনীংবা মীশিংগীদমক য়াম্না কান্নবা ওইগনি। মরম অসিনা জ্ঞানগী ফীবম তরেৎ অসিবুসু খঙসি।

মখোয় অদু করিনো হায়বা অসি অস্নম্না তাক্লি –

**জ্ঞানভূমিঃ শুভেচ্ছাখ্যা প্রথমা সমুদাহৃতা।**
**বিচারণা দ্বিতীয়া তু তৃতীয়া তনুমানসা॥**

সত্ত্বাপত্তিশ্চতুর্থী স্যাৎ ততোঽসংসক্তি নামিকা।
পদার্থাঽভাবনা ষষ্ঠী সপ্তমী তুর্যগা স্মৃতা।

( মহঃ উঃ ৫। ২৪, ২৫ )

জ্ঞানগী ফীবম তরেৎ অসি মথং মনাও নাইনা মসিনি—(১) **শুভেচ্ছা**, (২) বিচারণা, (৩) **তনুমানসা**, (৪) **সত্ত্বাপত্তি** (৫) **অসংসক্তি**, (৬) **পদার্থাভাবনা**, অমসুং (৭) তুর্যগা। তরেৎ অসি মথং-মনাও নাইনা শন্দোক্না খঙসি

(১) **শুভেচ্ছা**—মসিবু মোক্ষ ফংনীবগী ইচ্ছা কৌই। মোক্ষ ফংনীবগী ইচ্ছা অসি কন্না ওইরক্লবা মতমদা মী অদুগী মপূক্লিংদা অসিগুম্বা ৱাখল পোকলকই, মদুদি-এ অসি কনানো ? এ হায়না খঙদুনা লৈরিবা আত্মতত্ত্ব অসি অশেংবমকনা, নত্রগা অতোপ্পা অমরা ? অতোপ্পা অমা ওইরবদি মসিগী মরমদা করিস্ত খঙবা তৌদনা তুমীন্না মতম লেন্দুনা লৈথোকপা অসিদি চুমদে। মসিগী মরমদা শাস্ত্রনচিংবা য়েংবনা চুম্মি। চিংনবা পোক্লবস্ত অখণ্ড-অদ্বৈগী মনাক্তা চত্তুনা চিংনবা কোক্লবা হোৎনবা চুম্মি। মদুদগী পোক্লক্লিবা ৱাখলশিং অদুবু থুংননবা পূক্লিংদা নীংথিনা লেপ্পা অসি শুভেচ্ছানি।

(২) বিচারণা—শুভেচ্ছা লৈরবা মতুংদা অনীশুবা পোৎ লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ববু খঙননবগীদমক অধ্যাত্ম-বিদ্যাগী লাইরিকশিংবু পাবা, মদু খঙননবা তৌবা, অফবা সঙ্গ তৌবা অখণ্ড-অদ্বৈগী মনাক্তা চত্তুনা আত্মতত্ত্বগী মরমদা নীংথিনা তাবা, মদুগী মরমদা চিংনবা পোকপশিংবু বিচার তৌদুনা কোক-হন্নবা হোৎনবা অসিনচিংবা পুন্নমক তৌদুনা লৈবা অসি বিচারণা

কৌবা জ্ঞানগী অনীশুবা ফীবমনি। ফীবম অসিদা মথক্তা হায়ব্রবা শ্রবণ অমস্তুং মনন সাধন অনী অসি নীংথিনা লাকই।

(৩) তনুমানসা—মতৌ অসুম্না শুভেচ্ছা অমস্তুং বিচারণা কৌবা জ্ঞানগী ফীবম অনী অসি নীংথিনা ফংলবা মতুংদা অভ্যাস অমস্তুং বৈরাগ্য সাধন অনী অসি লৌরগা মনবু আত্মতত্ত্বদা থিংজিন্দুনা থম্ববু তনুমানসা কৌই। জ্ঞানগী অহুমশুবা তনুমানসা কৌবা ফীবম অসি নিদিধ্যাসন তৌদুনা লৈবগী অবস্থানি। ফীবম অসিদা সাধক মশাবু অকর্ত্তা অমস্তুং অভোক্তানি হায়বা অসি নীংথিনা লেপ্পা ঙম্মি।

মথক্তা হায়রিবা ফীবম অহুম অসি জ্ঞানগী সাধন ওইবা ফীবমনি। ফীবম অহুম অসিদা জাগ্রৎ অবস্থাগী মতৌগুম্না মঙোন্দগী অতোপ্পা ওইনা জগৎ অসিবু উদুনা লৈবা মরমদগী জাগ্রৎ ওইবা ফীবম্নি হায়নৈ। মরম অসিনা যোগবাসিষ্ঠদা বসিষ্ঠনা শ্রীরামবু অসুম্না হায়—

"ভূমিকাত্রিতয়ং ত্বেতদ্রাম জাগ্রদিতি স্থিতম্।
যথাবদ্ভেদবুদ্ধ্যেদং জগৎ জাগ্রতি দৃশ্যতে॥

"হে রাম! ফীবম অহুম অসি জাগ্রৎকী অবস্থামক্কি; মরমদি জাগ্রৎকী অবস্থাদা জগৎ অসি মশাদগী অতোপ্পা অমা ওইনা উদুনা লৈ; মতৌ অদুগুম্না ফীবম অহুম অসিদসু সাধক মশাদগী জগৎপু অতোপ্পনি হায়না খণ্ডুনা লৈ।

(৪) সত্ত্বাপত্তি— নিদিধ্যাসনগী মশক ওইবা অহুমশুবা তনুমানসা কৌবা ফীবমগী নীংথিনা অভ্যাস তৌবা মরমদগী

মপালথোংগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তা উদনা পোৎ পুম্নমক্কী অধিষ্টান ওইদুনা লৈবা সৎ ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাদা মনগী নির্ব্বিকল্প ওইবা ফীবমবু সত্বাপত্তি কৌই। ফীবম অসিদা আত্মাবু সৎ অমস্তুং চিৎ ওইনা সাক্ষাৎকার তৌই।

ফীবম অসিদা লৈরবা সাধকনা জগৎ পূম্নমকপু সৎ ওইবা ব্রহ্মগী মশক ওইনা উই। মরমদি লেঙলি-পাল্লিবা পোৎ পুম্নমক্তা "লৈ-লৈ" হায়নরিবা অসি সৎ ওইবা ব্রহ্মবু হায়নবনি। সৎকী অর্থ "লৈ" হায়বনি। মসি পোৎ পুম্নমক্তা অধিষ্ঠান ওইদুনা লৈ। পোৎ অদুদগী "লৈ" অসি লৌথোক্লবদি পোৎ অদু মতম অহুম্মক্তা লৈতবদগী মিথ্যা ওই। মতৌ অসুম্না ফীবম অসিদা অজ্ঞান মাঙখিদুনা সাধক অদু ব্রহ্মজ্ঞান ফংই। মদুদগী উরিবা পোৎ পূম্নমক অসিবু মঙদা উবা পোৎকী মতৌগুম্না খঙবা মরমদগী ফীবম অসিবু স্বপ্নগী অবস্থা কৌই। বসিষ্ঠনা মসিগী মরমদা অসুম্না হায়রি।

**অদ্বৈতে স্থৈর্য্যমাযাতে দ্বৈতে প্রশমমাগতে।**
**পশ্যন্তি স্বপ্নবল্লোকং চতুর্থীং ভূমিকা মিতাঃ॥**

"অনীশুবা পোৎ লৈতবা আত্মতত্ত্ববু নীংথিনা খঙলবদা অমস্তুং অনীশুবা ওইনা উরিবা জগৎ অসি মিথ্যা ওইনা উরবদা মরীশুবা ফীবম অসিদা লৈবা সাধক অদুনা সংসার অসিবু মঙগী মতৌগুম্না য়েংই।"

অসিগুম্বা সাধক অসি প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবমক্তনা উপাধি অন্তঃকরণ মাঙখিবদগী ব্রহ্ম ওইনা লৈ। মদুগী মমাঙদা মহাক

জীবন্মুক্ত ব্রহ্মবিৎ (ব্রহ্ম খঙবা) ওইনা লৈ। মঙা, তরুক অমস্তুং তরেৎশুবা ফীবমশিংদি জীবন্মুক্তিগী মতমদা আত্মাগী মশক ওইবা আনন্দ লৌননবনি। থাঙ্গেশেংবমক্তি জ্ঞানগী ফীবম মরিশুবদগী তরেৎশুবা ফীবম ফাওবনি। অহানবগী ফীবম অহুমদি জ্ঞানগী সাধন ওইবা মরমদগী জ্ঞানগী ফীবম হায়বনি।

(৫) **অসংসক্তি** — অহানবগী অহুমশুবা অমস্তুং মরিশুবা ফীবমগী হন্না হন্না অভ্যাস তৌদুনা লৈবা মরমদগী য়াম্না লায়না সবিকল্প সমাধি তৌবা ঙমলকই; মদুদগী ফাদুনা থমলিবা মন অদুদা মতম খরা কুইনা নির্ব্বিকল্পক সমাধিগী ফীবম লাকই; মদুবু জ্ঞানগী মঙাশুবা অসংসক্তি ভূমি হায়না কৌই। মরমদি ফীবম অসি য়ৌরবদা সাধক অদু করিগুম্বা সাংসারিক পোৎ অমদা পুক্নিং চঙদনা লৈ; মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মানন্দতদা পুক্নি থিংজিল্লি। মরম অসিনা শরদ্ ঋতুগী নোং লৈতবা অশেংবা আকাশগী মতৌগুম্না মাগী মন অদু চিদাত্মাদা লুপ্তনা লৈবদগী সূপ্না অঙানবা অমস্তুং নুংঙাইবগী মশক ওইবা চিদাত্মা অদুদা লেমদুনা লৈ। অসিগুম্বা ফীবম অসিবু জ্ঞানগী সুষুপ্তি (তুমখুন হুন্না তুম্বা—ইশি-শিনা তুম্বা) অবস্থা কৌই। সুষুপ্তি অবস্থা অসিদগী সাধক জ্ঞানী, মীনা হৌদোকপা তৌদনা মতম খরা সমাধিদা লৈরগা মশা মতোমদা হৌগৎলকই। অসিগুম্বা ফীবম য়ৌদুনা লৈবা জ্ঞানীবু ব্রহ্মবিদ্বর (অথোইবা ব্রহ্ম খঙবা) কৌই। মসিবু বসিষ্ঠজীনা অসুম্না হায়—

পঞ্চমীং ভূমিকা মেত্য সুষুপ্তিপদনামিকাম্।
শান্তাংশেষবিশেষাংশস্তিষ্ঠত্যদ্বৈতমাত্রকে ॥

"সুষুপ্তিপদ (ইশি-শিনা তূম্বা) কৌবা মঙাশুবা ভূমিকা অসিবু ফংলগা সাধক জ্ঞানী অদু অথোই-অরেন পোং পুম্নমকপু থাদোক্লগা অনীশুবা লৈতবা আত্মস্বরূপ ব্রহ্মদা লেঙদনা লৈ।"

সমাধিদগী হোগক্লনা লৈবা মতমদসু মহাক্না অনুভব তৌদুনা লৈরিবা আত্মতত্ত্ব অদুদা মন থিংজিন্দুনা লৈবা মরমনা অতনবা মীওুম্না তূমনীংবা, উইনীংবা মওং ওইনা মতম পুম্নমক্তা লৈ; অদুগা মশাগী স্বরূপ্তা লৈবা মরমদগী য়াম্না তপ্না গম্ভীর (চীং-লেম্না) ওইদুনা লৈ।

৬। **পদার্থাভাবনী**— মতম কুইনা মঙাশুবা ফীবমগী অভ্যাস তৌদুনা লৈবা মরমদগী য়াম্না কুইবা ফাওবা নির্বিকল্প সমাধিদা লৈবগী ফীবম পদার্থাভাবনী কৌই। ফীবম অসিবু জ্ঞানগী থোইদোকপা সুষুপ্তি (য়াম্না নীংথিনা তূমখুন হুম্না তূম্বা) অবস্থা কৌই। ফীবম অসি য়ৌরবা সাধক জ্ঞানী অদুদি মশা মতোমতা সমাধি অসিদগী হোগৎপা ঙমদে। কনাগুম্না অতোপ্পা মী অমনা মাগী হকচাং পায়দুনা তপ্ন-তপ্না নোম্লবা মতমদা মহাক সমাধি অদুদগী হোগৎলকই। ফীবম অসিদা আত্মতত্ত্ব নত্তনা পোৎ অমত্তা লৈতবা মরমদগী মসিবু পদার্থাভাবনী (অতোপ্পা পোৎ লৈতবদগী অতোপ্পা পোৎকী রাখল লৈতবা) কৌরিবনি। মসিগী মরমদসু বসিষ্ঠজীনা তাক্লি—

কুর্ব্বন্নভ্যাসমেতস্যাং ভূমিকায়াং বিবাসনঃ।
ষষ্ঠী গাঢ়সুষুপ্ত্যাখ্যাং ক্রমাৎপততি ভূমিকাম্॥

"মনদা করিগুম্বা বাসনা ( নীংবা ) অমত্তা লৈতনা মঙাশুবা ফীবমগী অভ্যাস তৌদুনা মতুংদা গাঢ়সুষুপ্তি (ম্নৌনা তুমথুন চুম্না নত্রগা ম্নৌনা ইশি-শিনা তুম্বা ) কৌবা তরুকশুবা ভূমিকা অসি মথং-মনাও নাইনা ফংলকই।

ফীবম অসিদা লৈবা জ্ঞানী অদু সমুদ্রগী মনুংদা থম্বা চক্ মনুং-মপাল ঈশিংনা থম্না লৈবগুম্না মনুংদসু মপান্দসু ব্রহ্মানন্দ ওইবা ঈশিংনা থম্না লৈ, মাগী মশাদা সংসারগী অরাবা করিসু থঙদে। অসিগুম্বা জ্ঞানীবু য়াম্না অথোইবা ব্রহ্মবিৎ কৌই।

৭। তুর্য্যগা— তরুকশুবা ফীবম য়ৌদুনা লৈবা জ্ঞানী অদু মতুংদসু অভ্যাস তৌদুনা লৈবা মরমদগী নির্ব্বিকল্প সমাধিদগী মশা মতোমদসু হৌগত্নে, অদুগা অতোপ্পনা হৌদোক্লবসু হৌগত্তে; শুপ্না মশাগী স্বরূপ অমসুং অনীশুবা লৈতবা অশেংবা ব্রহ্মদা ত্তিন্দুনা মাগী প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা ফাওবা ঙাইদুনা লৈ। অসিগুম্বা ফীবম অসিবু জ্ঞানগী তরেৎশুবা তুর্য্যগা ভূমি কৌই। মসিদা জ্ঞানী অদু খ্বাইদগী অথোইবা ব্রহ্মবিৎ ওই। ফীবম অসিদা লৈবা জ্ঞানীগী মশানা নোমত্রবসু হকচাংগী মনুংদা প্রাণবায়ু চত্তুনা লৈবা মরমদগী অতোপ্পশিংগী মতেংদগী হকচাংগী ব্যাবহার পূম্নমক তৌদুনা লৈ। তরেৎশুবা ফীবম অসিবু তুর্য্যগা কৌবগী মরমদি মরিশুবা ফীবমদা ফংবা জ্ঞানগী ফীবম অদুদগী লৌদুনা মসি মরি-শুবা ফীবমনি; মদুদগী মসিবু তুর্য্যগা (মরিশুবা) ভূমি কৌরিবনি। তুর্য্যগা ওইবা ফীবম অসিগী মতুংদদি বিদেহ মুক্তি ওই; অতোপ্পা ফীবম অমা লৈত্রে। মসিগী মরমদসু বসিষ্ঠজীনা অসুম্না তাক্লি—

বিদেহমুক্ততা তুক্তা সপ্তমী যোগভূমিকা।
"অগম্যা বচসাং শান্তা সাসীমা যোগভূমিম্॥

"তরেৎশুবা জ্ঞানগী ভূমি অসিবু বিদেহমুক্তিগী অবস্থা কৌই। ফীবম অসি রাহৈনা তাকপা য়াবা থোক্তে। মসি য়াম্না তপ্পা ফীবমনি অমস্তং জ্ঞানগী ভূমি (ফীবম) গী ঙমখৈনি।"

মসিগুম্বা জ্ঞানগী ফীবম অসিবু তাক্তুনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা অস্তুম্না হায়রি—

দেহং চ নশ্বরমবস্থিতমুত্থিতং বা
সিদ্ধো ন পশ্যতি যতোহধ্যগমৎ সরূপম্।
দৈবাদপেতমুত দৈববশাদুপেতং
বাসো যথা পরিকৃতং মদিরামদান্ধঃ॥
দেহোহপি দৈববশগঃ খলু কর্ম্মযাবৎ
স্বারম্ভকং প্রতিসমীক্ষত এব সাসুঃ।
তং সপ্রপঞ্চমধিরূঢ় সমাধিযোগঃ
স্বাপ্নং পুনর্ণ ভজতে প্রতিবুদ্ধবস্তুঃ॥
(ভাগবত ১১ | ১৩ | ৩৬, ৩৭)

"য়ু থক্তুনা মতুগী নিশাদগী ঙাওতুনা করি অমত্তা উদবা মীনা মাগী মখাংদা শেৎলিবা ফি অতু ভাগ্যবশ মখাংদা লৈ, নত্রগা ভাগ্যবশ মখাংদগী নাম্বক্রে হায়বসি য়েংদবগুম্না সিদ্ধ ওইবা জ্ঞানী অতুম্ নোংমা শোয়দনা মাঙগদৌবা হকচাং অসি ফমতুনা লৈ, নত্রগা লেপ্পুনা লৈ হায়বা অসি করিম্ব য়েংদে; মসিগী মরমদি—মহাক্না মাগী অশেংবা স্বরূপপু নীংথিনা খঙব্রে। মাগী

হকচাং অদুস্থ ভাগ্যগী মখা পোন্দুনা হকচাং অদুবু শাগৎলকপা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইদ্রিবা ফাওবা মতম অদুকী মখৈ প্রাণবায়ুগা (থরায়গা) লোয়ননা ডাইদুনা লৈ। অদুগা মশাগী মশকপু নীংথিনা খঙলবা অমস্তং মতম পুম্নমক্তা সমাধিযোগদা লৈবা জ্ঞানী অদুনস্থ সংসার পুম্নমক অসিগা লোয়ননা হকচাং অদুবুস্থ মঙ্গা মান্নবনি খঙদুনা অমুক হন্না মদুদা পূক্লিং থিংজিল্লুবা তৌদে॥"

মসিদা শ্রুতিমাতানস্থ অস্নম্না তাক্লি—

**"তদ্যথা—অহিনির্ল্ব য়নী বাল্মীকে মৃতা প্রত্যস্তা শয়ীতা, এব মেবেদং শরীরং শেতে, অথাঽয়মশরীরোঽমৃতঃ প্রাণো ব্রহ্মৈব তেজ এব।"** (বৃহঃ উঃ ৪।৪।৭)

"জ্ঞানীগী ফীবম অসিদা দৃষ্টান্ত অসিনি—লীলগী মকু অদু বাল্মীক কোবা ককচেংগী মহুমদা (লৈশোপূংদা) শিদুনা, তাদুনা অমস্তং তুমীন্না হীপ্তুনা লৈ, মতৌ অদুম্না জ্ঞানীগী হকচাং অসিস্থ তুমীন্না হীপ্তুনা লৈ অদুগা জ্ঞানীগী মশক আত্মা অসিদি হকচাং লৈতবনি, অমৃতগী মশক্লি, ব্রহ্মমক্লি অমস্তং মঙালগী মশক ওইবা জ্ঞান স্বরূপনি।"

মসিনি জ্ঞানীগী অশেংবা মওং। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি জ্ঞানগী মরিশুবা ফীবমদা লৈবা জ্ঞানীদি উবা ফংগনি; মদুস্থ য়াম্না তাওই। মঙাশুবা ফীবমদা লৈবা জ্ঞানীদি উবা ফংলোই হায়বস্থ য়াই। মসি মতমগী দোষনি। চহী নিফু-য়াথৈগী মতুংদদি নত্রগা মদুদগী হায়া মরিশুবা ফীবমদা লৈবা জ্ঞানীবুস্থ উবা ফংলরোই হায়বা য়াই।

---

## বা লোইশিনবা ( উপসংহার )।

শ্রুতিমাতাগী মতেং লৌদুনা অধ্যাত্মবিদ্যাগী মরমদা অথোই-অথোইবা মরু ওইবা অথুপ্পা ৱাশিং লৌরগা বুদ্ধিনা লাম্না ফংবা কান্নবা হীরম খরগী য়াম্না শন্না বিচার তৌগ্রে । অধ্যাত্মবিদ্যা অসি য়াম্না ৱহস্যময় ওইনা লৈ। মসিবু নীংথিনা খঙলবা মীওইশিংনা সংসারগী ওমখৈ লৈতবা অৱাবদগী লানবা ঙম্মী, অমসুং মসিবু ফংবা ঙমদ্রিবা ফাওবা অৱাবগী ওমখৈ লৈতে হায়বা অসি বেদগী লেঙদবা সিদ্ধান্তনি। মসিবু শ্রুতিনা অসুম্না তাকলি—

"ইহ চেদবেদীদ য সত্যমস্তি, ন চেদিহাহবেদীন্মহতী বিনষ্টিঃ।

ভূতেষু ভূতেষু বিচিন্ত্য ধীরাঃ

প্রেত্যাঽস্মাল্লোকাদমৃতা ভবন্তি ॥" (কেনঃ উঃ ২।৫)

"হৌজিক ফংলিবা মীওইবগী মপোক অসিদা অধ্যাত্মবিদ্যাবু ফংদুনা ব্রহ্মগী মশক আত্মতত্ত্ববু খঙলবদি অফবা ওইগনি, অদুগা মপোক অসিদা আত্মতত্ত্ববু খঙবা ঙমদ্রবদি য়াম্না মাঙবা ওইগনি ( মরমদি শিরবা তুংদা করম্বা মপোক ফংগনি হায়বা অসি কনানসু হায়বা অমসুং খঙবা ঙমদে )। মরম অসিনা বিবেকী ওইদুনা লৌশিংশিংবা মীশিংদি ( মপোক অসিদা ঙম্নমখৈ হোৎনহুনা ) থৱায় পানবা পুম্নমক্তা অমত্তা ওইনা লৈরিবা

আত্মতত্ত্ববু নীংথিনা খঙলগা হকচাং অসিবু থাদোকপা মতুংদা অমৃত ওই ( ব্রহ্মগী মশক ওই )।"

"ব্রহ্ম ওই" হায়বা অসিবু শ্রুতিনা তশেং-তশেংনা তাকলি—

**"স যো হ বৈ তৎপরং ব্রহ্ম বেদ ব্রহ্মৈব ভবতি ।"**

( মুণ্ডঃ উঃ ৩ । ২ । ৯ )

"কনাগুম্বা মীস্থ ওইসমু, মহাক্না পরব্রহ্মবু সাক্ষাৎকার তৌদুনা খঙলবদি মহাক ব্রহ্মমক ওই।"

পরব্রহ্মবু মশামক্তি খঙদ্রবদি কদৌ'ঙদস্থ মোক্ষগী মশক ওইবা ব্রহ্ম ফংবা য়াদে হায়বা অসিস্থ শ্রুতিনা তাকলি।

**"যদা চর্ম্মবদাকাশং বেষ্টয়িষ্যন্তি মানবাঃ।**
**তদা দেবমবিজ্ঞায় দুঃখস্যান্তো ভবিষ্যতি।"**

( শ্বেতঃ উঃ ৬ । ২০ )

"মীওইবশিংনা আকাশবু শউলগী মতৌগুম্না কোনশিল্লুনা থম্ব' ঙম্লবা মতম অদুদা আত্মদেব পরব্রহ্মবু খঙদ্রবস্থ মখোয়গী অরাবা লোইবা ঙমগনি।"

আকাশবু কোনশীল্লুনা শউলগী মতৌগুম্না থম্বা অসি ওইথোক্তবনি, মতৌ অদুগুম্না আত্মতত্ত্ববু খঙদ্রবদি অরাবগী মশক ওইবা সংসারদগী লাম্থোক্তুনা চৎপা অসি ওইথোক্তবনি হায়বা অসিস্থ শ্রুতি অসিনা তশেংনা তাকলি।

সংসার অরাবগী মশক্তি হায়বা অসিগী মরমদদি থোইনা ইরুবগী কায়ফম লৈতে। করোড়পতি ওইদুনা মীগী মিৎয়েংদা মুঙাইরে হায়না লৈরিবা মী অদুস্থ অহিং মুংথিল নাইদনা

"হায় হায়" তৌদুনা লৈ। মসি বিচারশীল ওইবা মী পুন্নমক্তা খণ্ড-নরিবনি। অরাবশিংগী মরক্তা নুংঙাইবা খজিকুং উরগা, মদু ফংনবা হায়দুনা অরাবা পুন্নমক খাণ্ডদুনা মী পুন্নমক্তা হোৎনরিবনি, অদুগা মদু ফংনবা হোৎনবদা অরাববুস্ বাদবগুম্মা নীংদুনা লৈরিবনি অদুবু মত্রস্ ফংবা ঙমদদুনা মী পুন্নমক অরেম্বদা মখোয়গী পুন্সি লেপ্পগা চৎখিবা ঙাক্তনি। মসি সংসার অসিদা অজ্ঞানগী অবস্থাদা লৈবা মী পুন্নমক্কী নিয়মনি ; মী খরতংদগী নত্তে। মসিবু বেদনস্ অস্নুম্না তাকলি।

**ন তং বিদাথ য ইমা জজানাহন্যদ্যুস্মাকমন্তরং বভূব।**
**নীহারেণ প্রাবৃতা জল্প্যাঃ চাসুতৃপ উকৃথশাসশ্চরন্তি ॥**

(ঋঃ বেঃ ১০।৮২।৭)

"হে মীওইবা! নখোয়না অচৎ-চন্ত খরায় পানবশিংবু পোকপীরম্বা অমস্রং সংসার পুন্নমকপু শেম্বীরম্বা পরমাত্মা অদুবু খঙদে মহাক্তি নখোয়না "ঐ" হায়না খঙনরিবা হকচাংনচিংবা অসিদগী অতোপ্পা অমা ওইদুনা নখোয়গী মনুংদা সাক্ষী ওইনা (নখোয়গী অরা-মুঙাইনচিংবা য়েংদুনস্তা) লৈরিবনি। লৈচিলগী মশক ওইবা অজ্ঞাননা কুপ্পুনা লৈবা মরমদগী নখোয়না মাবু খঙদ্রিবনি। নখোয় অজ্ঞাননা কুপ্পুনা লৈ হায়বা অসিদ নত্তে, তৌইগুম্বস্রং "ঐখোয় মীনি" অসিনচিংবা অরানবা (অসত্য) রাহৈ-শিংনস্ কুপ্পুনা লৈরি। মসিদ নত্তনা নখোয় অরানবা নত্রগা অচুম্বা করিগুম্বা উপায় অমদগী নখায়বু পেল্লনবা হোৎনদুনা লৈ, অদুগা পরলোক স্বর্গনচিংবা ফংনবনি হায়দুনা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্মদা "প্রউগ" নচিংবা উকৃথ মন্ত্রশিংবুস্ নচিন্দা হায়দুনা (শোন্দুনা) পৃথিবী

অসিদা কোয়রুনা লৈরি। মতৌ অসুন্না জীবন। অসিদা ফংগদবা (ঐহিক) অমসুং থরায় থারবা মতুংদা ফংগদবা (পারলৌকিক) বিষয় ভোগশিংদা পূক্লিং থিংজিন্দুনা লৈবা মরমদগী নখোয়না পরমাত্মাবু ফংবা ঙমদ্রিবনি।"

মসি গীতাদসু ভগবান্না তাকলি।

**অজ্ঞানেনাবৃতং জ্ঞানং তেন মুহ্যন্তি জন্তবঃ ॥**
(গীঃ ৫। ১৫)

"জ্ঞানগী মশক ওইবা আত্মাবু অজ্ঞাননা কুপ্পনা থম্বা মরমদগী থরায়পানবশিংনা মোহিত ওইরুনা (সংসারগী পোৎশিংদা পূক্লিং থিংজিন্দুনা) লৈ।"

অসুন্না লৈবা মীশিংবু লৌরুনা যমরাজনা নচিকেতাবু অসুন্না হায়—

**"ন সাম্পরায়ঃ প্রতিভাতি বালং প্রমাদ্যন্তং বিত্তমোহেন মূঢ়ম্। অয়ং লোকো নাস্তি পর ইতি মানী পুনঃ পুনর্বশমাপদ্যতে মে॥** (কঠঃ উঃ ১। ২। ৬)

"লল-থুমদা পূক্লিং লুপ্পনা লৈবা মরমদগী করিসু খঙদবা, অমসুং নত্তবা থবক তৌরুনা মফম খঙদনা লৈরিবা (প্রমাদ তৌরুনা লৈবা) অপঙবা মীদি শিরবা মতুংদা পরলোকা মরী লৈনবা আত্মা করিনো হায়বা অসি খঙদে। মতৌ অসুন্না হৌজিক লৈরিবা নুপী-নহা, ইচা-ইশু, লল-থুম অসিনচিংবা সংসার অসিদবু খঙবা, মসি নত্তবা পরলোক লৈতে হায়না নীংবা মী অদুদি ঐগী (যমগী) মখাদা হন্না হন্না লাক্লুনা লৈ।"

মরম অসিনা শ্রুতিমাতানা অজ্ঞান অসিবু মাঙনবা হোৎনৌ হায়বা অসি হন্না হন্না তাকলিবনি। অজ্ঞান অসি লৈত্রবদি অরাবা করিস্ত লৈতবা, মুংঙাইবতা ওইবা ফীবম অদু ফংগদবনি। মদুগীদমক অধ্যাত্মবিদ্যানি। অধ্যাত্মবিদ্যাতনা অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙমগনি ; মসি নত্তনা অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙম্বা উপায় অমতা লৈতে।

অসিদা কনা কনাগুম্বগী পুক্লিংদা চিংনবা য়াই-অধ্যাত্মবিদ্যা ফংনবা হোৎনবদা, ফংবা ঙমদনা পুন্সি লেপ্পোকপ্রবদি মী অদুগী শিরবা তুংদা করম্বা গতি ওইগনি ? মসিগী পাউখুম শ্রীভগবান্না গীতাদা নীংথিনা পীরি। অর্জ্জুনবুস্ত মতৌ অমুম্না চিংনবসি পোকখিরম্মী মরম অসিনা অর্জ্জুন্না শ্রীভগবান্দা মসিগী মরমদা অহুম্না হংঙি —

**অযতিঃ শ্রদ্ধয়োপেতো যোগাচ্চলিতমানসঃ।**
**অপ্রাপ্য যোগসংসিদ্ধিং কাংগতিং কৃষ্ণ গচ্ছতি॥**
**কচ্চিন্নোভয়বিভ্রষ্টশ্ছিন্নাভ্রমিব নশ্যতি।**
**অপ্রতিষ্ঠো মহাবাহো বিমূঢ়ো ব্রহ্মণঃ পথি।**

(গীতা ৬। ৩৭, ৩৮)

"হে কৃষ্ণ! মী অমুনা বেদ অমসুং গুরুনা তাকপা রাশিংদা থাজদুনা লৈরবসু প্রারব্ধ কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা লৈবা মরমনা হোৎনবদা থরা রাত্তুনা আত্মানুসন্ধান ওইবা যোগ অসিদগী মাগী মন অহু চৎথোক্লুনা লৈরবদি আত্মসাক্ষাৎকার ওইবা যোগসিদ্ধি ফংবা ঙম্মোই। ফীবম অসিদা মহাক করম্বা গতি ফংগনি ? হে পাম্বোম চাউবা কৃষ্ণ! ব্রহ্মবু ফংননবা চৎলিবা

জ্ঞানগী লম্বী অসিদগী লৈখা তাদুনা পিতৃলোক অমসুং স্বর্গলোক অনী অসিদস্তু য়োবা ঙমদদুনা মহাক অকনবা নুংশিৎনা য়েদুনা আকাশতা নোং মচেৎ-মচেৎ ওইদুনা মাঙবগুম্না (করিগুম্বা) মাঙবা ওইরোইদরা? ঐগী চিংনবা অসি কোকহনবীয়ু। মহাক নত্তুনা চিংনবা অসি কোকহনবা ঙম্বা কনা অমতস্তু ঐনা উদে।"

অর্জ্জুনগী ৱাহং অসি তাবগা শ্রীভগবান্না মাবু (অর্জ্জুনবু) অসুম্না তাকই—

**পার্থ নৈবেহ নাহমুত্র বিনাশস্তস্য বিদ্যতে।**
**ন হি কল্যাণকৃৎ কশ্চিৎ দুর্গতিং তাত গচ্ছতি॥**

(গীঃ ৬।৪০)

"হে পৃথা কুন্তিগী মচা অর্জ্জুন! আত্মানুসন্ধান ওইবা যোগদগী মখা তাদুনা লৈবা মী অদু (হোৎনরবস্তু আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমদবা মী অদু) মপোক অসিদা হিংদুনা লৈবা মতমদা অমসুং শিরবা মতুংদা করিমতা মাঙবা ওইদে। হে নুংশিবা অর্জ্জুন! মতৌ অসুম্না মঙ্গলগীদমক অফবা থবক তৌদুনা লৈবা কনাগুম্বা মী দুর্গতিবু ফংদে। মতৌ (মওং) অসিগুম্বা মীদি—

**প্রাপ্য পুণ্যকৃতাং লোকানুষিত্বা শাশ্বতীঃ সমাঃ।**
**শুচীনাং শ্রীমতাং গেহে যোগভ্রষ্টোঽভি জায়তে॥**

(গীঃ ৬।৪১)

পুণ্য তৌবা মীশিংনা ফংবা য়াবা স্বর্গনচিংবা লোকশিংবু ফংলগা মদুদা নুংঙাইনা চহী কয়ামুক লেল্লবগী মতুংদা অমুক হন্না পৃথিবী অসিদা লাকই, অদুগা যোগভ্রষ্ট ওইবা (হোৎনরবস্তু

আত্মজ্ঞান ফংবা ওমখিদবা ) মী অদু অফবা আচরণ চত্তুনা লৈবা অমসুং নুঙাই-য়াইফবা মীশিংগী ইমুংদা পোকই।

তত্র তং বুদ্ধি সংযোগং লভতে পৌর্বদেহিকম্
যততে চ ততো ভূয়ঃ সংসিদ্ধৌ কুরুনন্দন ॥

( গীতা ৬। ৪৩ )

ইমুং অদুদা পোক্লগা মহাক্না অহানবা মপোক্তা ফংখিবা আত্মানুসন্ধানগী জ্ঞান অমসুং সাধনশিংবু অমুক হন্না ফংই। হে কুরুনন্দন! মহুদগী মহাক্না আত্মাগী সাক্ষাৎকার ওইবা জ্ঞান ফংনবা অমুক হন্না কন্না হোৎনৈ।

মরম অসিনা জ্ঞানগী লম্বী অসিদা চৎপদা কান্নবা নত্তনা অমাঙবা করি অমত্তা লৈতে। ওম্বমখৈ কন্না হোৎনদুনা অভ্যাস তৌরবদি অজ্ঞানবু মাঙহনবা ওম্বা আত্মসাক্ষাৎকার ওইবা জ্ঞান ফংদুনা জীবন মহৈ য়ানবা ওমগনি অদুগা মতম পুম্নমক্কীদমক অরাবা মচেৎ অমত্তা য়াওদনা নুঙাইবত্তা ওইবা পরব্রহ্মগী মশক ওইনা শোয়দনা লৈবা ওমগনি।

ॐ অসতো মা সদ্ গময়।
তমসো মা জ্যোতির্গময়।
মৃত্যোর্মা অমৃতং গময়।
ॐ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ ॥

---

লোইরবা।

# অরানবা চুমথোকপা

| লমায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ২০ | অধিভৌতিক | আধিভৌতিক |
| ২ | ২১ | ফংবা, | ফংবা অমা, |
| ৩ | ৩ | না বেদবিন্মমুতে | নাবেদবিন্মমুতে |
| " | ৮ | না বেদবিৎ | নাবেদবিৎ |
| ৮ | ১১ | যুক্তি— যুক্তিনি | যুক্তি যুক্তনি |
| ৯ | ১৭ | হৌজি | হৌজিক |
| ১০ | ১৩ | শ্রুতিনা | শ্রুতিনা |
| " | ২০ | সর্ব্বেশ্বর | সর্ব্বেশ্বর |
| ১১ | ১৬ | মবা | মধ্য |
| ১৫ | ৬ | মহেশ্বরন | মহেশ্বরম্ |
| ১৮ | ১১ | ঈশ্বরগী | ঈশ্বরবু |
| " | ১৬ | অসিগুম্বা | × |
| " | ১৪ | বিবস্বান পো | বিবস্বানপো |
| ১৯ | ৮ | অবিদ্যাকার্য্যণস্তু: | অবিদ্যাকার্য্যাস্তু: |
| ২২ | ৬ | খাণ্ডননবগী | খণ্ডননবগী |
| ২৪ | ১৫ | কম্মগী | কর্ম্মগী |
| ২৫ | ৬, ৮ | নির্বাম | নির্ব্বাণ |
| " | ১৪ | সংজ্ঞাস্তীনি | সংজ্ঞাস্তীতি |
| ২৭ | ১৩ | দৃটান্তসিগী | দৃষ্টান্তসিগী |
| ৩০ | ৬ | নির্বান | নির্ব্বাণ |
| " | ১৮ | ব্রহ্মাণ্ড | ব্রহ্মাণ্ড |
| ৩১ | ৬ | প্ররব্রহ্ম | পরব্রহ্ম |
| " | ৭ | ব্যবহারিক | ব্যাবহারিক |

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩২ | ৪ | পুন্য | পুণ্য |
| " | ৬ | পুণ্যবাণ্নি | পুণ্যবান্নি |
| " | ১৩ | "দদ্যাত"নচিংবা | "দদ্যাৎ"নচিংবা |
| ৩৪ | ৩ | স্বভাবিক | স্বাভাবিক |
| " | ৫ | ( ভৃস্বা ) | ( ভৃস্বা মতমদা ) |
| " | ৫ | কার্ত্তানি | কর্ত্তানি |
| " | ১৮ | ( শব ) | ( শব্দ ) |
| ৩৬ | ২ | স্বভাবিক | স্বাভাবিক |
| ৩৭ | ১৩ | অজ্ঞাণী | অজ্ঞানী |
| " | ১৯ | জ্ঞাণী | জ্ঞানী |
| " | ২২ | জ্ঞাণীদা | জ্ঞানীদা |
| ৩৮ | ৮ | প্রর্ তৈব | প্রকৃতৈভাব |
| " | ১৮ | জ্ঞাণীশিংনা | অজ্ঞানীশিংনা |
| ৩৯ | ৪ | বকচাং | হকচাং |
| ৪০ | ২, ৫ | মতম | মতমদা |
| " | ১৫ | অাত্মাগা | আত্মা |
| " | " | আত্মা, | আত্মা |
| ৪১ | ১৬ | গুমগসি | গুমগনি |
| " | ২১ | স্বভাবিক | স্বাভাবিক |
| " | " | নির্গুণ | নির্গুণনি |
| ৪৭ | ১৩ | ভবস্য | ভবস্ত |
| ৪৮ | ১৭ | শম্পন্নো | সম্পন্নো |
| ৪৯ | ২১ | মহাকসে | মহাকাশ |
| ৫১ | ১৬ | তৎপ্রসাদাত্মায়াংচ্যুত | তৎপ্রসাদান্ময়াংচ্যু |
| ৫৩ | ১৯ | নিস্কলং | নিষ্কলং |

| দামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ৫৫ | ১৫ | ঐখোয়না | ঐখোয়দা |
| ৫৬ | ১৯ | য়াদবা | য়াদবা পোৎ |
| ৫৮ | ১ | অধিম্টাননি | অধিষ্ঠাননি |
| ” | ১২ | ভূতান্যাত্মন্যেবা | ভূতান্যাত্মন্যেবাঽ |
| ৫৯ | ৩ | জ্ঞাণীগীদি | জ্ঞানীগীদি |
| ” | ১০ | যাস্থাপি | যাস্থাসি |
| ” | ২১ | আত্মাজ্ঞান | আত্মজ্ঞান |
| ৬১ | ১৬ | খোরাংবগী | খোবাংবদগী |
| ” | ২২ | অদুমক্কদা | অহুম্মক্তা |
| ” | ২২ | লৈতে, | লৈতে, অদুবু |
| ৬২ | ৪ | জ্ঞাণীশিংস্তু | জ্ঞানীশিংস্তু |
| ৬২ | ৯ | জ্ঞাণী | জ্ঞানী |
| ” | ৯ | অজ্ঞাণীদা | অজ্ঞানীদা |
| ” | ১০ | জ্ঞাণীশিংনা | জ্ঞানীশিংনা |
| ” | ১১ | অজ্ঞাণীশিংদি | অজ্ঞানীশিংদি |
| ” | ১১ | প্রাতিভাসিক | প্রতিভাসিক |
| ৬২ | ২১ | আনন্ত | অনন্ত |
| ৬৩ | ৪ | জ্ঞাণী | জ্ঞানী |
| ” | ১২ | জ্ঞাণীশিংনা | জ্ঞানীশিংনা |
| ” | ১৫ | জ্ঞাণীগী | জ্ঞানীগী |
| ” | ১৮ | জ্ঞাণী | জ্ঞানী |
| ৬৪ | ৯ | বেদান্তদর্শণদা | বেদান্তদর্শনদা |
| ” | ১৯ | ভগবান | ভগবন্ |
| ৬৭ | ৮ | অজ্ঞাণী | অজ্ঞানী |
| ৬৮ | ১০ | জ্ঞাণীশিংদনা | জ্ঞানীশিংদনা |

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৭০ | ৬ | অময়স্তু | অময়স্তং |
| " | ৭, ১০ | উপাদানগী | উপাদানদগী |
| " | ১২ | লৈপাক্তনি | লৈপাক্কগী |
| " | ১৩ | তারিবা | তায় |
| " | ১৮ | বেদান্তদর্শণদস্তু | বেদান্তদর্শনদস্তু |
| ৭২ | ৫ | বেদান্তদর্শণদা | বেদান্তদশনদা |
| ৭৭ | ৭ | যন্ন্ | যন্ন্ |
| " | " | অণৃচানমানী | অণুচানমানী |
| " | ২০ | মৃত্তিকেত্যব | মৃত্তিকেত্যেব |
| ৮০ | ৫ | তেজো | তেজো |
| " | ৮ | ঐতদাত্ম্যনিদং | ঐতদাত্মমিদং |
| ৮২ | ১১ | পোকই, | পোকই, মৈদগী ঈশিংগী তত্ত্ব (রসতন্মাত্র) পোকই, |
| ৮৪ | ৭ | নিজ্ঞানেনেদং | বিজ্ঞানেনেদং |
| | ১৭ | ধ্যাণ | ধ্যান |
| ৮৮ | ১ | ব্রহ্মণো | ব্রাহ্মণো |
| " | ১৬ | ব্রহ্মজ্ঞাণী | ব্রহ্মজ্ঞানী |
| ৯০ | ১৭ | মুণি | মুনি |
| " | ১৯ | যজ্ঞবল্ক্যনচিংবা | যাজ্ঞবল্ক্যনচিংবা |
| ৯৩ | ৩ | তর্কঃপ্রতিষ্ঠানাদপি | তর্কাঃপ্রতিষ্ঠানাদপি |
| ৯৪ | ১৭ | অনুগা | অণুগা |
| ৯৫ | ২ | বাত্রষ | বাএষ |
| ৯৬ | ১৪ | মাগী | × |
| ৯৭ | ৮ | চৈতনণী | চেতননী |

| লমায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ৯৭ | ১৯ | য়ানরবনি | য়ানরিবনি |
| ৯৮ | ১০ | উপলভ্যাপ্স | উপলভ্যাপ্স |
| ৯৯ | ৬ | জীবংপেতং | জীবাহংপেতং |
| ৯৯ | ১০ | সষ্ট্বা | স্রষ্ট্বা |
| ১০০ | ২ | লেঙদনা | × |
| ১০৩ | ১৩ | পরমাণুনচিংবা | পরমাণুনচিংবগী |
| ১১১ | ৬ | উপাদাণ | উপাদান |
| ১১২ | ২১ | মনণনচিংনবা | মননা চিংনবা |
| ১১৭ | ২ | পোৎশিংগী | পোৎশিংদগী |
| ১১৮ | ১০ | আত্মসরূপ | আত্মস্বরূপ |
| ১১৯ | ২১ | অন্তকরণগী | অন্তঃ করণগী |
| ১২১ | ৬ | জীবনা | জীবন |
|  | ৩ | অদুনা | অদুগা |
| ,, | ১২ | াবু | মাবু |
| ১২৬ | ১২ | সৎকারহৎসেবিতো | সৎকারাহহসেবিতো |
| ১২৮ | ১২ | জীবনা | জীবন |
| ১২৯ | ১১ | শক্তিমাণ | শক্তিমান্ |
| ১৩১ | ২০ | অমস্নং | অড়বু |
| ১৩৮ | ২ | অধিষ্টান | অধিষ্ঠান |
| ১৪০ | ১ | ভূমিকা মেত্য | ভূমিকামেত্য |
| ১৪২ | ৯ | সরূপম্ | স্বরূপম্ |
| ,, | ১৫ | পুনর্ণ | পুনর্ন |
| ১৪৪ | ১০ | চেদবেদীদয | চেদবেদীদথ |
| ১৪৫ | ৪ | যো হ | যো হ |
| ১৪৭ | ১ | জীবনা | জীবন |

ষ্টেট কলা একাডেমীগী তেংবাং লুপা ৭০০১/- অমস্তং অফোঙবনা অরাৎপা পুম্না পুখোকপিবদগী ফোঙজবা।

---

লেখক্কী ফোঙখ্রবশিং :—

১। ভক্তিগী লম্বী লুঃ ৬.০০

২। জ্ঞানগী লম্বী লুঃ ৬.০০

ফোঙগদবা—

৩। কর্ম্মগী লম্বী । (প্রেস-তা)

৪। শ্রীমদ্ভগবত গীতা ( অথুম্না রাগা ফোম্নবা )

( প্রেস তা )